কোংদোকপা—

শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহ

ওইনাম থিঙেন।



১বা কোঙ্বা—জুলাই ১৯৪৮ ইং
২শুবা কোঙ্বা—আগষ্ট ১৯৬৪ ইং



নম্বম—

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

"তাদা, থোংহুগী মমদা লৈবা রাখা হাইবিদো রোহিণীনি।"

অসি পায়গা গোপালনা মচিন্বান্দা নোকতুনা হুংঙাইবা কোংদোকতুনা লাউরম্মী,—"ঐথোইগী রোহিণী ফংলে। ওসিমক মমদা হল্লগনি। (রোহিণী-রোমদা) রোহিণা নং হৌজিক ফাওবা লৈরম্মি!"

"তাদা, ইনম্মা" হাইদুনা মথোইনিদা রোহিণীনা কৌরম্মী। অদুদগী মোহন্না 'ইচে' হাইদুনা ফুক হোৌগৎতুনা মথোংদা তুরম্মী; রোহিণীনা 'মোহন, ইচেগী মোহন' হাইনা মখুৎনা মকোক্তা নাল্লম্মী।

অদুদগী মথোই অনি মখা থরা হুংঙাইরবদা গোপালনা চৎসি মম হল্ল-সি হাইনা চৎকদবগী থৌরাং তৌরে। রোহিণীনা হল্লরোই, ইতা থোংহুবু থাদোকতুনা চৎপা ওমল্লোই হাইরম্মী। অদুদগী মথোই মরাম থোংহুবুমু পুরকতুনা ইম্ফাল তাম্না কারকই, মথোই অহিংহুদা মমদগি চংদবমথৈ কাহাই-থোইদা চংলম্মী। কাহাইগা যুবতীগনা ওক্লদুনা গোপালদা হংলম্মী—

"করিদোরে তম্না হল্লরুবদি!"

"রোহিণীবু অমুক চিংদোনদগী থুল্লক্লে।"

---

লোইরবা।



৺নিংথৌজম কামিনীকুমারসিংহ—

'অচুম্বদা চৎলু

উম্বদি মীনা উমজখিসনু'

তাক্লম্বা পাওমেলগী লমন

'রোহিণী' অসিনা শিংজরগে।

# ৱাহৌদোক

ঐগী রোহিণী কৌবা উপন্যাস অসি ইং শোক ১৯৪১-৪২ দা ইজবনি। বোমা তাহুনা লৈবাক কাইনথিবদগী ফোংবা ওমদহুনা লৈরুরবনি। মরুপ-মপাং ময়ামা ঐগী লাইরিক অতৈ পাবিরগা পিবিরকপা উৎসাহদগী লাইরিক অসিমসু ফোংবা ওমজরি। হন্দকমুক-সু ময়ামা হান্নদগী পিবিরকপা উৎসাহ অহু ফংজগনি হায়না আশা তৌজরি। ইতি—

নোমকা

শীতলজিৎ

তাং ১০। ৭। ৪৮ ইং

# খুনবা

## ১

ব্রহ্মপুত্রনা পাক চাওরহনা ইরৈ কয়া চেল্লি, মপান অনিদা জাহাজ ষ্টেশনগী থাউমৈনা য়াম্না লংনা ভাল্লি ; ইশিং মখুংদা থব্লানমচাক অমমম্মুক চাওনা থাউমৈশিং অহুগী মমি তারি। মীময়াম্না পরেং পরেং থোং শারিবা অত্তদা লাল্লগা জাহাজ মখুংদা কুলিশিংনা মরক মরক্তা য়েপ্তুনা চংলি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী অঙাং য়াওবা লাংনা অঙাংশিং অহুবু মাংখিনি হাইত্তনা মথুং শম্-শমহুনা চংলি। কুলিশিংগী মরক্তা থুনা চংনিংবা মীনা মমাং পারিবা, তপ্না চংলিবা যাত্রিকশিংহুদা চংথোকউ লম্বি পিউ হাইনা লাউবস্থ য়াওই।

জাহাজ কারগা মাগী মাগী তোংকমদা কুলিশিংনা পোং থারগা যাত্রিকশিং অহুনা লেপ্লস্থ য়াওই ফম্বস্থ য়াওই। অহুক য়াম্না চিন্না হোৎনরিবা ভাঙ্গা অহুদা ফীয়োন্বা মীশিংনা কী লৈগেরা হাইহুনা মরেংবান্দা কী য়ান্দুনা যাত্রিকশিংদা হংলম্মী।

গোপালস্থ মাগী পোং থম্বহ মফম চানা থমহুনা ভাইহাক লেপ্তুনা লৈরগা পুলিশ অফিসার অমথকত্তা মতম কয়া লৈরগা জাহাজ অহু থাগনি হাইনা হংলম্মী। মিনিট তরায়োম লৈরগা থারগনি হাইনা মথুদাং-ঘড়ি য়েংহুনা হাইরম্মী।

পুলিশ অফিসার অহ্ন গোপালগা মহোশা খংনবা নিপা অমা ওইরম্লে। অচৌবগী অফিসার অহ্না হংলম্মী—

"কদাই চৎকদৌরিবনো গোপাল বাবু?"

"মণিপুর চৎকদৌরিবনি, কলিকাতাদা থবক অমা চৎলুই।" অসি হাইনা খুমহ্নদা পুলিশ অফিসারহ্নুনা নোক্লহ্নুনা কন্ লাউনা চোংলহ্নুনা হাইরকই—

"অহ্নুদি য়াম্না মুংঙাইরে, থবক অমা তৌবিবা তারে।"

"করিনিনা বাবু?"

"মণিপুর থোকলবা লৈশাবী মচা অমা পুথোকখিবা তারে। মোপ্া চহি অনিদা ঙাইরিবা অমগা য়াওই। থোংবু অমত্তা লৈরোইদৌরে। ঐদি সরকারগী থবক অমা তৌদবা য়াদরে, অসিদা লৈহোবা তারে।"

গোপালনা ইতপ তপ্না হাইরম্মী—"কৈ, করিদোগে, ঐগা থোংবু ওইহ্নুনা চৎখিনি। মথোইদি কদাইদা লৈ?"

অচৌবগী পুলিশ অফিসার অহ্নুনা গোপালগী য়েৎলোমদা লম অনিরোম থাম্না কয়ুবা য়ুপীমচা অমগা নিপামচা অমগদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তারম্মী। ঙাইহাক লৈরগা অফিসার অহ্নুনা হায়রকই—

"মথোই অনিসি মরাইবক থিরবনি য়াম্না। মপা-মমা কনামত্তা লৈত্রে, মথোই অনিদা ঙাইয়ে। মথোইগী মপাহ্ন ঐগী মরূপ অমনি। ঐ লৌহাটী ফাওবা থিজ্নগা লৈহোগে তৌরিবনি। মণিপুর য়োংগদবদা ছুটি কংত্রে। মীনাই হাইবসি ওয়োক্না বাইচিনখরে!"

গোপালনা মাগী বাহ্ন তারগা অমুক হংলম্মী—"করি তৌরম্মী অঙাংশিং অসিগী মপাদি?"

"ঠিকাদার ওইরম্মী। মথোইনা আসামদা লৈরকপসি মীয়োন মঙা তরুক শুরে। হৌজিক লোইনা লৈত্রে। মীয়ৈবাক্তা মথোই

অঙাং ঙাক্তা লৈবদি য়াদবনা মণিপুরদা চংপনা কয়ে হাইত্রনা চংলবনি। ঐগীদা লৈয়ু, ঐ মখোইবু য়েংগে হাইববু মণিপুরদা চংলগে হাই।"

"মণিপুরদদি মখোইগী কনা কনা লৈরি?"

"কনাসু—" অসি হাইকাত্রিঙৈনা হুইশল খোংলক্লুনা -পুলিশ অফিসারছু চংলগে হুপীমচাছদা বা হাইরুখিগে হাইত্রনা চংখিরম্মী। গোপালসু তুং ইল্লকউ হাইত্রনা ইল্লম্মী।

পুলিশ অফিসার অছনা হুপীমচা অগুদা কৌত্রনা হাইরম্মী— "রোহিণী, নংগী খোংবু অমা লৈরে। নঙা ওইরিঙৈদা লাইরিক তম্মিন্নরকপা মন্নপ্নি। মণিপুর তাম্না চংকদবনি। মহাক্কী মনাক্তা ফম্লুরো।"

রোহিণী অছ বা অমতা ঙাংদবমখৈ তুমিন্না হোৌগত্লুনা মৌপ্‌া নিপাছ পম্লছনা লৈরম্মী। অফিসার অছগা গোপালগনা পোৎচৈশিং অছ থাংলছনা চংলম্মী। রোহিণীসু মখোইগী মতুং ইল্লম্মী। অছদগী কম্লগা অঙাং অছ পম্লছনা রোহিণীনা অফিসারছদা হাইরকই—

"তাদা, অঙাং চানবা করিনো অমতা লৈবিরকউ।"

অফিসারছু অচাপোৎ লৈবা চংথরে, গোপালনা হুংশিন্না মিৎয়েংনা য়েংলছনা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা, করিমতা চিন্তা তৌগনু। ঐনা নখোইবু যুম তাম্না থিন্‌গনি।"

চহি ভয়ামঙাদ: ঙাইরিবী রোহিণীনা মমিৎ ইতুক তুকখছনা লৈরবদগী গোপালগী রাছ তারগা কপ্‌নিং কপ্‌নিং তৌবা মিৎয়েংদা লৈরম্মী। গোপালদি মছ উরমদে, করিনা রোহিণী অছ শাত্তী অমা শেৎলম্মা। মকোক অছ মিৎপান কাওবা থুযিল্লম্মী। মহাক্না কপনিংলিবদি 'যুম' হাইবা ক্তৈহ অছগীনি। মাগীদি মণিপুরদা যুম লৈজবা নত্তে।

গোপালনা হাইবা বাত্ত অদুম তারম্মী, করিমত্তা খুম্নমদে। গোপালনম্ন শাওরমদে, ইকাইত্তনা ভৌরিবা মাঙ্গে হাইনা খল্লম্মী।

ভাইহাক লৈরগা পুলিশ অফিসার অত্তু ভন থরগা শজোম থম্নগা লৈত্তনা পুরকলে। অঙাং অত্তু লৌরত্তনা মতম্বাক্তা পম্নগা ভনগাত্ত পিজগে ভৌরম্মী। গোপালনা অঙাংত্ত মুল্লঙনা হাইরকই—বাবু, নং চৎপা থেংলগনি, জাহাজ থাগদবা মিনিট অমা ফাদ্রে। ঐ পিজহৌগে।

অঙাংত্ত গোপালদা পিরগা অফিসার অত্তনা অঙাংত্তবু চুম্নগা হাইরকই—"ইয়াখদি চৎলগেকো, নং হয়েং চাওরগা ঐবু কাওহ্নুকো।"

অত্তুদগী রোহিণীরোমদা রেংলগা কপনিং কপনিং ভৌত্তনা হাইরম্মী— "রোহিণী, চৎলোকো। ঐস্ন ছুটি নিবা ফংলগা নং উনবা লাকেকো। মণিপুর হেক রোবগা চিঠি পিরকউ। ননম্না চিঠি হাইবত্ত কাউহ্নুকো।"

অতৈ মতমদা ওইরবদি লৈশাবী রোহিণীনা বা ভাংলমলোইদবনি, অদুম রেংত্তনা মরেম্নমগদবনি, অত্তবু সংসারদা অঙাং ওইনা অহল ওইম্নবী অমনিনা, রোহিণীনা অফিসারত্তুদা বা হাইরম্মী—'ভাদা, কাইনবা ভারে। অনিদগী শক উনবা ফংবরা ফংদবরা মফম থংলোইদোরে। ইনম্নদা খুরুম্নকই হাইনা হাইবিউকো।

অত্তুদগী অফিসারত্তুদা খুরুমজম্মী। অফিসার অংস্নু হুইসল থোংলকপা ভারত্তনা গোপাল বাবু চৎলগে হাইত্তনা মখোই অনি খুৎ লোম্নত্তনা বিদায় লৌনরম্মী। ভাইহাক লৈরগা ষ্টেশনগা জাহাজগা শম্নরিবা থোং অত্তু লোথোক্তনা জাহাজ অত্তু আমিনগাঁও থাদোক্তনা পাণ্ডু পাংলম্মী।

গোপালনা অঙাং অত্তু ভন অমুক সজোম অমুক ইম্নত্তনা মচা-মনাওগী মত্তোওম্না ভৌরম্মী। রোহিণীনা অদুম রেংত্তনা লৈরম্মী, বা অমত্তা হাইরমদে।

কনাওবা পাম্নিবা পাম্নিবীশিংগী মরক্তা রোহিণীগী শকক্তং শরাগী মরম

থরা থংনিংজবসু য়াই। অদুনা যাহৈ অমনিদংঘি মাগী রূপগুণগী ময়মদা ইকপে।

কুচুয়োমদা হাইরগদি রোহিণী অসি পুলৈ কুচু ভাবনি। লাইবক অদু কোইরগ ভায়রুনা মাইভাদি থরা শাংলগ ভোই। লাইবক থাংই, নাকোং অনিদু চাওসু চাওদে পিকসু পিক্কে, মাইতাদুগা চপ চানা চাওই, নাতোন অদু অদুক য়ায়দি থাংজ্রগা মী থ ্ইগী অনথা নাতোনি নত্তে। শমদু কনা শাংবনি হাইবা য়াই। মখোইগী অহল অময়দি ইনাক-কৈয়াক খুন্‌বা মী ওইরবনা শমজি অদুনা নিংজোল কাওবা য়েনবা মনম গুংশিবা থাও অমদি হিদাক তত্তনা শিক্কবা মত্তো য়াদ্রি। পিতম মপা অদুদা য়াশি মতেক অমা ওইনা লৈবা লক্কগ উই। থদাং মথক ওইরগ ভোনা পাববা চিন্‌বান অনিদুগী মথায়োমদা য়েংলোমদা শমক্র মচা অমা য়াশি লৈবীনি হাইবা তাকই।

রোহিণী অসি মপা কনা কবীনি অদুনা ময়াং কংবনি হাইবসু য়াদবা য়ায়া কয়া নোইবনি হায়বসু য়াদবা মপোপ মভাং চায়বা শওং শদা অমগী মপুনি। মপাখোম অনিদুনা শামু ময়াওম অদুগা শাংলবা মখুৎ অনিদুদা খুদোন ভরা অদুনা তুয়া থিঙ্গোয়কপচদি কনাওবা লাইশাবা অমনা নিংথিজনা লোইদাম থাবুম কয়ানিয়োম চংনা থদগা অমুক কয়ানিয়োম চংনা মেংলবা পাইজনা ইৎল-ইৎলদুনা শাবমক হেক য়াদ্রি।

শাবান অদুনা কয়ম ভোয়িং থবাক অপাকপচ অমৃত-ভৃংকম অনিনা কজনা থিজবা চিংদুমগুম লৈভেংলগা অমুম অমুম লোইয়োই লোইয়োই হয়রকপনা ময়াই য়েরকপদা নোংশা অমোমগী থ ্াংদা ভাবওয়া পিকশয়।

খুবোম অনিদুসু অদুমভাই, মথকী শাবান অদুগা চানা মদু নেত্রাওম লোইয়োই পিকথরক্ ্মা হমাং নাপ নাপ ভাবা খোংগা অমত্তা ওইদুনা জলংকী কজবা মপক তারুখী।

কনবা মরাম অসি শক্তি মিংতা তাবা মিং অনিজ্জনা কদাইদা শোইখিগদগে মতাওম য়েং য়েংদুনা লৈরক্লিবনি।

অমুক নিংথিজখ্রবী লন লৈরবী মপোন কারবী চহি ভরামগুাদা ঙাইরিবী হুপীমচা অসিবু থিথিনা মপা-মমা মরি-মতা অমত্তা থাম্বদবমথৈ মৌপা চহি অনিদা ঙাইরিবা অদুগা হুন্দোকপিরিবা অসি ঙহোক্রা হুংশিকম অমনি।

গোপালনা অঙাংদু করি করি পিজবা লোইবগা জাহাজমু পাণ্ডুঘাট থেংনদুনা লেপখরে। অদুদগী কুলি মরাম লাক্তুনা পোৎ পুদুনা মখোই অদুম রেলগাড়ী কাখৎলে।

গোপালনা অঙাংদু রোহিণীদা পিরগা মখোই অনিগী কমুং অমমম থারে অদুগা অঙাংদু লৌশিনদুনা মহাক্তা কশ্মিররে।

অদুগা রোহিণানা হাইরকই—

"তাদা, অঙাংদু ঐঙোন্দা পিবিউ। হোরেন তাদা চেপ্পা কাইরগনি।"

অদু তারগা গোপালনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হাইরকই—

"ইবেম্মা, নঙোই হুপীদি ইপাই কত্তবনি, হুংদাং তুমত্রগা নকোক ঙাওগনি। ঐদি অমম তৌনা গাড়ীদা চৎপসি রাম্মা তোইরবনিনা তুমদবা ঙরে। নৌপুবাসি অমুম ঐগী নাক্তা লৈশহু।"

"তাদা হোরেন থাগনিনে। মপান ইপান থোকে লাকে হাইরগা রাম্মা থাই চিনগনি।"

"ইবেম্মা অদুদা চিনগে হাইদুনা নখোইগী থোংবু ওইগে হাইনা দারোগা বাবুদা হাইরম্লোবনি। মদুগী চিন্তা তৌরুহু। নংদুম নিংথিনা তুমজৌ।"

অসি হাইরগা গোপালনা অঙাংদুগী মকোক্তা অমমুং মনমদা নাদুনা য়েংলম্মী অদুগা হংলম্মী—"ইবুংঙো, নংগী মিং করিনো?"

অঙাং অহনা হন্দংনা গোপালোমদা য়েংলগা পিরুবা মথুং মচাহনা মমিং নামা নোইর নোইরহনা হাইরম্মী—"ঐগী মিংবো ?"

'অং অং।'

"মোহন কৌই।"

"নংগী মিংদি য়াম্না ফজেনা !"

অহৃদগী গোপালনা অঙাং অদু তুম্বু হাইহনা মোন মচা অমা কীনা কোনশললগা ফিপহল্লে। মোহনা মহাক্না হাইরিবা মথৈ ইল্লম্মী। মতৌহ উবদা য়াম্না ফবা অঙাং অমা মাল্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা গাড়ী থারে। গাড়ী থাররহদা হুংশিং য়াম্না চংলকনি হাইহনা গোপালনা হৌগৎলগা গাড়ীগী থোং অমা থিংলম্মী। রোহিণীনা থোং অহদা ঙাররহনা গোপালগা মাইয়োক্না ফম্লম্মী।

অহদগী রোহিণীরোমদা মমাই অদু থরা ওনশললগা হংলম্মী—

"ইবেম্মা, নথোইগীদি মণিপুরদা কনা কনা লৈরি।"

"তাদা কনামত্তা লৈত্রে, ঐগী মরূপ পানবী হাইবী অমা লৈ। হাকুম ঐথোইদা লৈরম্মী। মহাক নত্তনা—অহুগা ওসি তাদা—থংনরিবা অসি নত্তনা কনামত্তা থংনবা লৈত্রে।"

"শাগৈ অমা কাওবা লৈত্রবা ?"

"তাদা ঐথোইগী খুৎতি লোইনা লৈতয়ে হাইনা পাজিনা হাইরম্মী। ইমা হাইরা মপা মমা লৈত্রবী লাইরবী মচা অমা ওইহনা লৈরবদগী ঐথোইগী ইমা ওইখ্রিবনি।"

"মরি মতাদি মরৈরমগনি। অহদা নথোইনদি মীরৈবাকা ঙাক্না লৈবহন্দা নথোইনম্মু মথোইবু—মথোইনম্মু নথোইবু থংত্রবনি। নথোইদি কম্নো ?"

"তাদা, ঐথোই নিংঙোম্মরি।"

"নিংঙোম্মম কমবাইদগীনি হাইরম্মী পাজিথোইনা ?"

"মহুশাদি হাইরমগে অহুশা ঐনস্থ হংহোত্রে।"

'পানবী হাইবীগুদি নংশী য়ায়া চায়বী মরূপ্পা?"

"চায়বনি হাইবস্থ য়াই। ঐখোইগীদা চা-থক্ক্না হুমিং মরি মঙানি লৈরগ্নী। মখোইগী অহল-লময়স্থ ঐবু শক খংই।"

অহুদগী গোপাল অহ হুংশাখয় মপি অমা হোলহুনা লৈরে, বা অমতা ঙাংদরে। চুরূপ অমা লৌখোক্ক্না চমখৎলে। অমুক অনিরক চুরূপতু চিংলগা হাইরকই—

'ইবেম্মা নংদি ঙসি হুংদাংগীদি চাক চায়বরা?"

"চাত্রি তাদা, চায়রোই।"

"অহুদি হোরেন গোহাটিদা তল লৈদুনা চাসি।"

চুরূপ অমুক চিংই। অহুদগী মমাইহু মখুং ঙইনা নালগা রোহিণীদা হাইরকই—

"ইবেম্মা, পানবীখোইদদি কয়া কুইনা লৈবা য়াগনি?"

"খংদে তাদা, মখোইনা য়াবিবা মখে লৈবা হাইবহুনি।"

"কৈ, মখোইগীদা লৈয়, য়াত্রগা ঐখোইদা লৈসি। ঐখোইগীদি ননম্মগা ঐগদনি। ইবুংনা ঙম্লিবা মখে নখোইনিবু য়েংগনি। চখোম অমতা চারবস্থ য়েন্নহুনা চাগনি।"

"তাদনা ঐখোইবু চানবিরিবসি হুংঙাইত্রেদা।"

রোহিণীগী থাসি তাবদা কনা কনাগুবা মাবু মশক খংদবনদি জিখংলে শোইদনা হাইগদোবনি। জিখংচনিংহুনা জিখংপা নত্তে, য়াদহুনা অহল শায়বনি।

অহুদগী গোহাটি য়োগদবা মিনিট অময়োম ঙাইরবা অহুবাইদা গোপালনা অমুক হাইরকই—

"ইবেম্মা—, নংগী পানবী হাইবহুস্থ মরূপ য়ায়া পুনা জিন্নবা নত্তে।

ঐখোইগীদা অদুম লৈরুরসি। ঐগীস্থ ইচন লৈজদে ইন'ও লৈজদে। নখোই অনিবু ইচিন-ইনাও ওইনা থমদুনা লৈরগে। নং করি হাইগে?"

"তাদা ঐখোইদি কনাস্থু লৈতবগী হাইরুরবদি তাদনা হাইরিবদো ঐদি য়াম্না হরাওজপ্রবা পোংনি। অদুব তাদা, মতুংদা থাই পংচিল চিল্লরুবদি তাদোকপস্থু য়াদা তাদদা য়াম্না নুঙাইতবা অমা লোইদনা ওইরগদবনি। ঐগীদি বেরা লৈতে, তাদদুম অমুক্তা খঙ্বিখো। ইনম্মগস্থু তানবনা কগদরা নিংই।"

"ননম্মগী থাদি করিস্থু থম্লুই। ঐনা তৌবদা মহাক্না থিংবা ঙম্বা নত্তে। মাগী মযুম নত্তে, ঐগী ইমুমদা ঐনা মী থমজবদা মহাক্না করি তৌবা য়াগনি!"

অদুদগী গৌহাটি ষ্টেশনদা গাডীত্র লেপ্লে। গোপালনা অঙাংত্র য়েংলমু হাইনা রোহিণীদা শিন্নরন্নগা অচা-অথক লৈনবা কুমথরম্মী। রোহিণীনা হাইরকই—

'তাদা, শেল অসি পুবিখো।'

"ইবেম্মা, ঐগীদা য়াওরে, পিত্রবস্থু য়াররনি।"

অসি হাইদুনা গোপালদু থুনা চংখিরম্মী অদুগা পুরি শাক থরা সন্দেশ থরা লৈদুনা গাড়ীদা অমুক কাখৎলকই। মখোই অনি য়েন্নদুনা চারম্মী। মোহনবুস্থু থরা পিজসি তৌবদা তুমথ্রদুনা হৌদোকলুদরে।

---

২

তন-থা চাবা লোইরগা মখোই অনি কমদুনা থারি অমুক শাবা হোরে। গোপালনা চুরুপ অমা চন্নদুনা থরুম্মী, রোহিণীনা পানা মতপ অমা চারম্মী।

পানাঙ্গ থাইনা থাইনা রোহিণীনা থলগী—"ইমানা পোক্তুরেগী উনদ্রিবা নিপাসিনা ঐখোইবু অসুক য়াম্না নুংশী তৌরিবসি করিনো !"

রোহিণীদা মতম না কনা কনাগুম্বা অতোপ্পনশু অমত্তা থন্দ্রবা মাই-মণিপুর কাওবা খোংবু থরা ওইমিন্নবিন্ধু হাইরগা মতমদা লৈসি হাইরক্লিবা অসিবো ? পাখং ওইবগী চুংশি-নাংদা হাপ্তু হাপ্তু শুবা হাইবদুরা ? মত পুরমকতু গোপালনা তৌরকপা থাজং মতুং ইন্না খনবা হাইবতনি।

গোপাল হাইবসিদি শক্তা করম তৌই ? করবা কীতমগী মীনো ? শক অহুক য়াম্না কনখ্রবী রোহিণীবু পীতং-পাতংপা মচানি হাইনা লাইনা কংগনি হাইনা গোপালনা থন্দ্রবরা ? মহাকীদি মগুণ করিমত্তা লৈত্রবরা ?

যাহং মরামসি হংলগা ঐখোইনা কংগদবা পাওখুমদি অসিনি ! গোপাল অসি মপা-মপু লৈরাক থাবা ইমুংদা পোকপনি, লাইরিক য়াম্না লৈবনি অদুগা মপ্পান্থ ভলব থাদা নুপা ২৫০ রোম চাজদুনা সরকারগী থবক অমা তৌরিবনি।

শকলোমদা রেংগুনে পাথং শানৌ মখোন কারবনি, কুচু রেংলে শেংই, মপাপ মতাং করিমত্তা কাইদে, মখোং ভেক্তে মথুং ভেক্তে। মাইতা ভারকপনা লাইশাবীশিংগী চুংশি-নাং অচোবা অমা ওইনা লৈরিবনি।

রোহিণীবু মহাক্না মপুক্কিং ওনহনগে হাইরবদা অহুক য়াম্না নুনা খোক্লমদে। রোহিণীনা পী-ভৎত্রবশু পা-ভৎত্রবশু গোপালনা মাগী পুক্কিং হুগে নিংলবদি ওইখোক্কবা অমা থক ওইরোই। অহুক য়াম্না কজে, লেম্মী গোপাল অহু !

অহ ওইরবদি থাদৈমক হেক শেংনা গোপালনা রোহিণীবু মাগী য়ুম-লৈমা ওইরগে নিংবরা ! মশা নহা ওইরিবনিনা অঙবা মী থুদিংমক্তা মহ চিংনবা য়াই, অহুগা চিংনবদগী হেন্না অচুবনি চুমদবনি হাইবদি হৌজিক কাওবদি ঐখোই কনাবত্তা হাইবা ওয়েলোই। মহাক্না হাইরি মচম মচাঙম থমগনি হাইদুনা—। ডাইবিন্থ মাগী থাবে অসি করবা কাংদা ওয়নদগে ওয়রোই হাইবা।

রোহিণীদি গোপালবু পুন্সিগী লোইনবা অমা ওইনা মাগী মথোংদা প্রেমগী লৈরাং কৎনিংদ্রা ? কৎনিংলবসু য়াই কৎনিংলমদবসু য়াই।

য়াম্না কনখ্রবা কনখবী অনিমা রেলগাড়ী মচুংদা মখোই মখোইগী কারকলিবা মখোন অচু পুরগনা ইথং থংহোদনা উনবদগী অসি রোপনরক্লুনা চামিন থকমিন্নরক্লনা মীগী মমিত্তা লুপী-নিপা অনিগী কাতম ওইনা কয়ক্লনা লৈরে। অতৈবা ঐথোইদনা মখোইনিবু মপুরোইবগা মনাই লুপীগরা হাইজবনি, মখোইদি অমনা অমবু অচুম্না থজবগী লাইবক অচু কংজদনি।

মখোইগা গাড়ীদা তোংমিন্নরিবা মীশিং অচনা মখোইরোমদা তোইনা তোইনা য়েংলম্মী। অতৈ ময়মগী নত্তে, মখোইগী পুকনিং হুয়বা থক অনিচুবু য়েংবনি।

ময়ামচুগী ময়ক্তা মখোই অনিনা লৌনা থংনবগী কাতমদা অমনা অমবু লুনা তোৎতুনা ময়ামচুনা করি হায়না থনম্মী ? মখোইনা থম্মদি— মখোইগী মপু-মনাই অসি য়াম্না চায়না তৌখ্রেদা অনিনি।

পানা শাইরু শাইরগুনা রোহিণীনা গোপালদা হাইরকই –

"তাদা, থারেদা য়াম্না, ঐদি লমনশিংবা ওবগা ওমদবরা থংদে।'

"লম্মন পাখা মী য়াম্না লৈ তাইবংপাল অসিদা। মচুম্না পামদবা মীবু অপংবনি বুচুনি লাইনা মী অয়াবনা মিংথোল পী। অদুগা পামদবা অচুনা হেন্সি হাইবসিদি মখোই থয়মক য়াদবা লৈত্তে। অদুনা ইবেম্মা, নংত্তোম্বা ঐনা অচুক য়াম্না তাক্লু চনা কাম্নদে। ঐগী লম্মন শিংবগী বাদি মুখন থমুচু। ঐহু ঐনা ওথা থয়দনি তৌরিবা, অদুগা তৌগে হাইরিবা। অদুবু নংনা করি হাইরিবা ঐথোইগীদা লৈসি হাইসিবো ?"

"তাদা, মচু ওসাইমখৈ থম্লিবনি। লোংবা মিনিদি পান্থীথোইদা লৈবনা কনদবা মাসে। অতগী অচুম থোক্লবা অমা তৌবনা কৈ। মখোইনা লৈহজিল্লবদি অদথোই নত্তনা ঐগী থংনবা কনা লৈ ?"

"কৈ-কৈ, নংনা থোকপা ফগদবা অমা ত্তৌ। অদুগা ঐগী মতেং কাম্নগদবা কালদা নং হেক্তা হাইরকউ, কন্নিমতা হঙোইগনি।"

মখোই অনিনা ঙাংনরিবা বাশি য়াম্না চানশম্নবা মওং ওইরক্লে। অমুম্না ঙাংনরিঙৈদা গাড়ী থারক্ত্না গৌহাটি তুংওইনা হন্নোক্লম্লে। গাড়ীনা লেপ্তবগা লোইননা মখোই অনিগী বাথলশ লেপ্পমদে।

গোপালনা রোহিণীগী মরমদা থবাই য়াঙশন্‌বসি অমুম অমুম হেনগৎ-লকলে। মহাক্না ঙসাই থক্লম্বা চুরূপ অ অমুক্তং কম্না চিংলগা থোংউপনা নেৎথৎতুনা মুৎথংলে। অদুদগী অমুক শক হক্ষন্দুনা মিকুপ মঙা-তরুক লৈরগা গোপালনা বা হৌদোক্লরে—

"পুং ১দি তাথরে, তুমনিংলবদি তুমলো। চয়েং অমুক লোড়ী তোংবদা বাগনি।"

"মণিপুরগী লম্বেলতা কোণা য়াম্না লৈ হাইবা চুম্লা তাদা?"

"য়াম্না লৈ, খুদোং থিত্র-থিগ্ত্রবা মকম য়াম্না লৈ। ডিমাপুরগী লম্বেলসিদি লিলগী শাথেক্লি। খোইদ্রিং খোইদ্রাংদনা অকিবগী মশক্লি।"

"ড্রাইভর য়-থকপদি য়াওদরা?"

"থংদেদা ইবেম্মা, য়াওই হায়রবস্নু হাইনৈ। ঐখোইদি উরুদবনিনা চাইফম থংদে।"

"আসামদদি য়াম্না থক্লখরে। তাদত্নম চেপ্পীরো। ঐদি তুম্নিংঙ্ত্রি। তাদদি কলিকাতাদগী লাকপনিনা য়াম্না বাম্নম্নিনি।"

"ঐদি বাদে। নংস্নু তুমখিরোই হাইরবদি ঐ বা অমা হাইগে তাও। কন্নিমতা ইকাইগনু, নবুংগুম নবুংমক্লি থন্নু। নখোইগী অহল লমম্না আসামদা লৈরকপগী বারি অদু অমুক্তা লিউ।"

"ঐ লোইনদি থংদে। ঐনা থম্না কংবদু হাইজগে তাবিয়ু।"

অসি হাইদুনা রোহিণীদু মখোইগী পরিচয় পিম্না হৌরক্লে। গোপালনা চুরূপ অমথক চমথৎলগুনা মখোং নামনা অমগী মথকা থাদংলগুনা

য়াম্না মুম্না তাবগী শকওংদা তারম্মী। মরক মরক্তা মম্না অদ্র করিমতা য়াওদনা করিগুম্বা অমা শাইবগুম অনিরক অহুম্রক মচিন চপ চপ শাইরম্মী।

রোহিণীনা লিরম্বা বারিদি অসিনি—

মখোইগী মপাগী মমিংদি শেখরশিং কৌই, আসাম চা-বাগান অমদা ঠিকাদার অচৌবা অমা ওইহুনা লৈরম্মী। মখোইগী ঠিকা অসি শেখরশিংগী মপুবু পোকপা মপুখো- পুরেন নাককপদগী হৌনা তৌরক্লবনি।

ঠিকাদা শেল য়াম্না ফংলহুনা অদুগা বাগানগী সাহেবনসু য়াম্না চাল্লহুনা মণিপুর খোক্তব মথৈ অদুম মমুম মকৈ শাহুনা লৈরে। মখোইগী মরি মতা থরা লৈজবদ্র শেখরশিংগী হাকতক্তদি লোইনা কাওনখরে। কনানা কনানো মকম খংদরে।

মতৌ অসুম ভৌনা লৈরকপদা মণিপুরদা মখোইগীনি হাইবা মী অমতা লৈখিদরে অদুগা লৈরবসু লৈ হাইবা খংখিদরে।

মখোইগী মমাহুসু কনামত্তা লৈত্রবী মুপীমচা অমা ওইনা রোহিণীগুম বাগান্দা কুলি অমনা য়োক্লুনা লৈরবদগী শেখরশিংনা অহানবা মুপী অদ্র শিগ্রহনা রোহিণীগী মমাসিবু লুহোংহুনা লৌবনি।

অহুদগী মমানা হায়না চহি অনিরোমগী মমাংদা শিরে। মোহন অদ্র রোহিণী মপা-মচা চংহুনা য়োক্লক্লে। অহুদগী থা মরিরোমগী মমাংদা শেখরশিংহুসু পুকচক্তুনা শিখরে।

কনামতা লৈত্রবহুদা মীরৈবাক্তা লৈবা ঙম্বা পোৎ মক্তে হাইহুনা য়ুম কৈ পুম্নমক য়োম্বোক্লুনা লুপা লাথ অমা মথাই পুহুনা লাক্লিবনি।

বারিসি তারগা গোপালনা হাইরকই—“ইবেম্মা নংদি য়াম্না ইনাক খুল্লিবীনি। নংগী করিসু থাক্তে। ইংখোল লৈহুনা য়ুম অমা শারগা নিংথিনা মোহনবু মোকপা য়ারিবা পোৎনি।”

“য়াইনে তাদা, মহুদি তাদা রমেশনা (ঙসাই মংখাইব শিন্নবা

দারোগাগুবুনি ) অহুম লৈবু, মহাক ঐখোইগী অপোই অঙাম পুন্নমক য়েংখিগে হাইবা।"

"কদোই অহুদি ?"

"অহুদা তাদা মণিপুরদা লৈনিংবা অমা কন্না ভোত্রে। অহুননি।"

"কৈ. ইচন্‌সিদি নংনা মণিপুরদা লৈনিংবহু অহুম লৈরু। ঐনা অনিগুবা রমেশ গুইহুনা নংবু য়েংগনি ইবেম্মা।"

"তাদা, হয়েং অসি কন্না থেং-ঙন্না ডিমাপুর য়ৌগনি ?"

"হয়েং অসিদি পংদি হাইবা ঙমদরে, অহুগা ঙস্তাদি থুংগনি।"

"লোড়ীগা ঙাংনবদী তাদনা ঐখোই অহুম ভোংনবা ঙাংনখিবা তাই। ঐদি করিমতা মকম থংজদে।"

গোপালনা হিঃ-হিঃ হাইনা নোক্লগা হাইরম্মী—"মহুশীদমক করি চিন্তা ভৌক্লরিবনো ? পান্‌বী-খোই ফাওবা ঐনা থিনগনি। মখোইদা নখোইনিবু থিজ্জলগা ঐ য়ুমদা চংকদবনি।"

"ঙসি অহিং অসিদি গাড়ীদা অসুম লৈবা তারেদো।"

"উম, অসিদা অহুম লেখা তারে। নং নিংথিনা তুম্ম। নপোৎ নচৈঙ্গ মোহনমু ঐনা সংগনি।"

অহুদগী রোহিণীনা মকোক থন্না থরা ঙাওই হাইদুনা হিপথগে হাইরে। মহাক্কী শেনগাও অহু গোপালদা পিরে। গোপালনা লৌরগা হংই—

"শেলদি কন্না য়াওরি ?"

"লাথ অমা-মথাই য়োমদনি ?"

"থাজেশেংবা কয়ানো ? হোরেন করিঙখা ? কাওহুনা মণিং থাংলে হাইরবম্ন ঐ ইকাইবা ফংগনি।"

"ঐদি করিম্ন হাইরোই। তাদনা কিরগা থন্না থিবিউ থাজেশেংবা ঐদি থংত্রে।

গোপালনা শক হঙন্দুনা অমুক হাইরকই—"ঐনা থিরগা য়াবা পোৎলা—, ঐখোইনি থিমিন্নগদবনি।

অহুদগী মখোই অনি চৎহুনা শেল থিমিন্নরে! লুপা খিবা লোইরগা রোহিণীহ হিপথরগা গোপালগী মপুকচেল অহু য়েংবদা ঙরুহুনা লৈরম্মী। ঙাইহাকুং য়েংলগা হাইরকই—

"তাদা, তাদদি মণিপুরদা করি লৈকাইদা লৈ, করি থবক তৌবিরি?"

"ইবেম্মা ঐদি কৈশামপাত্তা লৈ, থবক্তি গতি লৈতবনিনা মীনাই ওইরি।"

"করি থবকনোনে?"

"করি ওইনি ইবেম্মা—, সরকারগী থবক্নিদা।"

"করি ওইবিরিবগে অহুবু?"

"ষ্টেট অফিসতা হেড ক্লার্ক ওইরি।"

"তন্নবতি কয়ানো তাদনা ফংবিরিবদি।"

"লুপা ২৫০ দনি ইবেম্মা।"

অহুদগী ঙাইহাক তুমিন্না মখোইনিমক লৈরে। অমুক—রোহিণীনা হংলম্মী—

"তাদা বারোবিগনু। ঙাসাইমখৈ তাদগী য়ুম্নাক্তি থংজিন্রি।"

"ইবেম্মা, ঐগী য়ুম্নাক্তি কৈশাম্নি।"

মখোই অনি অম্ররা ঙাইহাক বারি শামিন্নরগা রোহিণীবু তুমবা হাইহুনা গোপালনা ফুরিথাওদগী চুরুপ অমা লোখোকনা লৈরে। রোহিণীম্ন তুমবা হোৎনখরে।

ঙাইহাক লৈরগা মোহন অহু মিৎকপ খোরক্লে। গাড়ী মথক্তা তুবা হাইবসি কুইনা তুবা য়াদে। মোহন্না হৌরকপদা মচে তুমহুনা লৈ হায়বা থংবনা 'ইচে, ইচে,' হাইনা কৌরম্মী। গোপালনা ইচেদি তুম্নি হাইহুনা

মোহনবু মতম্বাক্তা লৌখৎলম্মী। মোহন্না মমিৎ নোইরগা কোইরেং য়েংলম্মী। অদুদগী গোপালনা হংলম্মী—

"করি তৌগেগে হাইয়ুদনা।"

মোহন্না মপান থোক্কে হাইদুনা মপান থোকফমদা পুদুনা থোকক্লে অদুগা অমুক হংলকই— "করি চানিংই ইবুংঙো?"

মোহন্না চানিংদে হাইদুনা হাইরগা য়াম্না অকবা অঙাংদোনা তুমিন্না লৈরম্মী। মপা মমা লৈত্রবনি মাগী চক্রী তাবিনিঙাই মচেম অদুমক্তং নত্তনা কনা লৈত্রবনি খংদুনা তৌবা মতৌ মাল্লি। তৌইগুম্বসুং মোহন হাইবদুদি মপা মমা লৈরবসু মী খ্বাইগী চক্রি ফত্তবা অঙাং নৎলমদে।

গোপালগা মোহনগনা তৌনরিবদু রোহিণীনা মশেং-মরাংথোই তারম্মী। অদুবু মাসু তুমনিংবনা আমোন চনখিদুনা করিমতা হোগৎপা ঙমলমদে। তুমনিংবা পুরিবী লাইরেম্বীনা মহুৎ শিন্বীনিংঙাই অমা লৈরে পোৎথাজগদু হাইবা মতৌগুম্মী।

গোপালনা চহি অনিদা ঙাইরিবা মোহনবু মচা অপোকপগুম হুংশিবা মিয়েংনা য়েংলদুনা মাগী মাইকৈ মরিদা থোকলিবা ময়ামদু কাওথোকপা ঙমলম্মী। করি হাইনি, রোহিণী লোইনরকই হাইবা কাওবা কাওরম্মী।

ঈশ্বরনা মথোই মচিন মোপুবা অনিগী মথুত্তগী মপাগা-মমাগবু লৌশন-বিখরে অদুগা অমুক মপা মমা লৈত্রবা পাখং মচা অমবু মথোইগী মপাগুম মবুংগুম য়েংবিনবা পিবিররি। থৌজাল হৈতেসু কয়া হাইশিগে ঈশ্বরবু! মাগী থবক পাংথোক্লবগী লখিদা থৌজাল উৎফম চানা চানা উৎপা নত্তনা করিনি হাইসিবা!

চহি ২৬ তা ঙাইরিবা গোপালনা মোহনবু মচানি হাইনা লৌবা য়াই অদুগা রোহিণীবুদি মচম্নি হাইনা লৌবদগী অতৈ করি গতি লৈরি। অদুগা মহাক্কা হুপীলোনগে নিংলগা অমশুং রোহিণীনা তু-য়োম্বী অমা ওইনা লৈগে য়াম্নগা মহাকপু গোপালনা অভোবী ওইনা লোগে হাইবা অমঃ ময়াই।

তৌইগুবসুং মোহনবু মহাক্না রেলগাড়ী মথক অদুদা মচাগুম লুনা তৌবদু উরগা ঐথোই পুম্নমক্না মচামক ওইরবা মাল্লে হাইনিংগনি।

মোহন অদু অসুম গোপালগী তম্পাক্তা ফম্লম্বদগী উইরদুনা থোক্ থোক্ হাইদরক্লে। অদুদা গোপালনা নিংশিনা ফমুংদা থমদুনা হিপহল্লে। গোপালদি মিংশেল থাংদুনা লৈরে।

অসুম তৌনা অহিং অদু লেল্লকপদগী ডিমাপুর রোরমদাই ষ্টেশন মরি মগা থাংলিঙৈ অদুবাইদা রোহিণীনা ওহাক পোৎথাবনা ফগনি হাইদুনা ফম্না কম্না কৈরাদা ঙাদুনা গোপালদু ঙাইহাক তুম্লম্মী।

---

৩

ডিমাপুর ষ্টেশন্দা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মোহনবু হোটেলদগী করি করি থম্না লৈদুনা পিজরগা গোপালনা রোহিণীদা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা, অঙাং অসি ঙাইহাক্কুং য়েংলম্মু। ঐহাক লোড়ী অমত্তং বন্দোবস্ত তৌরগে।"

"য়াম্না ফগনি তাদা—।"

অদুদগী গোপালনা ঙাইহাক চৎলুরগা তম্না হল্লক্না হাইরে—

"ইবেম্মা, ঐদি কাওরম্লে শেল অসি লৌশলহৌ।"

অসি হাইদুনা গোপালনা শেনগাও অদু পুথোক্না থিবা হৌগদৌবগী তৌরম্মী। মদু উবদা রোহিণীনা গোপালগী মথুৎ অদু পাইরদুনা হাইরম্মী—

"শেল অদু ঐঙোন্দা অমুক পিপ্রবস্ত্ তাদনা অদুম শেম্নবিবগী শেম্নবিবা পাইশিন্‌বিয়ু। করি কাম্নগবনো অমুক থি-লাক্নুনা তাদা ?"

"ঐনা লোড়ী থীবা চৎপ্রিঙৈদা নংনা ঐবু চিংনদুনা তৌগদম্না হাইনা তৌবনি। নহাক্না অদুম্না থাজরবদি ঐগীদি করিস্ন হাইদে।"

"করি ঝানো তাদা, চিংনরবদি ঙরাংদগী হোনা চিংনগদবনি। তাদা রমেশনা অহুক য়াম্না থাজবগদা ঐস্থু থাজদবা ঙমদে। ঐনা তাদবু থাজত্রবদি লুপা পাইহন্‌বদি থমগ্রগনা লুপা য়াওরক্লি হাইবা কাওবা তাক্লোইদবনি।"

ঝাহু তারগা গোপালনা মপুক্লিংদা হয়াওরগা হয়াওদবা শাগনা মোমোন মোমোন নোকপগুম নোক্তুনা মখুৎ ওইনা ফুরিথাও হুন্নহনা য়েৎনা চুবা নাল্লহনা লৈরম্মী।

মখোই অনিনা ঙাংনরিবহু মখোই অহমদগী হেম্না কনামতা তারমদে। করিনা মতগী মুমিত্তা সেকেণ্ড ক্লাশগী পোথাকম কাহদা অতোপ্পা যাত্রিক য়াওরমদে। অমনা অমবু মুংশিবা থাজনবা মিৎয়েং অনিহু চানরহনা মুংঙাইরবা ইপাক অমদা মখোইনিগী মথবাইত্র তাওরম্মী। অঙাং ওইরিবা মোহন্না অর্থদি থংদ মখোইনিগী মত্তোহু তল মচেৎ অমা চিক্ল চিক্লহনা মমাই থাগত্তুনা য়েংহনা লৈরম্মী।

অহুদগী গোপালনা শেল অহু অমুক লোশিল্লগা পুরগে অত্রদি হাইনা হাইরগা লোড়ী থাবা চংখিরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা লোড়ী অত পুরক্তুনা রোহিণীখোই লৈরিবা লম অহুদা গোপাল থুংলরে। কুলি কোহনা মখোইগী মপোৎ মচৈ শিংহু হাপকৎলে।

অত্রদগী ড্রাইভর অহুনা গোপালদা ওনশিন্দুনা হাইরকই—"ঐখোই গাড়ী অসি থাও থজিক্তং হাপচক্লখিগে, ভাড়া ঐনা ঙসাই হাইবহু থম্মবিরমখো।"

অহুদগী গোপাল চংহনা গাড়ী ঙাইহনা ফম্লরে। রোহিণীনা ঙাইহাক অমুক মোহন্দা অমুক গোপালদা য়েংলগা হাইরম্মী—

"গাড়ী ভাড়া হাইববু করিনো তাদা?"

গোপালনা হাইসি ইকাই অহুগা হংলকপহুদা হাইত্রে তকশিল্লকদবা লৈ ঙাইহাক্তং হইঙক এনঙক চাহনা লৈরগা থুম্লম্মী—

"অতৈ কৈন্নু নত্তেদা, ঐনা ঐ:খাইদমক তোংগে মী অতৈ তোংহনগদ্রু হাইবনিমা।"

"অদুদা করিদোবা ?"

"অতদা শেল য়াম্না পিন্নু, ঐনা খরা তাও হাইবদনি।"

"কয়া পিন্নু হাইরিবনো।"

"মাল অতোপ্পস্নু হাপত্রে মীস্নু অতৈ তোংদ্রে, অদুনা খাও মমলদগি হপ্পনবা পীন্নু হাইজরিবনিদা ?"

"অদুবু কয়ানো ?"

"লুপা কুনথক্ পিন্নু হাইরিবনিমা, ঐনা তন্নামঙা পিগে হাইরিবা।"

"মী অতৈদি কয়া কয়া পিনৈ ?"

"অতৈদি বোরা মথক্ত-ও করিও পংক্ম কয়্নগা লুপা অমগাদমক পিরিবনিমা।"

"কুনদু হেক পিথোকপিখিবনা করোইত্রা ?"

"কৈ, পিখিসি।"

অসি হাইরদুনা চুরুপ অমা লোথোক্লুনা চমগে তৌরিভৈদা লোড়ীনা পোং-পোং হাইড়ন কৌরে। অদুদগী গোপালনা চুরুপ অদু চমহনা থোকপ্লগা ড্রাইভর অদুবু কৌশিল্লে।

গোপালনা চৌকি অমদা কম্লদুনা ড্রাইভরদুদা হাইরকই—

"ড্রাইভর, নংগী লুপা পীগে, অদুগা ঐথোইবু য়ুম-য়ুমদা থিনগ-দবনিকো!"

"থিগ্নগনি, সাহেব। কদাই কদাইনো ?"

"ঐনা কৈশামপাত্তা, অদুগা—"

অসি হাইরগা রোহিণীরোমদা হংগে হাইদুনা মাই ওনখল্লকপদা রোহিণীনা খুম্লকই—

"ঐনা বাহেংবম লৈকাইদনি।"

"য়াম্না ফগনি।" হাইনা ড্রাইভরদুনা হাইরম্মী।

অদুদগী গোপালনা লুপা ২০ থক মাগী শউনগী শেনগাওদগী লৌথো-ক্লুনা থিরগা পিগে তৌরম্মী। অদুদা রোহিণীনা হাইরকই—"করিগী তাদদগী পিগদৌরিবনো? ঐনা পিগনি।"

ড্রাইভরদুনা গুরুদুনা যাদি হাইবা য়াদা য়েংদুনা লৈরম্মী। শেল অসুক য়াম্বু পাথং অমগা লৈশাবী অমগনা ইজং তৌনরিবসিবু হাইনসু ড্রাইভরনা খল্লম্মী।

গোপালনা রোহিণীদা হাইরম্মী—

'ঐনবু পিরবসু ইবেম্মা নংনবু পিরবসু কোম্না তৌনসি। ড্রাইভরগীদি পিথোকখিবনা ফৈ!"

অসি হাইরদুনা গোপালনা শেলদু পিরমমী অদুগা ড্রাইভরনা মগান থোক্লুনা ওাইদুনা লৈরম্মী। ড্রাইভরংসু মনা ব্যবহার ফজরম্মী। মৈডৈ ওইরবসু গোপালখোই-সেকেণ্ড্ক্লাশকী যাত্রিক ওইদুনা তৌবরা করিননো খংদে। মমাল্লবা অমনিদি মখোই মখোইগী গাড়ীদা তোংগদবা পেশেঞ্জরশিংদু বোরা-থাও মথক্তা নমশন্দুনা ডিমাপুর কৈথেল মচাদু কোইপু পুদুনা অনিয়ক অচুম্লক্তং কোইহৌনবা হাই-না গাড়ী থোদুনা চৎখিরম্মী।

মচু উবদা রোহিণীনা গোপালদা হংলম্মী "তাদা, ঐখোইবুসু ড্রাইভরশিনা চৎসি হাইনিংলরিনি?"

হাইরোই, ওসিদি পুং তাত্রিবা ফাওবা মহাক ঐখোইবু ওইদুনা লৈগনি। ওাইহাক পোথাখিসি তৌবনি। চৎনিংলবরা?"

"তাদা য়োনিংবনা লোইরে। করিগুম্বা পান্বীখোইদো য়ুম হোৎলম-দুনা যাহেংবম লৈকাইদা লৈরমত্রবদি লৈফম অমা-অমা থিহোলনি।"

"ঐখোইদা লৈবদি লৈনিংত্রনে ইবেম্মা?"

"তাদখোইদবু ওইরবসু ওক্তা খুংগুমবদি য়ুংওাইদনা।"

"চুমমি। অদুবু মহাগীদি করিমত্তা চিন্তা তৌরুনু। ইবুংনা শোইদনবা শিনগনি।"

মখোই অনিমক তুমিন লৈদুনা ঙাইহাক পোথারে। অদুদগী রোহিণীনা মোহনলোমদা য়েংলদুনা মোপ্।া নিপানা তৌরিবদু হুংশিন্নবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক য়েংলগা অমুক গোপালদা য়েংলম্মী। অদুদগী মমিত্তগী পি তাখিবা থংলৌদে।

পি পংতা তাবা য়াবা নত্তে। মরম য়াম্না হুংশিবা অমা লৈরম্মী। অঙাং অদু মহাক মুপীমচানা নিংথিনা য়োকপা ঙমগদবা ঙমলোইদবা, গোপালগুম্না লাইরিক-লাইগু তমহন্বা ঙমগদবা ঙমলোইদবা হাইনা খল্লবদগীনি।

মহাক্তী পিনা চোংলবা মিৎলু অনিদুবু তাক্লিবা মাইথোং অদু উরগা গোপালনা হংলম্মী—

"করি তৌরে ইবেম্মা, পি মাংহল্লিবদি?"

"তাদা, ঐগী শিন্থরিবা পি অসি অয়েম্বদা মাংহল্লিবা নত্তে। ঐগী পুন্সিগী চাওরবা বাথল অমগীদমক্নি।"

"করিনিনা, ঐঙোন্দা হাইযুদনা?"

"হাইবগীদি হাইনি তাদা, অদুদা ঐনা নিংজম্রিবসি থুংগদবা থুংলোই-দবা থংদরেনে।"

"অদু ওইরবসু ইবুংদা হাইয়ু। ঐসু তানিংই। নোংমা-নিনিদা ওইরবসু ঐ অসি নখোইগীনি হাইনা লৈরবনিনা নংনা কপ্পদু উরগা হুংঙাইতে।"

অদুদগী রোহিণীনা মোহনগী লাইরিক লাইও তবগীনি হাইনা হাইরবদা গোপালনা হাইরকই—

"মহাগীদমক কপ্পদি কপকম থোকই। অদুগা ঐহাক্না তাইবংপান অসি থাদোকত্রিবা ফাওবা মোহনগীদমক করিমত্তা বাক্নু।"

"তাদা, ইচিন-ইবৈ অসিনা খৎপা ঙমদ্রে। তাদনা ঐখোইগীদমক তৌবিগদৌরিবসি য়ামশ্রেদা।"

"ইবেন্মা, য়ামশন্ন। ঐনা ঙম্বদা কব্রিমতা চিংনগন্ন, লোইনা হাইয়ু।"

"তাদনা লুপাহ্ন ডাকঘরদা খম্বিরগা শেন্দোই অদুনা মোহনগী লাইরিক তম্নবা থৌরাং তৌবিয়ুকো। অদুদগী অয়েম্বা খরদুনা ঐগী চানবা খা খুংদিংগী ঐঙোন্দা পিবিরকউ।"

"হয়েং মণিপুর য়ৌরগা ঙাংনগদবা যাদো হৌজিক্তা কবি কান্নবা থজিবা ?"

অসুম তৌনা গোপালনা রোহিণীবু থেমজিল্লম্মী। মোহন্না মচেমহ্ন কপ্পা উবদুদা মমিং মচা অনিহ্ন তুক তুকখম্বদুনা মচেমদা অমুক গোপালদা অমুক য়েং য়েংদুনা লৈরম্মী। অঙাংদুগী মতৌহ্ন য়েংবা হুংঙাইত্রদুনা গোপালনা মোহনবু মতম্বাক্তা পন্নদুনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা লংনরম্মী—

"মোহন বাবু, নংসু কপতৌরবরা ? নংদি কপ্পা য়াদে ; নিপাগী থোনাকবা পুকচেলহ্ন চেন্নবা লাক্লগদবনি।"

অদুদগী গোপালনা মথুদাং খড়ি য়েংলদুনা হাইরম্মী –

'মতম ওইরে, চৎসি হৌগংলো ইবেম্মা।"

"মোহনহ্ন ঐ পময়ে তাদা, ঐঙোন্দা পিবিরকউ।"

"য়েং, য়েং, হৌজিক নংনা অঙাং পম্বগা য়াবা নত্তে। গাড়ী তোংবদা অঙাং শেন্নবরা হাইববু নশামকপু শেন্নবা ঙম্বা নত্তে।"

অসুম্না রোহিণীনা মচিন মোপ্না অনিবু গোপালগী মথুত্তা পুমশিন শিন্নরদুনা লোড়ী তোংদুনা মণিপুর পাংলম্মী।

---

লিলগী শাথেক্তা খোইরিবী ডিমাপুর লম্বেলদা গোপালখোইগী লোড়ৌহ উং উং লাউনা থোরহনা মাও য়োররে। মাও অসিদা পুং অমা পোত্থাগনি চা-থক্কদবা লোইনা তৌবা য়ারগনি হাইনা গাড়ী লেপ্লে। গোপালনা ড্রাইভর অদুদা হাইরকই -

"ড্রাইভর, আনা অসিমত্তংগী চাক হেঞ্চাং থরা লৈবিরকউ। মী লৈত্রে। অঙাং অসি চাক লাল্লিরিনি।"

ড্রাইভর চংথরে। রোহিণীনা গোপালদা হাইরকই 'ভাদহুম হোটেল চংহনা চাক চাবিরুরো। ঐ মোহন অসি চাক পিজহোগে।"

গোপালনা নোকহনা হাইরকই—"রোহিণী নংনা করিগীনো ঐগীদমক অহুক য়াম্না বারিবা। নখোইনি ঐগী আতিথিনি ওসিদি! ওসিদগী নত্তে মপোকসিমগীনি হাইনা লৌরবনি, নখোইনা ওইরোই হাইবগীদি থংদে। নখোইগী সেবা লোইত্রিবা ফাওবা ঐ করিমতা বাদে। নংসু থরা চাবনদি খৈ হাইববু ইরু মাইথজবদা খুদোং চাররোই হাইনা খল্লি।"

"ভাদা ঐগীদি চাত্রবসু অহু মঙাই। ভাদগী শোইদনবহুম ভৌবিরু।"

মখোই অনি অসুম্না ওাংনহনা লৈরিঙৈ অদুদা দারোগা অমা লাক্তুনা গোপালদা বা হংলৈ। দারোগাহু অনোবা ওইহনা গোপালবু মশক খংলমদে। অদুনা অসুম্না হাইরকই—

'ইবেম্মসি অদোম্না পুবিরকপরা?"

গোপালনা মানি হাইনা খুল্লবদা দারোগা অদুনা পেত্রবয়া করিনো অমুকসু বা থরা হংলম্মী -

"কদাইবাইদগী থোকপিরক্লিবনো?"

"আসামদগীনি!"

অদু হাইবদুদা অদুগা রোহিণীনা শাড়ী শেৎপদুদা জগোইশাবী ওইরবোই নিংদুনা দারোগাদুনা হংলম্মী—

"করি ভৌবা চৎপিরম্বিবনো ?"

'থবক অমগীনি।"

মদু হাইবদুদা অমুক হেন্না দারোগাদুনা চিংনরে। রোহিণীনা ইঙক ঙক্লদুনা করি মতৌনো হাইনা লৈরম্মী। অ.দগী দারোগাদুনা অমুক হংলম্মী—

"বা চবেৎ চবেৎ হংলে হাইদুনা বারৌবিবা য়াদে। ঐথোইগীদি ইথৌনিনা থরা শেৎনা হংজবা ভারে।"

"য়েঃ য়েঃ হংবিয়ু, করিমতা বেয়া লৈজদে।"

"অদোমগা ইবেম্মা অসিগা করি থোক্লবিবগে ?"

করিস্থু থোক্লদবনিনা গোপালনা থোক্লদে থুন্নবদা দারোগাদুনা মাগী চিংনবদু প্রমাণ ওইগদোরে হাইদুনা মচিন্‌বান্দা জয় ওইবগী মোমোন ভৌবা মনোক অমা নোক্লদুনা হাইরকই--

"করিস্থু থোক্লত্রবদি করিগীদমক আসামদা লৈশাবী অমা পুদুনা চৎপিরম্বিবা ?"

'পুদুনা চৎলুদে পুদুনা লাকপনি।"

বাসি মকোই মকোই ভৌরদুনা হুংঙাইরোইদৌরি হাইনা দারোগানা হাইরম্মী—

"বাসি শেংনা ঙাংনবনা হুংঙাইবা ভারে। জগোই শাবা চৎপিরুবা নত্রা ?"

মাদুদা গোপাল অসি নোক্লিংবনা লোইরবস্থু নোক্লি নোক্লি দমক্তা ভৌরগা থুন্নম্মী—

"করি বানো বাবুনা হাইরিবা অদুবু ? কদাইদগী জগোই শাবা চৎলুগবনো। থবক অমা লৈদুনা চৎলুবনি, অদুদা লমথাংদা ইবেম্মাসি ঐগী

মরুপ অমনা শিন্নরক্ত্না পুন্নকপনি। বাবুনা হাইরিবসি বা অমরোমদা চৎখ্রেনা।"

দারোগাহুনা গোপালগী বাঙাংসি তারগা অমুক হেন্না চিংনরে। অহুগা মথন্তা অবান লৌবা মুংঙাইত্রে হাইত্রনা কোয়েৎ অঙাংবা পুলিশ অমদা মমিৎ থত্তুনা কৌরগা হাইরম্মী—

"ঐ গাড়ী অতে য়েংগদবা থেংগ্রে, নং অমুক্তা ঙাংনরম্মসে।"

অসি হাইরগা দারোগা চৎখ্রে, পুলিশ অহুনা বাবুগী হুকুম ফংলবনি হাইহুনা খোন্দাহু চম চম্না গোপালদা হংলম্মী—

"থাঙ্গৈশেংবা হেক্তা হাইয়ুদা, কোরেন আঃ থানা য়োরগা পুংশেং শেংদোরক্কনি। করিস্নু কান্নদবদা মৈতৈ মচাসিমা!"

গোপালনা ব্যবহার য়াওদবা বাঙাংত্র তারগা শাওগে হাইবদি লৈরমদে অহুগা ইতপ তপ্না হাইরম্মী—

"ইয়াম্বা কোয়েৎ অঙাংবা, নত্তবস্নু মানি হাইহুনা পংচপ চপ্না তৌরগনু। অঙাং অসি চাক খজিক্তা পিজথিগে। করিগুম্বা অদোম্না থাজত্রগা ঐখোই লোয়দি চেন্‌খা ঙম্বা নত্তে। গাড়ী নম্বর ফাজিন্‌বিয়ু।"

মহাক্কী অতপ্পহু উবহুদা লংখৎপা য়াত্রহুনা পুলিশ অহুনা তপ্না হাইরকই—"অহুদি ঙসি উপুদা লৈবিবা তারে, মরোল শেংত্রিবা ফাওবা।"

মহু হাইবা তাবহুদা রোহিণীনা ঙক্লহুনা থল্লম্মী। গোপালসিবু মণিপুরগী সরকারগী থবক তৌরিবা নিপা অমনি হাইবহু নম্ববরা হায়নস্নু চিংনরক্রে। থল্লরগা মহাক্না অহুম গোপালগী পরিচয়হু হায়দোকসিন্না নিংলম্মী। অহুবু হুপীনিনা পুলিশ অমগা বা পাক ঙাংনবদি ফত্তে হাইহুনা অহুম তুমিন্না কুম্মৈ য়েংহুনা লৈরম্মী।

পুলিশকী বাদো তাবদা গোপালনা করিমত্তা থুম্নমদে অহুম মোহনবু চাক পিজহুনা লৈরম্মী। অহুদগী ঙাইহাক লৈরগা দারোগা ঙসাইগীহু

লাক্লে অদুগা ড্রাইভরদুসু লাক্লে। ড্রাইভরনা গোপালদা হাইরম্মী—
"প্রোসাদ তৌগদবগা তৌবিক্লরো মিনিট কুন্‌মুক্তা ভাইশল্লক্লে গাডী থাগদবা।"

"ঐখোইদি চারোই। ইক্ল-মাইখজবা য়ুগোৎ চারোই।"

দারোগানা মখোইনা ভাংনরিবা বাদু তারগা হাইরম্মী—

"বা অশেংবা তাক্ত্‌রা করম তৌরে?"

ড্রাইভরনা ইঙক ভরা তারম্মী অদুদগী দারোগাদা ওনশন্দুনা হংলম্মী—
"করি তৌরবগে বাবু?"

দারোগানা খুল্লমদে, পুলিশনা খুল্লম্মী—'জগোই শাবী পুদুনা লাক্লগা করি তৌরবগে হাই সারিয়ে। নংদুম ভাওরবরনে হাই ড্রাইভর।"

ড্রাইভরদুনা মাগী খোন্দাদু মুংশিপ্রদুনা খরা কল্লপ তৌনা হাইরম্মী—
"ঐ করিগী ভাওরুনি হাইগে? অদোমবু মিৎ য়ুরবরা? লৈশাবী খুদিংমক জগোইশাবী ভাক্তা ওইরগদরা?"

গোপালনা মখোইনা ভাংনরিবদু মুন্না তাদে, মোহন চাক পিজদুনা অদুম লৈরম্মী। অদুদগী মাগী শেনগাও অদু পুখোরক্লগা শিকি অমা পিদুনা ড্রাইভরবু চুরুপ লৈরুচো হাইনা থারম্মী। অদুম্না শেনগাও পুখোরক পদা রোহিণীগী শেনগাও অচৌবদুনা মহাক্কী শেনগাওদু নল্লমদুনা অচৌবদুসু লোথোক্কবা য়াদদুনা লোথোক্লম্মী। অদুদা দারোগাদুনা পুলিশকী মনমদা পেন্সিলনা থিন্দুনা ইজিত পিরম্লগা চংখ্রে। পুলিশতুনা মথন্তা ভাইরবদুদা বাই শংলদুনা হাইরকই—

"বারোয় ইবুংঙো, ইয়াম্বা বা অমা হাইগে। হোরেন জরি-মুংলি তৌথ্রগদি খুদোং চারোই, অদুগী শরুকপুদি বাবুসিদা ভা অমা হৈ অমা চানবা খরা তৌরম্লগা থোক চংখিবনা কৈ।"

মাগী বাসি ভাবদুদা গোপালদু নোক্লম্মী অদুগা রোহিণীসু নোক্লম্মী। নোকপগী মরমদি তিল্লরমদ্রে। রোহিণীনা খন্‌বনা শেল খরা পিরগা

জগ্গালত্ন কোকনি অসিনি অদুগা গোপালনা খন্‌বনা তৌ শারিসে হাইবা অসিনি। রোহিণীনা গোপালদা হাইরম্মী—

"শেল অদু খরা পিথোকপ্রসি তাদা।"

"করিগী পিরুনি ইবেম্মা? মথোইনা খমকা পংভৌ ভৌরগা ঐদা রাগদরা? মথোইস্নু ওখমখৈ তৌসন্নু, ঐস্নু .. ...।"

অসি হাইরগা গোপালনা মোহন অদু মচিন তেংবিরমই। ওসাইগী দারোগা অদুনা দারোগা অমা উনরে। অকোন্‌বদুদা হংলকই—"কদাইদনো বাবু।"

"অসিদা ঐগী মরুপ অমা লাকই হাইরে উনরুখিগে।"

"বা অমা হাইখিগেনে। জগোইশাবী পুবা নিপা অমা শেল রাম্না পুথোক্‌না লাক্লেনে।"

"তুমিন লৈয়ুদা। নথোইসিমা নমাই পান্দবনা। নথোই অম-অনি রাওবদগী ঐথোই পুম্নমক চেম্বরে। নত্তে অসিবাইকাওবা চংলুখিসি, ঐগী মরূপতুস্নু খংনহৌ। রাম্না ফবা মীনি।"

অসি হাইতুনা অহান্‌বা দারোগাদুনা মমাই ওাংলি-ওাংলি ভৌদুনা মপক থোংবা দারোগাদুগী মতুং ইন্দুনঃ লাক্লম্মী। মথোই অনি গোপাল-খোইগী অওবাই য়োরবদা অকোন্‌বদুনা খংলেপ লেপ্লম্মী। অহান্‌বা দারোগাদুস্ন লেপ্লম্মী অদুগা মহাকভৌনা অমদুস্ন গোপালবু ফাগনি হাইনা ভৌরিবা মাল্লে খল্লম্মী। অদুবু অকোন্‌বা দরোগানা লেপ্তুনা য়েংলখদি মিৎয়েং অমা ওইরমলে। গোপাল অদুনি মাগী মরূপতি। গোপালনা মরূ লুকথদুনা মমাই নাকল অমরোমদা লৈথোক্‌না মোহনগী মকী ময়োল লোইশিনবিরম্মী। অদুদা মাগী লুখমগ্ন মান্‌বওমস্নু ভৌবনা গোপাল ওইরিগদরা হাইনা খল্লবনি। অদুদগী হোৎচল্লদুনা চংলম্মী, অহান্‌বা দারোগাদুনা মথবাই হুংওাইরদুনা নোক্ল-নোক্লদুনা চংলম্মী। চংলগা য়েংবদা গোপালনি

হাইবা থাজৈশেংবা থংলহুনা দারোগাহুনা কৌরম্মী —

"গোপাল বাবু লোম্না চেনগে তৌরম্নীবরা ?"

অহু হাইবা তাবদা রোহিণীদি মাম্না থগংলম্মী অহুগা গোপালনা য়েংথোকখিবদা দারোগাহুবু মশক থংলহুনা নোক্ল নোক্লহুনা হাইরম্মী—

"বাবু, কল্লি তৌনি, অগোই শাবা চংলূবনিনা লোম্না বাবুথোই উনদবমখৈ চেনখিগে তৌরম্মী।"

মাহু হেক তাবহুদা তাব তারহুনা দারোগাহুনা মহাক্লা লোইনরক্লিবা দারোগাহুদা শংত্রিক শংনা য়েংলগা গোপালোমদা অমুক হাইরকই—

"ওসিদি অগোই শাবী পুরকপগী ঐথোইগীদা লৈখিবা তারে। মাওগী হেক্লাং অহাওবমখৈ তৌগনি। লাও, লাও কুমথরক্লো।"

অসি হাইহুনা গোপালগী মথুৎ পাইংনা চিংথরম্মী অহুগা মোহনবুনা গোপালগী মচাম্না হাইনা হংলগা দারোগাহুনা পম্নমী অহুদগী রোহিণীদা হাইরকই—

"ইবেম্মা, লাকউ, লুক হাক্লখিসি, অহুগা নিংখিনা মুংওাইনা লেংউ। নত্রবদি হোরেন মুমিং তাবা কাওবা চাক মাম্না লাম্না লাম্না চৎপা তাই।"

মথোইনা অমুম তৌনরিঙৈদা ড্রাইভর অহু প্রেং প্রেং কারবম্না কল্লিনো হাইনা চিংনহুনা লাক্লম্মী। গোপালগী মরুপ দারোগা অহুনা ড্রাইভরদা হায়রম্মী—

"নং কদোই ওসাইনা ঐওোম্দা পুশলকপদি ? নং থম্না ওাইবা তারে মম্নাম্না চাক চাবা লোইত্রিবা কাওবা।"

অসি কাইহুনা মথোই মম্নাম চংথরে অহুগা ওসাইগী দারোগাহুগা পুলিশহুগম্না মমাই ওাংলি ওাংলি তৌরহুনা মথোইনা থোকপা লখিদা অহুম চৎখিরম্মী।

গোপালগী মরুপ দারোগাহুনা অমুম চংনা চংনা হাইরম্মী—

"গোপাল বাবু ঐবু কাওদুনা চংকে ভৌরবগী খেল চাবিগে ভৌরম-লেদো ;"

"করি দৌনি ঐসু পিগে হাইদুনা ভৌবনি।"

মখোই লোইনা চাবা থকপা লোইরগা গাড়ী তোংদুনা মণিপুর থুংলরে। কৈথেল মরক্তা চংলদুনা মীয়াম অদু উবদা রোহিণীনা 'চাওখরেদা কৈথেল-সিদি' হাইনা হাইরম্মী। গোপালনা অদুদগী খুম্নম্মী—

"ইবেম্মা বাহেংবম লৈকাই হাইবদু কৈথেলসিগী মনাক্তনি। নংগী থুংফমদি রোরে। নং পান্‌বীখোইদা হাইবদু চংগদৌরিবরা ?"

"তাদা চংউবনা ফগদরা নিংই।"

অসি হাইদুনা বোরা য়োন্‌বী অমদা পান্‌বী খোইগী য়ুম হংলদুনা কোয়োংদা গাড়ী থারম্মী।

---

৫

পান্‌বী হাইবা মুপীমচাদু বাহেংবম নিংঙোম্নি। মপানা ললোন-ইতিক ভৌবা অমনি। মপাগী মমিং চাওম্না কৌই। মখোইগী মযুম অদু কা হরেৎ শাংবা ইনা খন্‌-খন্দুনা কুপ্পা য়ুমঙাও অমনি। মাঙোল অদু মাইকৈ অহুম্ম-ক্তা লাই ফজ-ফজরবা থেংলম্মা। মরক মরক্তা অঙাংনি হাইগদরা ভক্তিনি হাইগদরা চাওম্নানা লং ময়োমদা হাপ্লকপা লাই মচা মচা কৃষ্ণগী রাধাগী অদুগা গণেশগীনা ভরামুক মরক খংতুনা অয়েংবা মীগী মমিঙ্তা চংখোন্‌বা থরা বাংহল্লম্মী।

সুমাংনা নান্‌বদি করি হাইনি। রোহিণীনা চংখিবদা বৃন্দাদেবীগী অকোইবদু ফজনা বাই তৈরম্মী। সুমাং অদুদা তিংখৌ মরা অমফাওবা তাবা ওম্লমদে।

মাঙোনগী মথাথংবা চিথেক্তা পিথ্রাই শমুক অমদা করাংজি মোন্দুম অমা থারগনা ফনেক অমা লোন্দনা পান্বীদু লৈরম্মী। অদুগা মনাক্তা ফমফম কক্তা ফমগনা চাওনানা ররগী তোংজে অমা চিংলগনা হিদাক থক্ত্না পোথারম্মী।

পান্বীনা কুইনা উনথিদ্রবা রোহিণীবু উবদা মথবাই মুংঙাইবোই থগৎ-পোই য়েত্তুম থাদরগনা মথুং য়েৎনা মোন্দুমদা ফুরগা হাইরকই—

"হাইমা, ইভা নংদি ঐথোইদা লাক্কনিসু হাইরক্তে। কনাগা লাকই। পাজিদি য়াওরক্ত্রা?"

চাওনানা কনানো হাইনা যেংথিবদা রোহিণীনি হাইবা মশক থংলগনা হাইরকই—

"ইবেম্মা নংদি নথক্তা লাকপরা, পাজিদি লাক্ত্রা?"

মপা পন্বগদা রেহিণীনা মথবাই মুংঙাইরমদ্রবসু মথোইনা নোক্ত্না লৈবদু কাইহন্নিংদ্রগনা মহাকসু নোকসিন্নরগনা হাইরম্মী—

"ঐ ইথক্তা লাকই, পাজিথোই ইমাথোইদি য়াওরক্তে।"

মোহন অদু গোপাললনা পমলম্বদগী রোহিণীনা লৌরগা মাঙোন কারম্মী অদুগা গোপালদসু ঙাইহাক চংলকথো হাইরম্মী। মোহনবু উবদুদা রোহিণীগী মচা ওইরমায়ে হাইগনা পান্বীনা হাইরকই—

"অঙাং অসিদি কনানো, ইভা, নচারা?"

চাওনানা কৌশলগনা পান্বীগী মনাক্তা রোহিণী ফময়ে। গোপাললনা অবাংলোমদা লাইথন-কক অমদা চংগনা ফমলম্মী। পান্বীনা অমুক হংলকই—

"অঙাং অসিবু কনানোনে, য়াম্না মুংশিদা নং মাল্লিনে ফনদুম।"

"ইভা, ইচাওয়া য়োকদোরিবনি, ইচাদি নত্তে।"

অদুদগী চাওনানা হংলকই -

"ইবেম্মা নথোইদি কদাইদা লৈগদৌরি?"

রোহিণীনা খুমা ইকাইরগনা লৈরম্মী, অদুনা গোপাললনা হাইরম্মী

"ইবেম্মাসিদি অসিদা লৈগনি হাইথুনা লাক্লিবনি।"

"মহ্‌ তাবদা পান্‌বীনা নোক্লহনা হাইরকই -"ঐখোইদা লৈতদি কদাইদা লৈনি হাইগে। চাক্তি চারবরা?"

"চারে" হাইনা ৱোহিণীনা খুম্লম্মী। চাওরানা অদুদগী হাইরকই—

"করা কুইনা লৈগদৌরি মণিপুরদদি?"

মসিগী পাওখুম অমরোমদদি য়াম্না লাই অদুগা বাখল অমরোমদনা য়াম্না লুনা থোক্লম্মী। ৱোহিণীনা পাক খুম্না ঙম্লমদে, করিনা মহাক চাওরাখোই-গীদা পুন্সি চুপ্পা য়ারবদি নত্রগা লৈফম চাফম মফম খংত্রিবমথৈদি লৌগে নিংলম্মী। অহ্বু খুমদবদি য়াদবনা ৱোহিণীনা ইতপ তপ্না খুম্লম্মী—

"ঐহাক পুন্সি চুপ্পা লৈগদৌরিবনি।"

"করিনো, পাক্সিখোই ইমাখোইগা খংনরক্লবরা?"

"খংনদে।"

"অওদি"

মতাং অসি য়ৌরকপদা হাইদোকপা ঙমদ্রবী ৱোহিণীগী ফীঙম অদু উরগনা গোপালনা হাইরকই—

"খুরা, ইবেম্মাখোইগী অহল-লমল অমত্তা লৈত্রে। য়ুম-কৈ লোইনা য়োম্বোক্তুনা ইরৈবাক্তা লৈগে লাক্লিবনি।"

"এঃ লৈত্রবোইরে! ঙম্থোকপনিদা ঐখোইদি তাদেদনা।"

অদুদগী অহল-লমল খাইনবা করা কুইরে হাইনা চাওরানা মরম অতৈ অতৈ মরুপ মপাং শিবগী হোনবা বা হংলগা হাইরকই—

"ইবেম্মা, ৱোহিণী, খুরা বা অমা হাইগে। শেংনা শেংনা হাইনহোবনা কৈ, থবক হাইবসি তুংদা অকাইবা করা লাকনি লাক্লোই মফম খংবা নত্তে।"

ৱোহিণীনা ইতপ তপ্না খুম্লম্মী—

"হাইবীয়ু খুরানা হাইবিরিবহ্‌ য়াম্না চুম্মী।"

"ঐগী য়ুম অসিনদি চিন্‌বনিনা অদুগা নহাকীদমক য়ুম মচা অমতং

অদুক ঐনা শা খোৎনবা শক্তিসু লৈতেদো। অদুনা থামুক করিমুক্তি ঐগী অসিদা অসুম লৈরগা মফম জুগোৎ চাবা অমা থিনবা তৌসি। ঐসু রাওনা থিগনি। (গোপাল্লোমদা ওনশন্দুনা) করি হাইগে ইবুংঙো, ঐনা হাইরিবসি লাল্লব্রা?"

গোপাললনা থাতাদু তাবদা ৎংশিরমদে। অদুবু মপান্দা মাগী পুক্লিং হুংঙাইতবদু উংলমদে। ঙাইহাক্তং তিল রোৎশল্লগা হাইরম্মী—

"চুম্মী, থুরানা হাইরিবদুসু। অদুগা ইবেম্মা রোহিণীনা মরম্নাই হিংখোল অমা লৈবা যুম অমা শাবা হাইবদু করিসু লৈতবনি। অদুবু মুপীমচা মথন্তা কনামতা রাওদনা লৈববুদি থুরাখোই অসিদা লৈবনা ফগদরা হাইনা থল্লি।"

রোহিণীনা গোপালবু থাজদবা ওইরবদি থা অসি তাবদা থাথল শেরাম্রবা অমা থন্দুনা— গোপালবুসু চাওরাবুসু অনিমকপু থাদোক্তুনা ধর্মশালাদা হেক লৈনিংগদবনি। অ৩দা গোপাললনা হাইরিবসিদি রোহিণীগী অফবা থাথলদগী হাইবনিনা রোহিণীনা হাইরকই—

"থুরানা হাইরিবদুসু চুম্মি অদুগা তাদনা হাইরিবসু চুম্মি। থুরা-খোইগী অসিদা জুগোং চারোইদোবা লৈরবদি—ঐগীদি করিমতা থন্বি৹ কন্নু। তাদনা ঙরাংদগী হৌনা তাদখোইদা লৈরুসি—হাইরক্লিবনি। তাদখোইদা অদুম লৈরুগে ঐহাক—। ইতা অদুদি ঐ চৎলগে!"

পান্বীরোমদা অসি হাইদুনা রোহিণীনা মোহনবু পন্নগা হৌগৎলম্মী। পান্বীদু থা করিমতা হাইবা ঙম্নমদে। ইকাইবনা মমাই পুবা য়াগ্রদুনা লৈরম্মী। গোপালসু চৎলগে হাইনা চাওরাদা তাক্লম্লগা রোহিণীগী মতুং ইল্লক্লে। পান্বীসু থিম্মোকপা থোরক্লম্মী। কোম্মোং য়োরবদা পান্বীনা হাইরকই—

"ইতা ঐবু থারোগনু, ঐ ওম্মোক্লা ইকাইয়ে, ঐসু ঐনা ঙম্বা কালদা নংগী নত্তেং পাংগনিকো।"

"করিমতা বারোদে, নংনা ঙম্বা নত্তে। অদুগা থুরানসু থুদোং চাদবা অদুদা তৌরিবনি, ঐবু মুংশিদগনা তৌবা নত্তে। ঐ করিমতা বারোদে।"

গোপালনসু ইতপ তপ্না থেমজনবা খোঞ্জাংদা হাইরম্মী "থুদোং চাদহনা তৌরিবা পোংনি। থুদোং চারবদু কদাইদগীনো! ইবেম্মা পানবী লৈহৌরো, ঐখোই চৎলগে।"

অদুদগী মাখাই গাড়ী তোংহনা গোপালখোইগী মযুমদা লাক্লে। মখোইগী কোম্ফোং অদু চাওনা শেম্বনিনা গাড়ীদু স্নুমাং য়োনা থোজল্লম্মী। হাখাদগী মখোই ময়াম কুমথরহনা গোপালনা মোহনবু পয়হনা মাঙোম্দা থনম্মী অদুগা পোৎচৈ থাংথবা অমুক চৎথিরম্মী। রোহিণীনা মোহনগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

ইমুংদগী গোপালগী মুপী ইবেমহলনা মপুরোইবা লাক্লে হাইহনা মপান্দা খোরকপদা খোংজিল মপাল য়োরমদাইদা রোহিণীবু উবদা ইঙক ঙক্রম্মী। মপুক্লিংদা চিংনবা পোকপদি পোক্রম্মী হাইববু ময়ম থংদনদি হাইহনা অতুম তুমিন্না—গোপালনা পোং থাংজনবগ য়েংহনা লৈরম্মী। অদুদগী রোহিণীরোমদা হাইখ্রেৎ য়েংলম্লগা পোং থাংজনবদু মাওরম্মী।

অগদগী গোপালনা ইবেমহলদা হাইরম্মী—"অঙাং অনিসি চাক লাম্লরিগনি, চাক থরা থোংলুরো ইবেমহল।"

রোহিণীনা লামদে হাইনা হাইরম্মী। গোপালনা মখোই অনিবু পুশম্নুনা ইমুংদা কমহল্লে। মফী মরোল হোংদোকপা লোইরগা গোপালনা ইশিং লুম্লহনা মোহনবু ইরুজখোকপিরম্মী অদুগা রোহিণীদা খোং থুং হামদোকউ হাইনা হাইরম্মী।

ইবেমহলনা চাক থোংনা থোংনা রোহিণীখোইদা অমুক য়েং অদুগা গোপালনা মোহনবু লুনা তৌবদু অমুক করিগীনো হাইনা থল্লহনা লৈরম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা গোপালোমদা য়েংলহনা হাইরম্মী –

"ইবেম্মাসিদি কনানো ?"

গোপালনা য়াম্না চিং লেয়া খুল্লম্মী—'আসামদগীনি। ইবেম্মাসিনা রোহিণী কৌই অদুগা নিপামচাসিনা মোহন কৌই।"

"অঙাংসিদি ইবেম্মনা পোকপরা?"

"নত্তে মহাক্তি লৈশাবীনি অঙাংনি। মাগী মোপ্যানি।"

অদুদগী ইবেমহলনা হেক্লাংদা খাবৈনা ওংলম্মী অদুগা অমুক হংলম্মী—

"অহল লমলদি করি থবক তৌরি?"

গোপালনা লৈত্রে হাইনা খুল্লম্মী। রোহিণীনা অদুদগী হাইরকই—

"ইনম্মা, ঐখোই অনিসি মপী লৈত্রবা শনাওনি। তাদনা য়োকনি হাইত্রনা লাক্লিবনি। ইনম্মনা খুদোং চারোই হাইরবস্থ পূক্লিং শেংনা হাইদোকপিয়ু, ঐ করিমত্তা শাওজরোই।"

"ইবেম্মা ঐগীদি করি হাইরুনি? নংগী তাদনা য়ারগা লোইরে। ঐদি নং অমা ফংবদি মতেং য়াম্না ওইগদৌরিবনি।"

ইবেমহলগী বাহু তাবদা গোপালনা য়াম্না হরাওরত্রনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী।

চাক লোইরগা মখোই অহুমবু ইবেমহলনা য়াম্না থবাই য়াওনা পিজর-হুনা সেবা নিংথিনা তৌরম্মী। অদুদগী ফমুং-ফানুং থাগে হাইত্রনা তৌরিভৈদা রোহিণীনা হাইররে—

"ইনম্মনা করিগীনো অদুক য়াম্না বানা তৌরিবসিবো? তৌহৈদেদা, ঐনা ইরম্নাই তৌজনি।"

অসি হাইত্রনা রোহিণীনা ফীরোলহু মুল্লত্রনা ফমুং থারম্মী। মোহনবু তুমহল্লগা গোপালগা ইবেমহলগা ফুঙ্গানাক্তা ফমলিবত্রদা চংঙক্‌না বারি শাবা রোহিণীসু য়াওররে। গোপালনা রোহিণীবু করম তৌনা মাগী মথুত্তা শিন্নরকপা অমসুং পারি-পুরি হৌরকফম পুন্নমক ইবেমহলদা লিরম্মী। ইবেমহলনা শুকথরহনা অবাবনা থল্লবা রোহিণীগী বারিদো তারম্মী। মতৌ অসুম তৌনা বারি শারগা ইবেমহলনা হংলম্মী—

"ইবেম্মা নংদি ঐখোইগী অসিদা লৈবা হৈনগদরা ? ঐখোইদি নখোইদোনা ইনাক-কৈরাক খুন্‌বা নত্তবনিনা মুংঙাইনা লৈরকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অদুম ঐখোইগী কীভম মতুং ইন্না লৈবা হৈননবা হোৎনবা হাইবত্তুনিদো ইবেম্মা।"

মাগী বাহ্ তাবদা রোহিণীনা মোমোনদমক নোক্লম্মী, বাদি অমতা হাইরমদে। অদুগা গোপালনা হাইরম্মী—

"কন্নিগী ঐখোইদোনা লৈরুনি। ইবেম্মা, নয়ুমদা লৈরকপা অদুম্মা মুংঙাইনা ফম্লা, চাত্তনদা লৈয়ু, করিমতা বাগন্ন।"

মতম অতৈ ওইরবদি ইবেমহন্নদো বা খরা খুম্লমগদবনি। অদুদা থুংলবদা ঙাইরিবা মুপীমচাত্তগী মমাংদা মাগী মরমদা খৎনবা হৌবা চুমদে হাইদুনা তুমিন্না লৈরম্মী। অদুগা পুক্নিংদদি ইবেমহন্ন অদু শাওনিংলম্মী। মহাক্কী শাওনিংবা অসিনা করি থোক্লগদগে হাইবত্তুদি পারিবা মী পুন্নমক্না ঙাইদুনা লৈবিয়ু।

# চিংনবা

## ১

নোংথাংলগা লৈকাই পুম্নমক য়োহিনী পুম্নকপগী মানা শম্না শরে। কনামনা কনাগুম লৈজগ্রবী য়োহিনীবু য়োকপিনি হাইবগী মমক গোপালবু থাগৎলম্মী। কনামনা শেল য়াম্না লৈবী অমা ওইবগদা য়োহিনীবু গোপালনা য়োক্কে য়ারিবনি হাইনা ইলাই লাইনা ভাংথোকপসু য়াওরম্মী। অগ্নগা কনা কনানা অমুক সুপী ওইনা লোগদবগী পুম্নক্লিবনি হাইনা খিনা খিনা হাইবসু য়াওরম্মী। মখোইসিনা ইবেমহলগা য়োহিনীগা তুয়োম্নবগী ভোমম্নকপা কুইম্মেহ মুগুাইনা য়েংগে হাইরম্মী। অসুম ভোনা ঙাংনবা মীগী মশিংনা হেনম্মী।

অফবা ফত্তবা অনিগী মম্নক্কা ফত্তবা মাইগৈ য়েংবা লৈবদুনা অশিংবনি হাইনা লৈকাইতনা শিংথানম্নম্মী। নিপাশিংসু ফনা ঙাংনৈদি হাইবনু সুপী মোনহাশিংনা গোপালগী মমমদা ঙাংনবসি মথরাই থম্না শোনবা, মীনা খিনা হাইবদা থাংবা ঙমদবা, মীদি য়াম্না কম্না তাশোংনা শিন্নবমুক ঙাংনম্নম্মী। মীনথনা অচুম্বা শাত্রনা মুম্নদি থংদবা, থংদনা থংবা শাবদা থোনা কবী মোনহাশিংগী কয়েম্নবদা নত্তনা চান্নমা গোপাল সংস্রনাম্ খিবগুম ইবেমহলগী নাকোংদা অসুম ঙংলবদি নহা ওইরিবী অপংবী ইবেমহলনা মতম কম্না কুইনা ভাদবা ঙমগনি ?

গোপালদি উনবা থুদিংগী মী পুম্নমক্কা য়োহিনী অসি মহাক্কা য়োক-চম্নিবনি কনাসু লৈজবীনি হাইনা হাইরম্মী। মহাক্কা অফিস কাবদা কনা কনাগুবা মকপ মপাংশিংনা সুপী লোন্নবসিবো ভংগুাইত্রা হাইনা নংনম্নম্মী। কনানা হাইম্নিবা থাংনা হাইনা হংলমদে, অগুম মোমোন নোকতুনা গোপালনা মথোই মম্নামগী কাপি-জোগাইত অত্রম তারম্মী, থাংলম্মী।

নোংমা অমুক্কা গোপালমা থাগী কম্ফম কক্কা কমত্নুনা লাইবিক লাইত য়েংলিত্তোদা পানবী কোবী য়োহিনীগী মতাত লাক্লম্মী। মহাকপু নিংথিনা

কাপিন্দুনা গোপালনা কমকল্লম্মী অদুগা রোহিণীবু কোথোক্তুনা পান্‌বী থাক্রে হাইনা ভাক্লম্মী। রোহিণীনা ইমুংদা চিদাক হাল্লিংদা পানবীনা গাপালদা হাইরকই—

"তাদা ঐখোইগী ইভাসি পুশিন্‌বদি ইনম্বানা মপুক্লিংদা চিংনদ্রা?"

"খংদেদা ইবেম্মা, চিংনকমদি থোক্তে, কম্বিনা ঐনদি ...."

অদুম্মা হাইবা লোইকাত্রিঙৈদা পানবীনা প্রেং প্রেং হাইজল্লম্মী—

"তাদবু পুকচেল মাংই হাইবা নত্তেদা, অদুদা মী পুম্মমক্কদি পংঙাংদা ঙাংনবা তাবগী হাইবনি।"

"ইবেম্মা, মীগী মচিন পাইহুনা মেপ্সিল্লুবদি য়াদেদো।"

অদুম্মা ঙাংনম্লিঙৈদা রোহিণীনা হিদাক চান্দনা পুথোক্লগা পান্‌বীদা পিরম্মী, মতাংস্তু অদুম লৈরে, গোপালনা মাগী লাইরিক লাইগু ভোরিবতদা থুক্লিং থিংজিন্দুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈবগা ইবেমহল থোরক্তুনা পান্‌বীবু চনাবো হংলম্মা। রোহিণীনা মশক তাকলগা হাইরম্মী—

"মণিপুরদা লৈ হাইবত্র মঙাই, ইতাগা ইনম্বাগদি খংনরমদেনা।"

ইবেমহলনা মথোইনিগী মনাক্তা নমত্তুনা লৈরম্মী অদুগা বারি বঙাই থাবা য়াওরম্মী। অদুম বারি শাবদা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা পানবী নংদি নম্মমগা পাল-লাকপগী বাদি করম তৌরি?"

"খংদেদা, ইনম্মা?"

"ইকাইগম্ম হেত্তা হাইম্ম, ইকাইগদবা কনাম্ম লৈতে।"

"মত্তা অঙৌবা, খংদে। পাজিংথোইনা কনাদা পিগে হাইদ্রিবা ঐ চরিমত্তা খংদে।"

মচিনবান্দা থোইক্লম তৌনা নোক্লগা ইবেমহলনা হাইর্বম্মী—

"খংদেনে, ঐখোইগীম্ম হৌজিক্তি লৈশাবী মপুং কাম্ববী অমা লৈরবনিম্মা নিগা জুগোৎ চাগদবা অমা থিবা তারি।"

গোপালনা অহুদা থুরগী—

"লাইনা তম্বা অম লাকপা হাইবত্তনি। ঐখোইনা তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে।"

পান্বীনা নোকমি নাকমি তেরদুনা হাইরকই— 'ইতা রোহিণীগী দমক্তি কদি বাক্তগবনো। মী পুম্নমক্না নিপা লৈরে হাইনা অস্নুক য়াম্না ঙাংনরিবসিদা।"

ইবেমহল্লনা ইচক ঙরদুনা পান্বীরোমদা য়ুম্না য়েংলগা হাইরম্মী— "কয়াম্না, ইবেম্মা ঐখোইনদি খংদ্রদুনা?"

রোহিণী ইকাইখুম্নি হাইদুনা গোপালনা হাইরম্মী

"ওকলে তোকলো। তোরেন কোম্না ঐ হাইগে। বারি অতৈ অতৈদুম শাও।"

পান্বীস্থ গোপালনা অপ্মা হাইবত্তদা কয়ে তোংনসি হাইদুনা অদুম তোকলে। ইবেমহল্লস্নু মথা তাথবা ঙম্নদে। রোহিণীনা মমাং ঙাংলি ঙাংলি তৌরদুনা মক্ন লুকথদুনা লৈরক্নী। মখোই ময়াম বারি অতৈ অতৈ শারগা পান্বীগী চৎখ্রে। গোপালনা রোহিণীদা কৌশল্লগা হাইরম্মী –

"ইবেম্মা রোহিণী, খংলেদনা, পান্বী হাইবী নতাসি নহা লৈশাবীনি। মথস্তা অসি তাম্না লাকলিবসি। মশাদা লৈশাবী ওইবগী করিমতা ইকাইবা লৈত্তবনি। মহাক্না ঙাংনংবদা ঙাংলম্মী। অদুগা ননম্মা অসিনগা সরলা ওইবনে, মী লৈশাবীগদা য়ুম পান্বগী বা হংজুরিবসে। শাওস্লকো, নংদি মখোইগী লমচৎ অসি হৈনরিরোই। অদুবু থরা থরা মথাংউ।"

রোহিণীনা বা অমতা ঙাংলমদে মক্ন লুকথরদুনা শিগ্যনা গুরুগী মকমদা পাওতাক তাবগুম অদুম তাদুনা লৈরম্মী। ইবেমহল্লনা মপুরোইবনা মাবু সরলা হাই হাইদুনা শাওরগ তৌনা হাইরম্মী—

'কৈদোই হাইবগে বা অদু হংববু? মানদি লৈশাবী ওইরগা মী অমত্তস্নু লোইননা লাক্কবদা ইকাইরগা?"

“ফরে, ফরে, ইবেমহল। মীনা ঐকাইদ্রে হাইজনা নংস্থ ইকাইবা মপান থোকহনুরিবোইরে! মীনা তৌবদি য়াদবা, নশানা তৌবদি য়াবা। মীনা ফত্তবা তৌরগা মত নশানা পামদ্রবদি নংনা ফজবা অতদা উৎকদবনি। মুপী অপংবী, নংনদি শিংজরে হায়না চংলি, করি কাম্নগদগে নংবু নখোইগী অহল-লমন্না লাইরিক হৈহল্লকপবু। ইপাগী ইবেম্মা লাইরিক হৈবী হাইবদগী হেল্লরোইদবনি।”

ইবেমহলনা মাহৈ অকন্‌বত্র তাবদা ঐকাইবগা অশাওবগা য়ায়রতনা মপি থর্‌থরা শিংয়রতনা ঐমুংদা চংখিরম্মী। রোহিণীস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা চংখিরম্মী।

মখোইনা চংখিবদা মোহন অত মখুংনা চাক ফকপা হৈবগুম হৈত্তবগুম চারম্মী। ইবেমহলনা কপ্‌লি কপ্‌লি তৌরতনা অত্তাংতগী মনাক্তা ফংজনা চাক ইন্‌খিরম্মী।

গোপালনা অতক য়াম্না খিনা হাইদ্রবত্র য়াবনি। অতদ' ইবেমহল অসিবু মহাক্না মহৌশাদগী হৌনা থরা ঃমিন্না লৈহন্‌বা পাম্লম্মী। অতবু মাগী মহৌশা লৈনগুবা শাজং হাইবসি ৌহংবা য়াদবনিনা ইবেমহলনা মী-পোং লাকপদা দোরো-দোরো লাওবসি থক তোক্লমদে।

গোপালস্থ দোরো-দোরো লাওবা পামদবা নত্তে। অতদা মহাক্না মাগী ঃপীগা অনিসগী মরক্তা মায়দবা অমা লৈরম্মী। মহাক্না তাংদবা য়াদবা মরমগীদমক্তি ত্তাংনিংই, অতগা ইবেমহলনা হেজিল্লি।

মখোই অনি ইমুংদা চংখ্রবা মতুংদা গোপালনা চেমুং পুম্নমক লোই-থম্লগা অমুম মরূপ মপাংশিংগীদা ৌকাইখোকপা চংখিরম্মী।

---

চান্দম কাহ্নাই কৌবা নিপা অমা গোপালগা য়ায়া চাটৈ। মখোই অনি অসি অমগীদা কোটখোক কোইশিন তৌনবা ভাইহাক মতম শংলকপদা বারি শামিন্নবা অদুগা মুংদাংবাইরম ভাইহাক শংলকপদা লম্বেল অচৌবদা হবা চামিন্নবা মীনি।

কাহ্নাই অসি গোপালদগী চহি মরি মঙা হল্লমী। গোপালনা বা তাল্লম্মদাইদা কাহ্নাইদনা মহাক্তী খ্‌াইদগী খাজবা নিপা অমা ওইরম্মী, মখোই অনিসি চুপ্পা চায়বদা নত্তনা অবা-অনা অমা তায়রুবদা অমনা অমগী অবাবু মশা মশাগীনি হাইনা লৌনরম্মী। অমনা অমগী মফমদা বা অথুপ্পনি হাইদুনা করিমত্তা লাংপা তৌনরমদে।

গোপালনা কাহ্নাইখোইদা চংখিবদা কাহ্নাইগী মাঙোম্বা হিদাক খক্ত্‌না পোত্থারম্মী। গোপালবু উবদা নোকমি নোকমি তৌরদুনা চংলকউ লাউ হাইনা হাইরম্মী। মহোশাদি মচিন্দা খোইরুম খোইরুম তৌনা কাহ্নাইনা থক নোক্রমদে। মদুগী মুমিত্তা নোকপদুদা গোপালনা ইঙক ওক্রমী। কাহ্নাইগী মনাক্তা চংতুনা ফল্লগা গোপালদা হাইরম্মী—

'করিগীনো তাদা, নংনা ওসি ঐবু উবগা অর্থ লৈবা মনোক অমা নোকপদি ?"

কাহ্নাইনা অমুকন্থু নোক্লগা পাওখুম খুমগে হাইবা লৈরমদে, হিদাক অদু চিংদুনা লৈরম্মী। কাহ্নাইনা অতোয়া লৈখোকপদু মী অতৈনা ওইরবদি গোপালন্থু মপুক্লিংদা শাওনিংবা য়ারনি, অদুবু কাহ্নাইবুদি মরূপ চায়খোইরবা অমনি খনবনা করিমত্তা শাওনিংলমদে। শাওনিংত্রবন্থু মরমদি খংনিংবনা গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা অমুকন্থু হংলম্মী—

"করি তৌরবগে হাইয়ুনে তাদা ?"

"করিন্থু নত্তেদা !"

"মরম করি লৈতনা পংনোক নোকপা য়াবরা? নিত্তিগীদি অত্তম্বা তৌরগা? হাইহ্ৰ হাইনি।"

"হাইহুরনে?"

"উম্, হাইহুনে।"

কাহাইনা হিদাকত্ত কম্না অমুকং চিংলগা হাইরকই—

"হেবাধে, ওয়োক্না নোক্লিংগ্রবা বানিদা। ঐদি অস্তুম তারগা মখোইনা তৌশারিসে হাইনা নোকনিংবনা লোইথ্রবা পোংনি।"

"অত্তবু কনানা করি হাইরবগে প্রং প্রং হাইহুনে।"

"নংগী রোহিণী অত্ত নংগী গুপী অতোনবানি কাইনা মখোই মরাম খোনাইদবা ভাক্তনা ভাংনরিবনিদা। ওইদবনা অওইবা শাহুনা ভাংনবা অত্তদা নোকনিংলিবা পোংনিদা।"

"করম তৌনি তাদা, মাগী মচিন মচিন্দু পাইত্তনা মেনশনবদি য়াদবনিনা খরা ভাংনজবা হাইবত্তনি।"

"হোইনে, মখোদি লৈরেদো, গুমিং চুপ্পা নোংপানবদগী গুমিং তাবা কাওবা বারেমদা ভাংহনা লৈরেদো। ঐংাকপু মখোইনা অস্তুম বারি শারিগুদা ভাইহাক তাশন্নরে। অত্তুদা ঐনর হাররিবনি, মীগী মপা মমা কনামতা লৈত্রত্তনা লাকপদগী মরূপ অমনা শিন্নরকুনা য়োকপদনি। অত্তবু মখোই মরামা শেরান-ভুরান ভাংলিবসিবো হাইহুনা হাইবনি। মখোইনা তাবিবগা লৈবা পোং নত্তে।"

গোপালনা অত্তম বা অনত্তা ভাংদবমথৈ নোক্র-নোক্রহুনা তারম্মী। মহুমা তৌরিবুদা কাঙ্গাইগী গুপা পুবতী কোবা অতনা হিদাক ভাস্থক অমা হামহুনা পুখোররুগা মাচনদা মোমোন মোমোন খোইকম খোইকম তৌহ্ননা নোক্নগা গোপালোমদা য়েংহুনা হাইরম্মী—

"ইবুংতোদি অমুক নোরে হাইনা?"

"নৌরে হোই। ইভৈমাখোইদি লাইবক কৈদকো!"

"করম্না।"

"ননাওহুপী য়াম্না ফংলেদনা!"

"হোই হোই, চুম্মি চুম্মি। অদুবু ঐখোইগীসিদা নোংমতবু থারক্কেনে। মচেম-মপোক অমা লৈ হাইবগী ব্যবহার মতেক অমতং উৎনবা তোগে হাইবসু লৈতে, করম্বা হুপীনোনে অদুবু?"

অসুম্না যুবতীনা নোক্ল-নোক্লদুনা ফাগি তৌবদু মপুরোইবা কাহাইনা থবাই ভানা নোকতুনা ভারম্মী। গোপালসু হিদাক চিংনা চিংনা ফাগি অদু ভারম্মী। যুবতীনা অদুদগী মাগী ফাগিদু মপান খোপচম্নবা বাহৈ থরসি হাইরগা চৎখিরম্মী—

"হেম্নাথে, ইভৈমনা ফাগি তৌবনিদা। অদুবু লৈকাইসি খোনাই-দবা-খোনাইদবীশিংনদি লোইরবা পোৎনি ইবুংঙো। ঐনা করা হাই, মী মচন ওইনা য়োক্লিবনি, মচন ওইনা নিপা মতিকচাবা অমদা থাজদোরিবনি হাইনা। অদুদা কনাগী মচিন-মাংবীনা হাইবসু য়াওই, 'নখোইদি গোপালগী মরূপনিনা করিমতা ভারোইদবনি।' মখোইনা অসুম্না ভাংবাশিনা ঐদি খোওইনা থৎনরবনি। থংদে লৈকাই অসিনা তোগদোরিবসিবো?"

"ইভৈমা, ঐখোইগী লৈকাইদ নওেনে মীবা ভাংনবা পাম্বসি, লৈকাই পুরমকনিনে।"

গোপালগী বাসি তারগা যুবতীদু ইমুংদা চংখরে। কাহাইনা অদুদগী গোপালদা হাইরম্মী—

"হুপীমচাদুদি ইবুংঙো কনা উই। মাগী মৌপুবা অঙাংদুনি য়োকপদা য়ারা বাগদোরিবা।"

"থংদেনে, ভাদা, ঐদি মখোইগী মরল-মথুম য়াগা লৈবনিনা লাইরিক লাইও নিংখিনা তম্বনগে হাইনা নিংই। অদুগা লাইরিক তথা লোইরগা

মথোইগী লুপা অসিন লল্লোন-ইত্তিক তৌহনগে নিংবনি।"

"অদুদি মাগী লাইরিক তম্বদি নংনা শেল পুথোকে হাইরিবয়া?"

"ঐনা য়োক্লবনিনা পুথোকপা তাইদনা।"

কাহাইনা বা অমরোমদা কৈরদুনা অমুক হংলম্মী—

"লুপাদি লৈরে। অদুবু নংগী মোহনগবু সরকারগী থবক্তি তৌ-হল্লোইদ্রা?'

"থংদেদা তাদা, মাগী হয়েং থুসিনি। মদুদি মতম মতমদুগী বা লাকপদা লেপ্লবা হাইবদুনি। অতগা তাদা, ওয়োক্লা তুকচদ্রেদা মীগী মথাদা থবক তৌবা হাইবসি। অফিস অমগী মকোক ওইদুনা তৌরবদি থরা মফদোবনি। মরক ময়াগী মীসিদি বা ঙাংঙি মথক থোংবদা তাকপা হৈ-শারদুনা লাইবা, অদুগা ঙাংদ্রে মসিদি বুদ্ধি কন্নিমতা থংবা নত্তে মহাইবা, মকোক্তা লৈরিবা মীদুগা চিন্দা পোদাননা বা ঙাংনবস্থ য়াদবা, ঐখোইনা অথংবদুস থংদবা ওইরে, অদুগা থংদবগীস্থ থমথেংনা থাইনা শম শাংলিঙৈগী অদুম্না লৈরে। অদুদা সরকারগী থবকসি অমরোমদা য়ায়া পামথিদরে। প্রজা অপংবা থরনদি অফিসকী বাবুনি হাইনা ব্যবহার তৌবিবা শাই, অদুগা মথোই অমত্তুং অফিসতা চংদুনা ঐখোইনা লৈরিবা ফীভম অসি য়েংলবদি মথোইদি নোকপগী লোই থখা নাইরোই। তাদনা হেম্না থংলিবদু মতাই, 'অহোই, ঐস্যা' হাইবনা ঐখোইগী পুন্সি ওইরবনি।

গোপালনা মথমাই মতাবক য়াওনা তৌজবা বক্তৃতাদু তারগা কাহাইনা মমিত্তগী পি তাবা থংহোদে। মহাকস্থ গোপালখোইগী অফিসতা লুপা য়াংবৈ-য়োম চাবা কেরাণী মচা অমা ওইরিবনি। গোপালনা হাইরিবা বাণিংদু অয়াম্বদি মথোই তলব য়ায়া চাদবা কেরাণী মচা মচাশিং অসিগী নিত্তিগী থোক্লিবা থোদোক্নি। মহাক্না মপি তাবা উবদুদ: মথমাই দুতাইজদুনা গোপালনা থেমজনবগী থোম্বাংদা হাইরগী—

"তাদা কপ্লিবা করিগনো? মসি পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী লীলানি। ঐখোই মী মচা অসিনা অথাং-কন্‌বিবগী মখোই অচৌবনা অহুক নিনিদং তাইবং ইম্নাই অসিদা কোঙ্গোনগুম উৎলম্লগা তাকচবা ফংজরিব্নি।"

"চুম্মি অদগীবুদি ঐগোইনা মখোইগী মফমদা উপকার তৌবিবনিমা। ইম্নাবদি নংগী মোহনগী রাজ্যম কাও থাকলুরে কপ্তুনা লৈথোকলুরে।"

"তাদা, মীনদি পংভাং ভাংনরে মতম্ন মভাংনজসন্থ।"

"ইবুংঙো, অদু মখোই মযাম্না ভাংনবসি তাক্লবদি থুনমক নিপা অমা থিহনা রোহিণীবু পিথোকখিবনা ফংলোইদরা?"

"ক'র তৌনি তাদা, িরগা পংফং ফংবস্ন ভমদে। অহ্নগা মীনা ভাংনবা কীবদগী হাথু হাথু থিরুবস্ন ফত্তেদা। ননাওগী বাথল অমা লৈ।"

"করিনিনা?"

"ঐখোই অসি মীগীদমক লবনি, অদুবু ফত্তবশিংগী দমক্তি নত্তে।"

"ইবুংঙো, চুম্মি মগ য়ান্না। তাইবংপান অসিদা ফত্তবা মীশিংনা করিগুম্বা থবক অমতবু ফজনা য়েংবা ৼমদে ফত্তবা অমা হেক্তা পুথোরকই।"

"মখোইনা ঐবু কৈ হাইনবা ভাক্তা ভাইক্লরবদি থবক অমতা পাংথোকপা ভমদে। উগদবা য়েংগদবা মথক্তা লৈরিবা নোংদম্বা নিপা অহুমতনা উরগা থংলগা লোইরে তাদা।"

"মতনি ইবুঙো, মখোইনা ভাংবা তারুহুনা কাম্নদে। ভাংগে হাইবমখৈ ভাংশন্ন, নংগী নথোহ্নদা পুকচেল শেংনা পাংথোক্লবা হোৎনৌ।"

অহ্নদগী গোপালনা বারি হুভাইনা শাবত্নদা মথবাই হুভাইরহুনা মমাই মফা লাম্নম্মী। ফুরিংথাওদগী চুরুপ পুথোক্তুনা কাহাইদা অমা পিরগা মহাক্না অমা চন্নম্মী। চুরুপ অদু চন্নগা অফিস কাবগী চাক-ইশিং চানবা মতম ওইরে হাইহ্ননা গোপালনা হৌগৎলে। কাহাইনা 'চৎলো, ইবুঙো, মীনা ভাংনবগা অরেম্বনি, নংনা অয়োকপনি হাইম্বিবহ অহুম্না

দিবানিশিদা কাওগনু। মসিনা মত্র অথোইবনি' হাইনা হাইরম্মী। গোপালনা 'হোট তাদা, মতদনি।' হাইরগা মথুম পাংনা চংখ্রে।

---

৩

রোহিণীনা গোপালগী মথুমদা লৈরকপা থা অমরোমদো থবক ইনথাং অমতা শুদনা ইবেমহন্না মহাকপু থনম্মী। অদোং মচা মোহনবু য়েংবসু ইবেমহন্না অদুম য়েংলম্মী। খোইদোক হেন্দোক্না গোপালনা রোহিণীবু থবক ইনথাং অমোৎপা ইমুং মনুংগী কন্নমতা তৌহন্নিংলমদে। অদুনা ইবেমহন্না মীগী মচা রোহিণীবু লুনা য়োকই হাইদুনা গোপালনা মথৎথাই সুত্তাইজরম্মী।

গোপালনা রোহিণীবু থবক শুহন্নিংদবগী মরমদি ইনাকখুন্‌বা মনাই মশক লৈবা ইমুংদগী লাকপনি হাইদুনা তৌবনি। ইবেমহন্না মশানা থংনা রোহিণীবু চাম্রগা কমহন্‌বদা থংবহুদা বাথংলবী সুপীনি হাইদুনা গোপালনা মহাকপু মপুক্কিংদা থাগংলম্মী। অঃনা অগুক রোহিণীবু কন্নমা থমগদগে হাইবগী মরমদা ইবেমহন্দা নৌনা হাইরমদে, অদুগা হাইকমসু থোক্তে হাইনা গোপালনা খল্লম্মী।

মোহনবু গোপালগা ইবেমহনগনা লুনা তৌবহুদা মপা-মমা লৈত্রবনি হাইদুনা মোপ্‌াবু রোহিণীনা খল্লমত্রে। মহাকসু মোহনগী কন্নি বাংলি কন্নি পাম্নি হাইবগী বাখল তৌদনা লৈথোকপা য়াররে।

চান্দম কাংলাইগা মাগী গুপী যুবতীগনা লাক্নুনা য়েংবদা গোপালগা ইবেমহলগনা কন্নসু থোক্তরবা অদোং অনিবু য়োক্লিবা মরোকসিদি হাইনা পুক্কিংদা গোপালখোইবু থাগৎলম্মী। লৈকাইগী কনা কনাগুম্বনাদি শেলশীদমক অদুগা রোহিণীবু গোপালনা পাম্বদগী, অদুগা ইবেমহলনা শেলশীদমক রোহিণীবু মাগী তুরোম্বা ওইনা লুনা তৌরিবনি হাইবা

ব্যাখ্যাচুদগী অতৈ অতোপ্পা বাখল ফজবা অমতা মথোইগী মবুধিদগী প্থোকপা শুমমত্রে।

অসুম তৌনা থা অময়োম লৈরক্লবা মতুংদা নোংমদি অহিং তুমরমদাইদা রোহিণীগা মোহনগনা তুম্বা চংশ্রুবদা ইবেমহলনা মপুরোইবদা বা হংলম্মী। মতুগী চুমিত্তা মথোই অনি কুপ্নানাক্তা বাংমা বাংমদা ফম্লম্মী। গোপালনা চুরুপ অমা চিংলদুনা মমিং উইরুম উইরুম তৌরদুনা অমুক চুংথিল শুবগী অবাবনা মশাচু অথোল চল্লদুনা লৈরম্মী। ইবেমহলনা শিং য়াংশল্লদুনা বাই পৈরিবদুদগী মথুং ওইনা বাই মকুপ মকুপ মৈগুংদা কাপশল্লদুনা মগুক পৈরপ তৌরবনা গোপালদা যেংলগা হাইরকই

"রোহিণীসিসু ঐথোইনা থা অমা হেল্লক্লে থবক ইনথাং অমতা শুদবমথৈ থমলক্লিবা—অসুম চারা ফম্লা তৌদুনা লৈরিবা।"

"লৈশঙ্গু কদোগে? ঐদি শুদবনা পাম্মীনা!"

"মীগী মচা য়োকপদি চুম্মি অদুম্না থমগদবনি। অদুদা ঐগী ইত্তেং থয়া থয়া ওইহনবসু মতোম্দা করিসু কাইরোই মীনসু থিনা হাইরোই।"

"মীশীদমক কীবা নত্তে। মহাক্তি শুবা হৈবা মী নত্তেনে। অদুননিনে ঐনা শুদসনু হাইবদি।"

'রোহিণীদি তত্তনা কোল্লিক বাইরম শেংবা য়াওগে হাইরিবনি। ঐদনা 'নথোইগী তাদনা শাওনি, মাগী য়াথং য়াওদনা ঐনা নংবু থবক শুহনবা শুমলোই হাইদুনদা তোকলিবনি।'

"মহাক্তি ইকাইবদগী শুগে হাইরিবনি। মযুমদা করিমতা হৈরকপা মী নত্তে। মনাই মশল থমদুনা য়ামা হুংঙাইনা থম্লক্লিবনি, ইবেমহল।"

অদুদগী গোপালগী মোত থংলবদুদা ইবেমহলনা লৌশিং অমুক তৌরম্মী। অমুক হাইরক্লে—

"ঐথোইগী অসিদদি থবক শুত্রবসু কৈ। অদুদা হয়েং মধা মযুমদা করিবতা হৈত্তে ঐথোইনা তথিরকয়া হাইদুনা শোইদনা হাইদবনি।

ঐখোইগী বদনামতুসু মখাংলসি। অদুদা রোহিণী মশামকপু য়াম্না যারুগনি হাইবনি।"

গোপালনা করিমতা খুম্লমদে, মরু লুকখদুনা থাখল খন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী মরাই হনগৎলক্লুনা মচিন্দু নাক-স্নেং পেখোক্লুনা শামরগা চুরুপতু চিংলম্মী অদুগা ইবেহল্লোমদা স্নেংলম্মী। ইবেমহলসু 'অওইবনিনে, শোইদনা যারুগদবনি' হাইদুনা মোমোন মচা অমা মচিন্‌থান্দা ঙানথোইহল্লম্মী। মতুদা গোপালসু 'মুংশিবী' হাইদুনা মেংলবা খোঞ্জেল্লা কৌরম্মী।

মখোই অনিনা ঙাংনরিবতু রোহিণীনা লোইনা তারম্মী। মহাক্না হিপলিবা কাদুগা ফুঙ্গানাক্কী কাগুগা থংনবনিনা মখোইগী বাতু য়াম্না শেংনা তারম্মী। অদুদগী ইবেমহম্না ঙাংবদা গোপালনা 'মুংশিবী' হাইবগী মতুংদা রোহিণীনা হোৎগৎলগা মখোইগী মনাক্তা ফম্লরে। তুম্বা য়াত্রবম্না হাইনা গোপালনা হংলম্মী অদুগা ইবেমহম্না 'ঙল্লি মৈ তিক্লুখো' হাইনা হাইরম্মী। মতুদা রোহিণীনা ফম্লগা হাইরম্মী—

"তাদগা ইনম্মগদা ঐ বা অমতং হাইজগে ঙসিদি। অমুক্তা পুক্নিং চংনা তাবিউ। গোপালনা 'হাইয়ু' হাইরম্মী। 'ঙসি ঐগী মরমদা বা ঙাংনবতু ঐ তাবদা মুংঙাইতবা পোকলে। য়ুমদা থবক শুরক্লে হাইরিবসি তাদনা মুংশিদুনা হাইবা পোৎনি। য়াম্না শুরকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইমাগী মতেং পাংদুনা লাক্লিবনি। অদুদগী ইমা লৈত্রবদা ঐদনা থবক শ্রমক মোহনবু য়োকপসু করিসু তৌরক্লিবনি। ইনম্মনা হাইরিবসি অচুম্বনি। হয়েং মীগী ময়ুমদা চংখিবদা য়াম্না বাবা হাইবত্র শোইদবনি।"

ইবেমহম্না অদুদগী গোপালদা ওনশন্নগা হাইরম্মী—

"নংনা ঙসাই হৈতে হাইবদাই। হৌজিক অশম ভনগ্রবদি কত্তে হাইবনি। মহাক লৈত্রিঙৈদা ঐ ইথন্তা অশুম তৌই। হৌজিক মহাক লৈরবনিনা ঐসু থম্না থম্না পোথানি হাইবদনি।"

গোপালনা নোক্ল-নোক্লদুনা থুম্লম্মী—

"নখোই অনিনা হাইরিবত্থ য়াম্না চুম্মি, অত্থবু ঐদি পামদে। হয়েং লুহোংলবা মতুংদা মীনাই শাগে হাইবস্থু শারু য়ুঙাইনা লৈগে হাইবস্থু লৈরু, নখোইনা থোকপা তৌরু। অত্থগা ঐগী য়ুমদদি করিগুম্বা অমতা তৌবা য়ারোই। য়ুংঙাইনা চা-য়া ফম্ম তৌত্থনা লৈগদবনি। মীনা নংবু মীনাই শানা থম্মী হাইগদবগী শরুকপুদি মীনা নংবু নিংথিনা য়োকইদা হাইবত্থনা পাম্মী। ইবেম্মা রোহিণী, ইবুংবু য়ুংশিন্থ ইবুংগী বদনাম ওইহনগনু। ইবেমহন্, নংস্থু তাও, নংগা ঐগা লৈমিন্নবসি ঙরাংদগী নত্তে অংগা নংনা ঐবু হৌজিক ফাওবা শক থংত্রিবা ? শকতি থংলগা য়ুংশিদবরা ? ঐদি নংবুদি য়াম্না য়ুংশিনা।"

অত্থদগী গোপালনা মখোই অনিবু তুম্মুম্নো হাইরবদা রোহিণী চৎখ্রে। গোপালস্থু মাগী ফমুংদা চংখ্রে। ইবেমহলনা পোৎ-চৈ লোইশললগা ফমুংদা চংখ্রে।

ফমুংদা হেক চংবগা তুথদি য়াদবনিনা বাখল থন্দুনা ইবেমহল অত্থ লৈরম্মী। লৈকাইনা রোহিণীগী মরমদা ঙাংনবা খোংনবা পুম্নমক মহাকস্থু তারম্মী। মপুক্লিংদা চিংনগে চিংনগে তৌবদা গোপালনদি য়ুপী নিংবা লিপা অমনিনা পাক চিংশবা ওম্লমদে। থা অমতস্থু ঙাইরিঙৈনা করম্মা রোহিণীবু লুহোংথোকথিবা য়াবগে হাইনা মপুক্লিং থেমজনম্মী। অমা লাকই রোহিণীসি মহাক্কী লোম্নবীনি হাইনা হেক হাইবত্থদা ইবেমহলগী পুক্লিং অত্থ লেপফম থংত্রত্থনা লৈরিঙৈদা ঙসি য়ুংদাং রোহিণীবু থবক শুকলোই হাইবা অত্থগা রোহিণীনা মশানা ফমুংদগী হৌগংলক্তুনা মহাক্কী মীচং চংলিবত্থ তৌশম্নরিবরা গোপালগা তারত্থনা তৌরিবরা হাইনস্থু থলম্মী। অত্থবু ইবেমহলস্থু গোপালবু গোপালনা মাবু নিংবগুম য়ুংশিবগুম নিংলিবনি য়ুংশিরিবনি, অত্থনা পোরেপকম থংত্রত্থনা অত্থম থনবদগী তুমথরম্মী।

---

ইবেমহলনা য়োহিণীবু থবক শুহন্নিংলবস্থু গোপালনা য়াদবনা য়োহিণীদু চরিমতা শুদ্রে। অফিশতগী হল্লক্লগা গোপালগা রোহিণীগা তাস শাম্রহনা নত্রগা বারী শাথনা লৈরম্মী। য়োহিণীদু লাইরিক থরদি আসামদা তম্লকই হাইববু ইংরেজীদি হৈরমদে। অদুনা গোপালনা হাইরম্মী—হৌজিক কালদা ইংরেজী থরা হৈতনদি য়াদ্রে, ননম্মা ফাওবা তম্লক্লিবনি। অসি হাইদুনা অম্মুক্তা অদুগা মুংদাং চাক শাইরিডৈদা গোপালনা য়োহিণীবু লাইরিক তম্বিরম্মী। পারা পাম্না মতাং মতাংগী মতুং ইমা গোপালনা ওজাগা পোয়রবানগগী ভাবতা লাইরিক তাক্লম্মা অদুগা য়োহিণীনস্থু মতুগী ভাবতা অদুম তারম্মী। কনাগুম্বা অতাবা অমনা তারবদি পাখং অমগা লৈশাবী অমগা শানরিবা বারি মতাসিবু হাইদুনা শুকপস্থু য়য়াওগদবনি। ইবেমহলদি শুক্লমদ্রা? মাদি শুক্কে, অদুম্নদি ওইরগা মথোই অনিসি তুংদা অমতা ওইথিদুনা গোপালনা মহাকপু থাদোক্লবস্থু য়াই হাইনা খল্লমই। অদুনা মহাক্না মথোইগী বারি শারিবা অদোমদা পুক্লিং থিংজল্লমদে।

অম্মুক অমা গোপালনা য়োহিণীবু লাইরিক তম্বিরিডৈদা কাহাইদু কোইবা লাক্লম্মী। মথোইগী মনাক্তা ফমগনা হিদাক থক্কুনা গোপালনা লাইরিক তাকপদু তারম্মী। ইবেমহলনা মাঙোন উথোকতেঙ্গা শারদুনা ফী অমা কোৎলম্মী। গোপালনা লাইরিক তাকপা তোক্লদুনা বারি শাগে তৌরবদা য়োহিণীদু ইমুংদা চংথিরম্মী। মথোই অহমদা শাইরবা মতমদুদা কাহাইনা হাইরম্মী—

"য়োহিণী অসিনা, ইবুংঙো গোপাল, মংগী ননাক্তা ফমদি শিব দুর্গা অনিনা শাম্থোইবা মানগ্রেদা। ইবেমহলনা শাওরোইদবা লৈরবদি য়োহিণীসি য়ুমলৈমা ওইনা লৌশল্লোবা।"

গোপালনা ফাগিনি হাইদুনা অদুম নোক্কুনা তারম্মী, ফরিমতা হাইরমদে। ইবেমহলস্থু অদুম তুমিন্না লৈরম্মী। অদুগা কাহাইনা

চান্না হায়জন্নবদি গোপালগী মপুক্কিং ওন্বা তাই হাইনা য়াম্না কন্না লৌ-রম্মী। গোপালগা কাহ্নাইগদি নিত্তিগী তিন্নরিবনিনা কাহ্নাইনা হাইজন্বা য়াই হাইনস্থ খল্লম্মী। অদুবু মহাক করিমত্তা হাইরমদে, তুমিন্না কী কোৎতুনা লৈরম্মী।

কাহ্নাইনা অমুক হাইরম্মী—

'কৈনো নোক্লিবসিবু? ঐনা হায়রিসি ফাগী নত্তেনে। মী খ্বাইনস্থ লৌরবনি হায়না নহান্না হাইনরে। হৌজিক নংনা রোহিণীবু লৌবদা কনানস্থ করিস্থ হাইরোইদৌবনি।"

"কদাইদগীনোদা তাদসিনা হেক ঙাংববু?" অসি গোপালনা নোক্ল নোক্লদুনা হাইরমমী।

কাহ্নাইনা অমুক হাইরম্মী—

"নংনা তৌরোই হাইবগীদি খংদরে, অদুগা মহু ওইরবদি ঐখোইস্থ রেংবদা মুংঙাইদনা।"

"তাদা, হাইরিবদু চান্না হাইরিবরা?"

গোপালনা নোক্লা নোক্লা হংলম্মী, কাহ্নাইনা নোক্লা নোক্লা চান্নবনী হায়না খন্নম্মী। অদুদা গোপালনা হাইরম্মী--

"তাদা, ঐ থাঙ্গৈশেংনা হাইরিবনি, ঐগী মুপীসি য়াম্না মুংশি। মহাক নত্তনা কনামত্তবু মুপী ওইনা লৌবা ঙমলোইবো।"

'অদুবু মাদি মচাস্থ পোক্কে, অঙাং পোক্কবদি ফত্তে। মুপী অমামুক খিবনা ফংলোইদরা?"

অসি হাইরগা ইবেমহল্লোমদা ওনশল্লদুনা কাহ্নাইনা অমুক হাইরম্মী-

"ইবেমহল শাওস্থ, ঐনা হাইরিবসি। নংবু মন্নোকত্ত হাইবা নত্তে। নংস্থ লৈগনি, অমস্থ থিগনি। মী পুম্নমক তৌনরিবনি। নপুরোইবগী ফনবা খল্লিবীনি নংদি। অঙাং পোক্‌ত্রবদি পুং হাইবা নরকপী নখোইবু

কনবিনবা লৈরোই। থর্ম্মগী মরমদসু য়েংশিন্নবদি ঐনা হায়রিসে কয়িমতা কাইবা নত্তে।"

ইবেমহলনা বাহ ভাবদা থুমস্মী—

"ঐঙোন্দা হাইহনা কৈদৌনি? নিপানা তৌগে তৌরোই খুসিনি। ঐখোই মুপী ওইবগী কয়ি উপায় লৈ মৈত্তে লৈবাক অসিদা। ঐখোই অসিদি থবাই পাম্নি হাইবদনি, শল-হুই লোইবগুম মপু মপুডুগী অনিংবা মতুং ইন্‌বনি।"

অহুদগী কাহাইহ হিদাক থক্নুনা লোক্নুনা লৈরে, কয়িমতা হাইত্রে। গোপালনা ইবেমহলদা হাইরকই—

"ইবেমহল, নংবুদি ঐনা শা-শলগুম থম্মোই। ঐ নংগী মপুনি অহুগা নংসু ঐগী মপুনি।"

কী কোৎনা কোৎনা ইবেমহলনা অহুম ভাহুনা লৈরম্মী। ওসিদি মপুরোইবনা থুমবা বাহৈ অম-নি হাইবহ মথবাইদা য়াম্না মুংঙাইনা ভায়ম্মী অহুগা চিংনবদি কোক্লমদে। মহাকপু অহুম্না মথবাই হম্নাওহলগা নত্রগা কাপি তৌনিংহুনা তৌরগা রোহিণীবু গোপালনা লোগদোম্নিবরা হাইবসি য়াম্না কম্না থলম্মী।

কাহাইনা চংলমদাইদা হায়রম্মী—

"ঐ হৌজিক্তি চংলগে। ইবেমহল ঐবু বারোগহ হাই। নখোই অনিনা রোহিণীবু য়াম্না নুনা তৌবা উবহদা হাইবা য়াইনা হাইহনা হাইবনি। মহুগী বাদো অমুক হলরোই।"

অসি হাইরম্লগা কাহাই চংখিরম্মী। গোপালসু ইকুজনবা থৌরাং তৌরম্মী। ইবেমহলনা কাহাইগী চংলমদাইদা হাইরবা বাদো থাজবা ওম্নমদে।

অমুরা চিংনহুনা লৈরিঙৈদা ইবেমহলখোইগী মমা জাহবীহ মচা উরদবা কুইাব হাইহনা জাক্লম্মী। মচাকুপীগী মনাক্তা কমহুনা রোহিণীনা হিদাক হারক্ত না থক্লম্মী। হিদাক থক্লা থক্লা জাহবীনা হংলম্মী—

"ইবেম্মাসিনা, নখোইদা লৈ হাইবদো ?"

"মানি।"

"মমিং করি কৌই ?"

"রোহিণী কৌই।"

"চুংশিদা ফনা তপ্পদনা, মশক্না মশক ফজরিবা !"

রোহিণীনা মখোইনা ঙাংনবহ তারগা ইমুংদা চংখিরম্মী, গোপালনা চাক চাবহ য়েংহনা লৈরম্মী। মহ জাহ্নবীনা হিদাক থক্না থক্না উরম্মী। মদোমদা অমুক য়েং, মচানা ফী কোৎলিবংদা অমুক য়েংহনা হিদাক অহ চিংজম্মী। মহাক্না মীনা ঙাংনবা বাদগী চিংনরকপহ অমুক হেন্না কনশিল্লম্মী। বা অতৈ অতৈ ঙাংনহনা মতম লেপ্লগা গোপালনা অফিস কাবা চৎখ্রিঙৈদা জাহ্নবীনা মচানুপীদা বা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা, নংবু য়াম্না বাননবা অসিদা লৈবসিবো ? মীনগা শোরি শোরি শোনবনে ঐহাক্তি করিমতা মেন তাকম থংজ্রে।"

"করি করি ঙাংনবগে ইমা ?"

"হুপীমচাসিমা পামহনা লৈরে হাইনা নহোই ঐখোইবু থংবা মীনা হংবনা ইমাদি খুন্দম থংদরে। ঐনহুম কদাইদগীনোদা হাইনা কনখোকপনি। অহবু মীনা অসুম তোইনা মহাইনরবদি ইমাসু কদাইনো হাইদবা ঙমলক্তে।"

"ইমা ঐসু চিংনবা অমদি তৌরি। অহদা ঐগা মরামগা থেন্নবা অমা লৈরিনে।"

"করিনিনা ?"

"হৌজিক ফাওবদি রোহিণীবু অতোনবী ওইনা পাম্নরে হাইবগী প্রমাণ অমতা ফংদ্রি। অহদা ঐনা চিংনবদি নিপাসিনা মহাকপু লুনা তৌবা মতৌনে অহগা কাহাইখোইনগা লোশন্নো হাইবনে অসিদা মতুংদা রোহিণীসিবু ঐগী লোম্নবী ওইরগদোরিবরা হাইনা চিংনবনিনে।"

"এঃ এঃ শোইত্রবনি। হুংশিং শিংতনা উনা লেংবা লৌনদে। মীনা

ঙাংনবরবা হাইবসি য়াম্না নুবনিদা ইবেন্মা। নংবুদি কীবনা নংগী নকমদদি য়াম্না চেকশম্না চংপা ওইরমগনি। অদুমনি নংনা ভাব তাম্রিবা। ইমা-খোইনা ঊরকলিবসি য়ামখ্রেদা, হাইদুনা কান্নদে। নখোইদিনে খংঙব্রা—নখোইদিনে অঙাংনি, কম্রিস্থ উবা নত্তে খংবা নত্তে। ইমানা হাইবা অসুম তাশম্নু, হয়েং তুংদা চুমকই চুমক্তে হাইবা ময়াইনা খংজরকনি।"

"খংদ্রেনে ঐনা তোগদোম্রিবসি?" অসি হাইরগা য়েন্তুমদা নং লেংনবা নংজিম অদু মটিম্না চিকপ্তুনা লৈরম্মী।

অদুদগী জাহ্নবীনা মখুৎ য়েংনা হাই হম্নদুনা মঙকশম অদু হম্নৎ হন্দা লৈরদুনা খরা তুগৎলদুনা চহি য়াংথৈ ওববী মূত্তিনা হাইরম্মী—

"ঐ অদুদা হাইগে লাকলিবনি। ইচাসিদি মাগীসিদা লৈত্রগা চাম্না হেনগদবা লৈবরা? মণিপুরদদু নখোই নহাদি তম্নাগী মবেন্মা-নি। মহাক্রা অদুম্না তৌ-লাক্লবদি হেক্তা চেম্নকউ। কম্রিদোনবা মাগী মনাই শাদুনা ইচা নহাবু লৈজরুদগে? ঐম্না নহালনা হাইজহৌম্রিবনি ঐখোইগী ইচাদি লুনা তৌ-লাক্লবা য়াবা নত্তে। মাগুম্বনা ইনাক খুনবী পাম্নগা .লৌজসম্ন। ঐখোইস্থ চাম্না নামা চাদুনা লৈখোক্লনি। কম্রিগী লাইবৈ হাইদুনবু মহাক্রা পংলাক লাকচবা য়াবরা? হোম্রেন্দ্র হংই অওইবরা ওইদবরা হাইনা। তাম্রিবরা ইবেমহল, নং তাম্রিবরা? ইমানা হাইম্রিসে মুম্না খম্নকো নং। নংগী হুংঙাইনবা হাইম্রিবনি।"

অদু হাইরগা হিদাকক্ত অমুক খক্তুনা ঙাইহাক পোথারম্মা। ইবেম-হলনা মমানা ঙাংলিবদুস্থ তারম্মী ফীস্থ ফোংলম্মী। রোহিণীনা ইমুংদা যোহনগা শারুম্নিরদুনা মখোই মমা-মচানা ঙাংনম্রিবদু মখেন্ ময়াং ওই কম্রি-বোই তারম্মী। অদুদা মাগীদমক শাওম্রিবনি হাইবদি খংদবনা মহাক কম্রিমত্তা খজ্ঞদে। ইবেমহলনা রোহিণীবু কৌম্নগা হাইরম্মী।

"ইবেম্মা ইমাগী হিদাক অসি অমুক্তা ওম্নকউ।"

রোহিণীনা ওমদুনা পুরক্লগা মখোইগী মনাক্তা কম্নবে। জাহ্নবীনা

মহাকপু মখোইগী নাক্তা কমহন্নিংলমদে। তাহোকপদি য়াদবনা অতুম কময়না লৈরম্মী। ইবেমহলনা অহুদগী মমাদা হাইরম্মী—

"ইমা, রোহিণীগী শেংনবা কীগে কনেক অমতা, অকনা, য়ায়া কনা য়েংবিরকউ।"

বাসি তাবগুদা জাহ্নবীনা হায়না য়েংনিংলদ্রনা লৈবনে অমুক হেক হুংশিরমদ্রে। অহুনা অসুম্না হাইরকই—

"খংদেদা, হৌজিক কীগে কনেক পংকং কংদরে। মংন্না নখোং পাজি-বনি চক্তুনা লৈক—হয়ুবী ঐঙোন্দা অমুক হাইক্রবন্নু।"

মহাকী খোন্নাহুদা ওক্লহুনা ইবেমহলগা রোহিণীগা মঙোন্নোমদা য়েংথক্তু-না লৈরম্মী।

ইবেমহলনা অহুদগী হাইরম্মী—

"হোই, হোই, তোকপিয়ো। ঐ হেক য়েংহুনা লৈককনে।"

"করিগীনোনে নংনা অহুক য়ায়া বাবিপদৌরিবনো? হৈ-পা শা-শারহুনা?'

মমাগী বাহুদা রোহিণীনা বারৌখিবা য়াই হাইহনা ভুমিন্না লৈরম্মী।

জাহ্নবীনা চংলগে হাইহুনা মফি-মরোল খোমজন্নিঙৈদা ইবেমহলনা অমুক হাইরম্মী—

"হোয়েন খংদোক্লম্মু। ঐ হয়েংদো অমুক লাকে। কমিন্নু কায়দবদা বাহুনদা তোকদবনি। ইমানা হাইবা য়ুম্না খন্নকো। ঐখোইন্নু কন্না করি-বনি। অহুদা মতৌ-মওং য়েংনিংদবা হাইবনি। খেন-না তাইবংপান অদি পানবগুম তৌবসিদি ঐখোইদি অহুক য়ায়া তোয়া মী নত্তে। ভিন্নবা ওমজয়োই।"

অসুম্না হাইরগা জাহ্নবীচ মচানুপীগী মমনগী খোংপামথিরবীগ রোহিণীনা মাগী অশাওবা মতৌহু উবদা কমিগীনো হাইনা হংলম্মী। ইবেমহলনা কোয়া হাইগে হাইহুনা তোক্রম্মী।

মমানা থিদরবা বনী মন্নামছুনা ইবেমহনগী থবাইদা হৌথিবা চিংনবগী
াবীহ্ মহৈ য়াদে। হৌজিক মহাক চিংনবসিদগী লাথোক্লবা উপায় অমতা
াইরে হাইনা লেপ্লমী। মহাক্না খল্লমী, মহুদি—মমানা কদোইদুদসু মচাগী
স্তনবা তৌবা হৌনদে অছুগা থাদৈশেংবা অথংবা অমা য়াওত্রবদি মমানা অছুক
ায়া কয়া থাওবা হৌনদে। মহাক্না হৌজিক চৎকে নিংলবা লবীদি রোহিণী-
া মপুরোইবগদা মীনা তাংনরিবা থাসি চুমত্রা লানত্রা, হাইনা হংবা অসিনি।
মথোই অনি চাক চানবা ইক মাইথক্কসি হাইছুনা হৌগৎলম্মী।

---

৫

ইবেমহল্লগা রোহিণীগছু চাক চাবনি হাইছুনা চংলগা চাক ইচং
চংলমত্রে। ইবেমহল্লনা মমানা হাইরবা থাহুদা থন্দুনা লৈরম্মী অছুগা
রোহিনীদা কয়া হংসিগে হাইনসু খল্লমী। অছুদা অমুক্কা খল্লবনা অশেংবা
া তাকপিরকদরা অসিনি। য়াথদ মন্নামসি থনবদগী চাক চাবা য়াররদবনি।
অছুগা রোহিণীনা খল্লবনা ইমুংসিদা মরাং অমা হৌরে, করি ওইগদো-
রিবা, পোথাকপা ইবেমহলগা পূকচেল তিন্নদবগী বাতা অমা ওইনা তৌইসে
হাইনা থনবনি। লৈমিরবা কৌরবনিনা ইমুংছুগী দশাসু মওোম্বা থরদি
োক্লবা য়াই হাইনা থনবনা মপুক্কিং ইলাং লাংতক্লরম্মী। অসুম্না থনবদা
রোহিণীহ্ চাক হকপা য়াররমত্রে। ইবেমহল্লদা করি তৌরবগে ওসাই হাররনি
হারবছু হাইরোদনা হাইনা হংগে তৌবসু ইবেমহলগী লাংতক্লবা পুক্কিংবু
তাকলিবা মাইথোংছু উবদা কররমতা থৌনা কবা ওয়রমত্রে।
মরক অসিদা অমুক ইবেমহল্লনা খল্লমী—রোহিণীসি মথোইনা মমা মচা
তাংনথিবা মররছু থংলবরা কররিনো চাবা থকপদা লে-লেথোকপওম তৌরি-
বসিবো হাইনা। মহাক্না পাক হংগে তৌবদা ওমত্রছুনা অসুম কৌইনা হংগে
তৌছুনা হাইরম্মী—

"রোহিণী, করি দোরে চাক ইচা চান্দ্রবদি ?"

"করিসু তৌদে, থংদে ইচা চানীংব্রে ঙসিদি।"

"কনানা করি হাইরবগেনে, নথবাই ইহুং হুংঙাইতনা উববু ?"

"কনামতনা করিসু হাইদে।"

"থংদেনে ঐসু ঙসিদি চাবা শুকয়া য়াব্রে। ঙসিসি ঐথোই অনিগী চানীংদবা হুমিৎ হাইবদ্র ওইরবা মাল্লে।"

"হোই অদুম্না লোবা হাইবদুনি ইনম্মা।"

ইবেমহলনা চাক চথোর অমা হক্লগা হাইরম্মী—

"ঙাইথো রোহিণী, ইনম্মা বা অমা হংগে, নং শেংনা খুমগদরা ?"

"খুম্নি ইনম্মা—।"

"য়েংওই, নংবুদি ঐথোইনা য়াম্না হুংশি। নং ঐথোইবু হুংশিব্রা।"

"করিদোনা হুংশিরোই। মী অমনা তৌববু মী অমনা কাওবা হৌনব্রা ?"

"নং হৌজিক জগৎ অসিদা হুংশিবসি নথোইগী তাদবুনা মহেব্রা ?"

"হেল্লি ইনম্মা। অদুগী মথংদা ইনম্মাবু।"

"ঐনা করিগুম্বা তরানি মডানি য়ুমশি থাদোক্লবদি নং নংগী তাদগী সেবা হুংশিনা তৌগদরা ?"

'করিগী তৌদনি ইনম্মা।"

"মদুদা নংগী তাদনা নংগী সেবাদা পেনখিদুনা—ঐগা মতম থরা কাইনবগী হুংঙাইতবদ্র কোকহম্নবা হোৎনগদরা ?"

"হোৎনগনি, য়াম্না কম্না হোৎনগনি।"

"নংগী তাদসি ঐ শিগ্রবদি হুপী থিরোই হাইদুনা মমাংঙৈদা নং লাক্তিংঙৈদা বাশকথি। মদুদা মহাক্না বানা লৈবহ নংনা কোকহনবা ঙমগদরা ?"

"ঐনা তাদবু হুংশিবা অদুগা তাদনা ঐবু হুংশিবগী বা থম্নবদি মতম

পুন্নমক্তা নত্রবস্থ অয়াম্বা মতমদা কোকহনবা ওমগনি নিংই। কোক্লবস্থ—ঐনা ওথমথৈ হোৎনগনি।”

“মতুদা নংগী তাদনা অবাবা কোকনি হাইনা নং থনত্রা ?”

“ঐবু তাদনা থুংশিবগী হাইক্লবদি কোকনি নিংই।”

“উম চুম্মি, মী ওইবা হাইবসি থুংশিবা অমা খাইনবগী মৈচাকতু থুংশিবা অমা লৈরগা কোকপনি। মপা শিগ্রগা মমানা মচাগী চেংলৌ য়েংত্রনা, মমা শিগ্রগা মপানা মচাগী চেংলৌ য়েংত্রনা অবাবা লক্কা কাওনরিবনি। অঙুওম-হুনা নংনা .. . ”

অসি হাইরগা ইবেমহলত্ত মমিত্তগী পী মতুম মতুম শিঙ্খমম্মী, মথোক্তি থোক্রমদে। মুপী হাইবসিদি অয়াম্বনা অমনা কপ্পা উরগা কপমিন্নদবা ওমদবনিনা রোহিণীগী মপী তারম্মী। ইবেমহলনা কপ্পগী মরমদি রোহিণীনা গোপালগী থুংশিরবী মুপী অমা ওইরনি শোইত্রে হাইনা চিংনবত্র প্রমাণ ওইরে থনবদগীনি। রোহিণীনা কপ্লম্লিবনা ইবেমহলত্ত শিবগী বাথলনা হয়েং মাগী থুংশি-মৈচাক্কী করি ওইদোরি হাইনা থল্লবনা মথবাই বাহুনা কপ্লিবা মাল্লে হাইবদগীনি। শিত্রিঙৈনা শিবগী বাথল থল্লুহনা শিরগা কপক-দবত্ত হৌজিক্কা কপ্পদি কনা কনাগুম্বী থুংশিহৈবী মপুরোইবনিংবীগী মফমদা ওইথোক্কবা নত্তে। মরমসিনা রোহিণীনা মপীত্তু মখুৎ ওইনা তৈথোক্লহুনা ইবেমহলদা হাইরম্মী—

“ইনম্মা, শিবগী বাথলবু হৌজিক্কা থল্লিবা কররিগীনো ?”

থুংশিনা হংজরিবা রোহিণীগবু কাগি তৌরিবা মাল্লে লংনরিবা মাল্লে হাইহুনা ইবেমহলনা মপুক্কিংদা বাম্রোরম্মী। বাহৈ থিনা হাইগে তৌবদা পাক হাইক্লবদি ফত্তে হাইহুনা অহুম থাংহুনা লৈরমলে। বাহৈ অথিবগী মহুওা অতপ্পা বাহৈ শিজিন্নহুনা ইবেমহলনা থুম্লম্মী—

“ইবেম্মা, থন্দবদি চুম্মি, অহুবু থন্দবা ওমদেনে।”

“ঐদ শঙাংনি অহুবু বা অমা হাইগে ইনম্মা।”

"হাইয়ু।"

"অশিবা নংবা অবাবা নংবসি ঐনা তোংঙ্ৱবনি। হৌজিক্তা ইনন্না খোইগী শেগাদা লৈত্রনা খরা কাওবা ওল্লবনি। খল্লদুনা অরেম্বনি হাইবসি ঐ হৌজিক্কা পোৱবনি।"

মাগী ৱাসি তারগা ইবেমহললনা অমুক হেন্না শাওনিংলম্মী। মীগী মপুরোইবা সুংশনা খমজরিববু মুল্লগা গুংডাইনা খাংদোক্কুনা লৈয়ু হাইরিবা মাল্লে চাইত্রনা ইবেমহললনা খংম্মী। অসিসু খল্লম্মী ওন্থোক্লা হৈ শিংত্রেদা, মীরৈবাক মচাশিংগা তিন্নরক্নুনা মখোইগী লৌশিং অদু শিজন্নরিবোইরে হাইনা। ইবেমহললনা মথন্তদা চাইজরম্মী—

'ঐ অসিগু লাইরিক লাইগু তনত্রনা ইমানবশিংগী মরক্তা হৈ শিংলে হাইরিবনি। অদুবু রোহিণীনা হেক্না শিংলিনেসে। লক্কা হাইত্রনসু ইপুরোইবদি ঐগী ওইত্রনা খমগনি, কনামত্তগী ওইহল্লোই। মহাক্লা রোহিণীবু লোগে হাংরবসু ঐগু মতিক ওকপা তৌগনি।"

অত্রম্না ভাইহাক খল্লুরগা মপা তৈথোক্তুনা মখোই অনি চাক চাবা তোক্তুনা পোথানগ্রে।

---

৬

পুং তরুক তাবা মতমদা সুংমিংনা নোংচুপ থংবা চিংম্না পাংলবা অত্রবাই-দা পুং মত্তারোম ক্ষমত্রনা ৱাখলগী খবক তোক্রবগী মচিনবান কংত্রনা গোপাল অদু মখুমলোমদা পোথাক্করনি হাইবগী সুংডাইবা ৱাখলনা হরাও হৱাওবা মাইতাদা লাক্লম্মী। মহাক্লা মাঙোন্দা কাখৎলকপদা ইবেমহলগা রোহিণীগদু হেক্তাং শেমত্রনা লৈরম্মী। ইবেমহললনা মরোই শোইরম্মী অদুগা রোহিণীনঃ হঙাম মলম্মী। মদু উবদা গোপালনা হাইরকই—

"থুং যোংনবা কৰিগীনো হঙ্গাম মন্নিবো ? ইবেমহল নংম্ভ নচনসিবু ৰাওহল্লবদি ৰাত্ৰবৰা ?"

ইবেমহলনা ৱাতাসি তাবদা মমাংউঙগুম্বা ওইৰবদি শাওৰম্লোইদবনি, অদুবু মদুগী হুমিত্তি থাহৈদুনা মাগী হায়না শাওনিংদুনা লৈৰম্বা মৈদুদা মী পাকপড় মঙাইখৰে। অদুবু মাগী অশাওবনা ইনশনবা অকনবা ৱাহৈশিং অদু মপুক মমুংদগী থোৰক্লগা চিন্বান থোৰবা কাললদা মপান থোৰকপা ঙমখিৰমদে। কৰিনা অফিশতগী ৱানা কল্লক্লিবা মপুৰোইবগা চিন্দান পাও-দায়দুনা লাউনবা মতম চাদে হাইবা ৱাখল কৰবা অমনা শাক্তে পাইদুনা শাওনিংবা ৱাহৈশিংদুবু তানশন্নম্মী। ৰোহিণীনা হেন্নাং শেম্বা ৰাওৰহল্লমু মশানা ৰাওনিংদুনা ৰাওজৰম্বনি, ইবেমহলনা ৰাওহনবা নংলমদে। মৰম অসি থগ্লৰবদি অদুগা ইবেমহলগী শাওনিংবদুগা থল্লুববদি 'ঐনা মাবু ৰাও চাইদুনা থেমজবৰা' হাইনা হাইনিংলম্বনি। অদুবু তোক্তুনা অমুম্না ৰোহিণী-দা হাইৰম্মী

"ইবেম্মা, হঙ্গামদু থনমখো, নংগী তাদগী পাওজেল চেগাদু পানবা তৌৰুখো।"

গোপালনা অফিসতগী হল্লকপদা মফী মযোল হোংদোক্লে হাইৰগা পাওজেল-চে পাদুনা ৰোহিণীদা থাৰি লিদুনা হুমিৎ থুদিংগী মতম লেপ্লি। অদুনা ৰোহিণীগী নিতিগী তোগদবা থবকদু তৌহন্দুনা ইবেমহলনা মথৱাইদা চাক্লিবা মৈদো পুম্মুত্তি মুৎথৎপা ঙমদ্রগা উংনা কুপশনবগুম লোংদুনা থনম্মী।

ৰোহিণীনা হৌগৎদুনা গোপালগী মনাক্তা চংদুনা পাওজেল-চে পামিন্ন-থৰে ; ইবেমহলনা হেন্নাং শেমদুনা লৈহৌৰে। মপুক্লিংদা শাওনিংবনদি ইবেমহলদু লোইৰম্লে। মপুৰোইবদা বা হংসিৰা থংনসিৰা হাইনা তৌবদা অদুম ঙাইবগী ঙাইবা গোপালগী মপুক্লিং হুংঙাইনা ঙাইহাক পোথাৰিবদু থুগাইক্লবা অসতোগী থবক্লি হাইনা অথাংবনবা উংলম্মী।

গোপালগা ৰোহিণীগনা পাও পায় পাৰদুনা অথ লৈনদুনা লোক্লি।

তৌইগুখসুং মখোইনিনা নোক-খেরিবছ খেনম নম্নরনি হাইবদি মখোই কনামতা থংলমদে, করি হাইনি ইবেমহল ফাওবা থল্লমদে। অদুবু কপ্পা নোকপা মচিন মনাওনি হাইনা লাইগুম্নবা মৈতৈ অহলশিংনা হাইরিবছ শোইবা য়াদবনা লাক ইশিং চানদুনা অহিং তুম্বা চংনরবা কালদা ইবেমহলনা তাঙ্গা মতম চারে হাইদুনা ঙসাইমখে তুমদুনা মৈরুরিবা অশাওবছ হোদোক-তুনা গোপালগী মফমদা চৎলম্মী। গোপালনা করিগী শাওরিবনো হাইবা অমতা থংলমদে, অদুনা মরম হংলম্মী। রোহিণীখোইদি তুমখিবনা নাখোক-পা হৌরক্লে। অসুম তৌনরিঙৈদুদা ইবেমহলনা হাইরম্মী -

"ইবুংঙো, ঐ বা অমা হংগে ঙসিদি।"

"হংউ হংউ।"

"ঐনা ঙসি হংগদৌরিবা বাসি নংগী ওইরকঙৈদগী হংদ্রিবা বানি, অদুনা শেংনা খুম্বিউকো।"

"খুমগনি, ইবেমহল খুমগনি।"

মসি গোপালনা হাইরবদা থৌনা ফরদুনা লোংনা হিপ্তুনা লৈরম্বদগী ইবেমহলছ ফমাংদা হিপলিবা গোপাল্লোমদা ওনশল্লদুনা চেপ্না হিল্লগা হাইরম্মী—

"জগৎ অসিদা হৌজিক হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা নুপীশিংগী ইমাসু, ইচাসু নুপী-নহা লোইনমক্তী মনুংদা কনানা হেন্না মনুংশিরে।"

বাসি হংবদা গোপালছ খিক খিক নোক্লম্মী। অদুদগী ইবেমহলনা অমুক হাইরম্মী—

"ইবুংঙো, থাকৈশেংবা হাইরিবনি। নোক্নুনা ঙম্মি হাইদুনা পাওখুম পিদবা তৌবিগনু।"

অদুদগী গোপালনা অমুকসু খিক খিক নোক্লগা খুম্নমী—

"ইবেমহল, নংগী বাসি খুমদবা য়াদ্রবরা?"

"খুমহল্লিংই।"

"ওস্থোকপনিদা, ঐনা য়াম্না কন্না লোৎতুনা মীনা কয়ানবিনি মতাঙগ চেৎনা থন্নিবা য়াহৈ অমা ঙসি হাইদোকপা তারে।"

"য়াম্না চেৎনা থবতুমক্কি ঐনা য়াম্না কন্না থংনিংলিবা।"

"ইবেমহল, নংনা মতক্রবনিনা হাইরগে। অদুগা য়াহৈ অসিবু ঐঙোন্দা ঐগী ওইজৌ হাইনা পিরক্লিবা ঈশ্বরদুগী নাম অমুক্তদি লোনখিগে।"

অসি হাইরগা গোপাললনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হাইনা লোন্নগা হাইরকই—

"ইবেমহল, ঐনা খ্বাইদগী থংশিন্নিবা মীদি রোহিণীগা নংগনি নত্রগা নংগা রোহিণীগনি।"

ইবেমহলনা "ও থংলে।" হাইরম্মী অদুগা অমুক হংলম্মী—

"ঐখোই অনিগী মরক্তা অমা কাইনরগা অমদুনা ইবুংঙো নংবু খাইন-মৈচাক্কী কোকহনবা ঙমগদরা ?"

"ঙমগনি, ঐগী ইকমদদি নখোইনিগী থক্কিদ চপ মারৈ, নখোইনিসি আত্মা অমনা শক অনি লোবনি।"

মা অসি তারগা ইবেমহলদ তুমিন্না লৈরমলে। গোপাললনা মা হংগদবা লোইরবরা হাইনা হংলম্মী। ইবেমহললনা থলম্মী, করিমত্তা থুন্নমদে। মহাক্না চিংনরমবদ মপুক্লিংদা প্রমাণ ওইরে হাইনা লৌরম্মী। মুপী ওইবী হাইবসিনা পাইজবা মত্রদি নিপা থুদিংমক্না মাগী মাগী মুপীদুবুদনি খ্বাইদগী হেন্না থংশিব-দি অসিনি। অদুবু গোপালনদি রোহিণী মখোইনিবু চপ মান্ননা থংশি হাইরিবনিনা রোহিণীসি মহাক্কী লোন্নবী ওইরবনি হাইনা কন্নক কনজাওবা হাইবা ভিনদুনা ইবেমহলগী থম্মোই লোন্নবতদা কন্না চিকপা হৌরমলে। গোপালনা কঁন্ন হংখিনি হাইবতদা অমুক হান্নরম্মী—

"লোইরে, তুমবা তৌরসি।"

অসি হাইনরগা মখোই মহৈ মহৈ তুমবা হৌখরে। অদুবু কন্নকপা কৌবা লাইতনা ইবেমহলবুদি তুম্বা য়ারে অহিং অচিকপা অসিদা কন্নি লমন

লৌগনি হাইবগীদমক বা তাম্নসি হাইদুনা তুমনিংবগী লাইরেম্বীবু বিদায় পিরম্মী।

কল্লকপনা হাইরকই—ইবেমহল, ঐনা নংবু কয়া লুনা তৌরিবা মুংশিরিবা। ঐনা হাইবদা শম্না থুবৈ অমা ফাওবা লেংবা য়াদে। নংগী ফননবনা থনগে তৌগে হাইদুনা লাক্লবনি। নখোই শুপী ওইবগী অশোন্‌বা পুকচেল থাদোক্কদবনি। শুপী ওইরবস্থ থবক পাংথোক্কে হাইনা নিংলবদি ভৈবথী মূর্ত্তি লৌদুনা চৎকদবনি।”

“করি বানো ঐবু তৌ হাইরিববো হাইবিরো।”

‘হেঃ হেঃ ( নোক্লদুনা ) হিগাইবা, হিগাইবা।”

“কনাদগী ফংগনি অদুদি ?”

“কারিগী বাকরি, নংগীদমক্তা অহিং-মুংথিল পুম্বদা লুনা থমজরবা পী মতুম মতুম শিন্থরদুনা লৈরিবী নমা ইবেম্মদা হংউ। মানা থংদ্রবস্থ মরাইনা থিজরক্কনি।”

“অদুদগী করম তৌবা ?” “হিগাইবাদুনা রোহিণীবু হাংতোকে হাইবস্থ য়াই গোপালনা মাবু মুংশিহল্লোই হাইবস্থ য়াই।”

“হাংপদি ফত্তে! মুংশিহন্দবনা ফৈ।”

“অদু তৌগে হাইরগা তৌ ; মদু ওইরবদি গোপালনা থম্মোই অকন্‌বা লৌরদুনা য়াক্লবা থিরবা খোলনা রোহিণী লৈশাবী লৈগুম নোরবীসি মুংশিং অকন্‌বনা হুমদোকপগুম মরাইনা তাম্থোকখিনি। অদুগা নংনা য়ুমশিগী অনিশুদ্রবী অমত্তা ভাইবী মবেম্মা ওইদুনা লৈহৌগনি।”

“মদুদি ওল্লোই। ঐগী মুংশিরবা ইপুরোইবগী মচিন্দগী অয়াকপা বাহৈ থোরকপদো ঐদি তাবা ওমজরোই। মহাক্না অমেংবা মখোলনা তানখিগে হাইরবদি তানশহু, নত্রগা মহাক্না ইভান তান্দবমথৈ রোহিণীনা মথক্তা য়ুমসি থাদোকতুনা চৎচখিসহু।”

“ঐনা হাইবদি তৌরোই হাইবরা ?”

"তৌগদৌরি অদুদা থবক মওং মান্নদবদনি।"

"ক্ষরে নংনা নিংবা মতুং ইন্না তৌরো। অদুগা হয়েংমক থবক পাইখৎলো।"

"হে কন্নকপা কৌবা লাই নংনা ঐবু চান্‌বিবসে করম হাইনা লমন শিংগনি। অদুবু হয়েংমক নত্রবস্তু থুনমক তৌরগনি।"

'তুমহৌরো সতী, ঐ হন্নগে, অমুক নংনা কৌন্নকপা মতমদা থুনা হেক্কা লাক্কনি।"

---

# মিংচংথিবা

## ১

থা অময়োমত্ত ইবেমহলনা মমাগা বা তান্নবা হোয়রক্লে। করি তৌগদগে হাইত্রনা অসুম তান্নরকপদা লৈকাইগী মী অমনিগী মফমদা য়োহিণীবু ফত্ত-ফত্তবা ঘাইহেনা ঙাং-শক্রত্রনা বদনাম শন্দোকপা হাইনা লেপ্পরে। মাগী পুম্নিগী চাওরবা থবক অমনি হাইত্রনা য়োহিণী ইয়াও য়াওদনা থৌরী চিংনরম্মী। মরম অত্রনা লৈকাইগী মীশিংনসু মানা হাইবদা থাজদবা ঙম্লমদে। থাজবদগী মথোইসু থৌনা ফনা য়োহিণী লৈশাবীগী বা ঙাংবা হোয়রক্লে।

নোংমা কাঙ্গাইগী সুপী যুবতীথোইদা চৎতুনা ইবেমহলনা ঘারি য়াম্না শারম্মী। মতমত্রদা কাঙ্গাইসু অফিসতা লৈবনিনা মথোয় অনি কপ্প-ও নোকপ ও অনি তিম্লত্রদা থম্মোইগী লৈজবা অবা সুংশি য়াম্নরবা ঘারি য়াম্না শারম্মী। যুবতীনা পানা তপ্লগা ইবেমহলগী ঘারিত্র অসুম তারম্মী। ইবেম-হলনা হাইরম্মী—

"ইচে, তৌরিবসে করম্নো! ঐথোইগী লৈকাইগী মী পুম্নমক্না ঙাংনরে, ঐথোইগী নিপাসিগা য়োহিণীগা পায়রে হাইনা। ঐনসু মথোইনিদা বা হংবদা চিংনবগী প্রমাণ কয়া ফংলে। নিপানি হাইত্রনা লৌরে হাইনা পাক শাউথোকপসু ঙমদে; অম্যকসু ঐবু কৌত্রনা লৈরি। অত্রগা য়োহিণী হাইবিসিনা লৈশাবী শারত্রনা সতী শকদবগী মপান্দদি ঐঙোন্দা মনম্মাদোনা চৎপা শারি। করি হাইগনি, মী পুম্নমকসি মমিৎ তাংবা মনা পংবা ঙাক্লা ওইনা উথরে মাগী মমিত্তা।"

যুবতীনা ইবেমহলদা পানা মতপ অমা তপ্লগা পিত্রনা হাইরম্মী—

"ইনাওসিদি, লুখ্রবনি মর্ব্বাক মচা হাইবসি ঠাথা য়াবা নত্তে।"

"য়াবা নত্তে, য়াবা নত্তে। ঐদি লাকপদগী থংলবনি। মাগা ঐগা

লৈমিরররক্লিবসি থা অরিহুম শুরেদনা ইচে। কব্রিণী থংদনি হাইবগে মানা চৎপা শাজৎপু।"

"ইবুংঙোনদি করি হাইরা ?"

মতাং অসিদা ইবেমহলনা নোক্লহূনা খুম্লম্মী—

"ওম্থোক্লা নোকচনিংগ্রবা পোৎনি। হাইববু হঙ্গোইদা !"

"অত্নবু করিবু হাইগেনে ?" অসি হাইরগা যুবতীহ্ন পানা শাইরম্মী।

ইবেমহলনা মচিন্‌বানত্র মথুংনা নাম্থোক্ক না হাইরম্মী—

'হাইযুরনে !'

"হাইথু কদোগে ?"

'হে রাধে, ঐগা রোহিণীগবু চপ মান্নরা মুংশি হাইনে। বাতাসিনদি ইচে, শোইত্রবা পোৎনি চহি অমমুক্তা লৈরগদি রোহিণীসি লোয়ে হাইহুনা লাউথোক্লক্কদোরিবনি, মতুদনি ঐনা ফীরুক খুম খুমহুনা চৎকদোম্রিবা। মীনা হৌঙ্গিক ঙাংনরিবসিদা শোইদনা পোপ তারগদবনি ; অত্নদনা হেম্না লংনবা ঙাংনবা হেল্লক্কদবনি। ইকাইজেদা ইচে। ঐথোই মুপী হাইবসি জাৎ তোনথ্রেদা। অমবু ছন্দোক্তুনা অমমুক নাইবা রারবদি ফগদবনি। অত্নস্থ রাবা নত্তবনিনা অস্তুম বানা বানা থাংগদোরিবনি।"

"ইনাওসিদি করিণী বাক্লম্রিবনো। মানা মরমচৎ ফজত্রগা থোক থাইনথোকপা হাইবত্নুনি। অমামুক নাইথোকপস্থ মঙাইদনা !"

'ইচেসিমা, মত্নস্থ মীনা তৌনে হাইদুনা নহোই ঐথোইনা হেক তৌবা রাবরদো ?"

' অত্ন নত্রগা অত্নম রোহিণীগা লোম্নৌদনা।"

মত্নস্থ ঙম্মোইনে ইচে। রাথলত্ন হেক থনব্‌দা কক্লক-থযনব্‌গী মৈনা ইশা পুম্বসি হেক্তা চাকইনে।"

"ঐ গোপালদা হাইগেদনা ?"

"করি হাইগে হাইরিবা ?'

"করিদৌনি, রোহিণীবু নিপা অকবা অমা য়েংহনা থাজগ্রো। অসিনিদনা।"

"কদাইদগী তাবিগনবনো। মহুশুবা ঙাদা নাচুংবিবা পোৎ নত্তে। ঐনা ঙসাইনা হাইগ্রে, রোহিণীবু থাদোকপা ঙম্লোই হাই হাইনা।"

অহুদগী যুবতীসু শাওবা য়াওরক্লুনা করিসু দোষ লৈত্রবী রোহিণীহুদা চৈবা হৌরক্লে। চৈবহু রোহিণীনা তাররুবদি মথবাই কয়া নুংশিগনবনো। ময়াইবক ক্ষবনা মখোইনিগী মরক্তা রোহিণী য়াওরমদ্রে। যুবতীনা অস্রুয়া হাইরম্মী—

"করিগীনোনে মাহাক্না মীগী মমুমদা লৈবিররগা যুমবু তাংহোক্লুনা মানা যুমু শাবিগে হাইররিবো? ইকাইনাইদবীহুবু। লৈশাবীনি হাইরগা ইকাইবা মনা অমকাওবা লৈতবীহুবু। ঐখোইদি ইশামদা লৈরিঙৈদা নিপা অমতপা বা ঙাংনজরক্কে।"

অসি হাইরহুনা পানা অমুক তপ্লুনা ইবেমহলদা পিরম্মী, মাহাকসু অমা চারম্মী। ইবেমহলনা পানহু লৌরগা মথুংনা পাইহুনা থনম্মী, বা ঙাংগদবগী পানহু হুরমদে। যুবতীগী ঋাপা চাহুনা মহাকসু রোহিণীবু অয়য়া চৈরম্মী—

"ভৌবিমলবু করিমতা থংদেনে। মৌপ্রানিপা চহি অনিদা ঙাইরিবসি ঐনা শেররিবা, মহাকপু করিমতা য়াওহনবা নত্তেনে। ইচা পোক্তিবনিনা কয়া হংদোইদৈ। অহবু কনাগু লৈত্রবা মচানি—মচেনি হাইহুনা লৈরিবহুনা লৈশাবীনি অঙাংনিকো হাইহুনা ঐনা লাক্লারবা! হৌজিকসে ইচে, মীগী ভৌবিমল থংবা কনামতা লৈতেদা!"

যুবতীনা অহুদগী অমুক ইতপ তপ্না হাইরম্মী—

"অহুদা নংনা নুপীমচাহুদদা পংশাও শাওবসু চুমদ্রিনে। ঐনা হাইরি-বসি মাগী মীচং চংবা নত্তে। মীচং চংবগীবু হাইকরবদি নংগ চংদনা মপা কনাগী চংজকপবনো। অহুদা ইচেনা হাইবদি বা অমনিমা। নিপানিনদি

হৌরক্লিনিদো। মহাক্না হেক থাদোক্লবদি নুপীমচাসিংনু করিংনু তৌজরোই-দোবা !”

“চুম্মিনে অদুমু ইচে, অদুদা নিপা হাইবসি ইকাই-ইকি থাদোক্তুনা ঙাওনরিবা ঙাক্তনি। নুপী মহাক্না শিথাং থাংলবদি নিপাচনু থরা মহন-গদবা ! অদুনি ঐনা হাইরিবসি।”

মখোইনি অমুম্না অমুক নেমথৈ, অমুক থাংথৎলি, অমুক কপমিন্নৈ, অমুক নোকমিন্নদুনা থা ঙাংনবদুনা পুং মরি তাবা ফাওবা ঙাংনরম্মী। অদদুগী মপুরোইবশিং হন্নরকপা মতম ওইরে হাইদুনা ইবেমহনদু মমুমদা চৎথরে।

---

২

নুমিৎ মরি মঙানিরোম লৈরগা রোহিণীত মোহনবু পম্নদুনা যুবতীখোইদা কোইবা চৎলম্মী। যুবতীনা তরাম তরাম কৌশদ্দুনা মহাকপু ফমহনম্মী। মোহনবু মচেমগী তম্পাক্তগী লোরগা কবোক ইন্‌বিরম্মী। রোহিণীবু হিদাক থকপরা হাইনা যুবতীনা হংলম্মী। থক্তে হাইরবদা অচাপোৎ থরা পিজরগা হাইরম্মী—

“ইবেম্মা ইনম্মখোইগীদি করিম্মু চানিঙাই লৈতে। হাওরম্মু হাওজবম্মু ইবুংঙো গোপালনা শাওগনি হাইদুনা অরৈবা থরসি পিজরিবনি।”

অসি হাঙরগা যুবতীদো মচিনবান্দা থরা থরা নোক্লম্মী। করিগীদমক নোক্লিবনো হাঙবদি রোহিণীদি ভাব তাম্রমদে, অদুগা মনোক অদুদি অর্থ অমা লৈরে হাইবসিদি মহাক থক্লম্মী। অদুনা মহাক্না যুবতীদা হংলম্মী—

“করিগীনো ইনখনা নোকলিবনো ?”

“অমুম চুম্না নোকপনিদা।”

রোহিণীনা নোকপগী মরম হংবলিনবদি গোপালগা রোহিণীগবু হুংশিনৈ

লৌমগদোরে নভ্রগা লৌনয়ে হাইবগী ময়মদা যুবতীদ্র অমুক হেন্না চিংনবা হৌরম্মী। তাংদাংবা অমা খংদোক্লগে হাইত্রনা যুবতীনা বা হংলম্মী—

"ইবেম্মা রোহিণী, ঐবু হজোইনা খনগন্নু। ঐখোইগী ইমুংগা নখোইগী ইমুংগা অনিসি অমত্তনি। নংস্নু খংলরিনি। ঐ বা অমা হংগে শেংনা খুম্নু লোৎকন্নুকো!"

"কররিগী লোৎলুদগে ইনম্মা" হাইনা রোহিণীনা হাইরম্মী—।

যুবতীনা মোহনবু কবোক ইন্‌রি ইন্‌রিদ্রন' হংলম্মী—

"ঐখোইগী মরি মতা খোকপা নিপা অমা ল। লাইরিক লাইও ফনা হৈ। ময়ম ওকই। মহাক্কীদমক নংবু হাইবিয়ু হাইনা মপা মমা লাক্‌নু হাইরে। নংনা কররি হাইবগে?"

বাসি তাবদা রোহিণীদ্র পাক খুৎবা ওন্নমদে। মমাই ওাংলত্রনা ইকাইবা উৎলম্মী। মতোদ্র উরত্রনা যুবতীনা হাইরম্মী—

"কররিদোনা ইকাই'রিবনো? ঐঙোন্দস্নু ইকাইরবদি নংনা ইকাইরোই-দোবা মীসে ফনা তাংই। হাইয়ুনে রোহিণী, নপুক্লিংগী বা থুপকন্নু। নখানা রাই রাদে খংত্রবদি ঐস্নু ইবেমহলখোইদা হুপী হাইবগী বা পন্নিংদে।"

রোহিণীনা ইকাইরত্রনা মরে লৎ লৎ লাউনা থুন্নম্মী--

"অদ্রবো, ইনম্মা, তাদনা রারগা .লাইরে ঐগীদি, মাহাক্না রাত্রবদি ঐনা পাবা পামদবা কররিমতা থন্‌বা ওমদে।"

মাগীদি মবুং পোকমিন্নবদোনা লৈজরিবা গোপালদো নত্তনা কররিগুম্বা অমত্তা ভৌনিংলমদে। অদুদা জগৎ অসিদা বাহৈ অমত্তবু অর্থ অনি খোক্না লৌবদি কন্না তোইদ্রে। রোহিণীনা পুকচেল শেংনা মাবু রোকপিরিবা মীদুগী রাখংদা ওাইজবা অদুনা যুবতীনদি রোহিণীসে গোপালগী হুপী ওইদ্রনা লৈরে হাইনা খলম্মী। অদুনা যুবতীগী চিংনবা হাইবদ্র প্রমাণ অমুম কন্না কন্না ওইশনদ্রে। অদুদগী অমুক হংলম্মী—

"ইবেম্মা রোহিণী, মংমবু রাম্নবদি ইবুংঙো গোপালদি কররিগী রাদনি।

নংগী তাদদা ঙাক্তা ইগোকনু। অবা থুংঙাই য়াম্রনা ফংলুগদৌরিবদি নহাক্কি। গোপালনা করিস্থ য়াওররোই।"

"ইনম্মা অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ তাদগী য়াথং মতুং ইন্না চৎকনি। ঐনা হৌজিক মথোনকাররবী নগানি হাইত্রনস্থ কনামতবু ইপুরোইবা ওইনা ঐগী খুদীনা লৈরুবা ওল্লোই।"

অত্রদগী যুবতীস্থ বা ঙাংলমত্রে, মোহনবু কবোক পিজত্রনা লৈরম্মী। রোহিণীস্থ পানা চাহনা অঙাং কবোক পিজবহু য়েংলম্মী। যুবতীনা খন্‌বা খাখল অমা লৈরম্মী। মুপীমচা মথোনকাররবীশিংনা থুংশি থুংওনগী বা হাইবদা তরাই তরাইনা অহল-লমলগী য়াথং ঙাইবসি য়াম্না তাংবনি। থুংশিবগী বা হেক পন্‌বদা লৈশাবী খুদিংমক্তা হয়াওবনা মথোল তনিক তনিক্লত্রনা 'অওই-বরনে' হাইত্রনা হংনরিবনি। রোহিণীনা গোপালগী বা ঙাইবসে অতৈ মরমগী নত্তে, ময়াম্না চিংনরিবা, গোপালগা রোহিণীগবু পুল্লি হাইরিবা থুংশি-বত্রগী দমক্কি হাইনা যুবতীনা খল্লম্মী। মরমত্রনা যুবতীনা হাইরকই—

"ইবেম্মা রোহিণী, লোথুপ-লোকোই তৌত্রনা কাম্নদে। ঐনা ঙসাইমথে হংলিবসি মরম অমা চিংনত্রনা হংলম্বনি।'

"করিনিনা ইনম্মা?"

"ঐদি চুম্না খংনিংত্রনা হংবনি, মীঙোলগা বারি শাদোকপা য়াদেকো। নংবু গোপালনা লোগদোর হাইনা মী পুম্নমক্তা শরা শল্লে; অসিবু চুমত্রা।"

বাসি হেক ভাবদা বজ্রনা থাত্রনা চাকথেকপদি ঙমত্রগা পংথত্রনা লৈবা তনৌরবা লৈরাংগুম রোহিণীত ইপং-পংথরম্মী। মাত্র-উবদা যুবতীদি মানা চিংনরিবত্র চুমগদৌরিবা মাল্লে হাইনা খল্লম্মী। রোহিণীনা পংথখিবত্রগী মরমদি মহাক্না লোম্না তৌরম্বা থবক ফোংদোক্লরে হাইবগীদমক্কি হাইত্রনা যুবতীনা খল্লম্মী। মত্রদি নংলমদে। মংদা ফাওবা উত্রবা মচিন্দা নোংমতা পন্‌বদি লাইরত্রনা মপুক্কিংদা ফাওবা গোপালগী থুপী ওইগে হাইনা খল্লবা চম্রমদবী রোহিণীনি। মচন অননা মথুংবু থুংশিখা মচা অমনা অপাবু লুনা

তৌজবা নিংজবা অতুওয়া রোহিণীনা গোপালবু চুংশিনম্মী নিংজনম্মী। অদুদা যুবতীদি মাগী থাখল শেন্নান্নবদুনা পুখিদুনা মা ঙাংবা ঙমদ্রবী রোহিণীদা মাহাক্কী পাওখুম ঙাইদবমথৈ বদং বদং হাইজিনম্মী—

'ইবেমহল্লনা করিম্তু থোক্কদ্রবস্তু নহাকপু মচাগুম মচনগুম লুনা তৌই, অদুগা নংনা মাগী মকাদা য়েৎপদি হোনদ্রা ইবেম্মা? মীগী তৌবিমল থংদবা মান-গনি হাইবা ইনম্মনা হাইবদি। গোপাল মহাক্না লক্কা হাইদুনস্তু নংনা থাংব হৌনৈদনা। মাগা চপ মান্নবদি চুমদে। নহাকস্তু নহানি হাইবদনি। অব অনা য়ান্না নংলকতুনা ফনা শিংবা য়ারবনি। গ্রথোই লুপী হাইবসিদি চহি তন্নামঙাবু গুরবদি কূন কুনথ্রাগী বুদ্ধি লৌশিং হান্নবনি।”

মচু তাবদা রোহিণীদু ইকাইবনা মমাই উং উং লাওরম্মী। অওইবনা ওইরবস্তু ওইদবনা ওইরবস্তু থাতা অসিগুম্বা তাবদি মাগুম্বা ইকাইথিবী রোহিণীদি থম্মদুনা মমাই থারবা নিপা ফাওবা ইকাইগদবনি। ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরুরগা যুবতীনা অমুক হাইরম্মী—

"হায়দুনে ইবেম্মা, অচুম্বরা? অচুম্বা ওইরগা থাদোকদোরিবরা?"

রোহিণীদু মমাই ঙাংবদা নত্তনা মমিত্তগী পি চত্তম চত্তম তারক্লে অদুগা হাইরম্মী—

"ইনম্মা, অমতা চুমদে। তাদনস্তু অতুগুম্বা মা অমতা ওসি-ফাওবা তাহন্ত্রি, ঐনস্তু মাঙোন্দা হাইত্রি॥ হাইবদি থমগুদুনা থন্নবফাওবা থন্ত্রি।"

"মীনদি লোইরবদা! নংনা চেন্দুনা হিংবা পোৎলা। থৌনা হেত্ত ফদোকউ।"

অসি নোক নোকতুনা যুবতীনা হাইরম্মী। রোহিণীনা অমুক হংলম্মী—

"ইনম্মা থাসিদি কনাদগী তাক্করিবনো?"

"নং থৎনরুগে হাইবরা?"

"থৎনরোই অস্তুম থংমিংবদনি।"

"নথোইগী ননম্মা ইবেমহল্লনস্তু হাই, মী অতৈনস্তু হাই।"

"ইনম্‌মনা কয়রা—"

ননম্‌মনা য়াম্না শাওয়মথ্রবা পোংনি। মহাক্তি প্রমাণ কংলবনি। মঙোন্দদি ঐনা অসুম্না হাই হাইড়না লাইদোকলুয়। নংগী বুদ্ধি লৌশিং ওইনবা ইনম্‌মনা থম্না ঙাংবদনি। নংবুস্ত কনা লৈত্রবীনি হাইড়না ঙংশি; অড়না অড়গুম্বা কত্তবা থবকতু ইনম্‌মনা তৌহন্নিংদবনা হাইবনি।"

রোহিণীদু বাখল অকুম্বা অমনা নন্দুনা লৈরম্লে। মশাদু মথক্তা পুজবা ঙময়ড়না নিংথিনা ফমজবা ওন্নমদ্রে; য়ারবদি মানা ফল্লিবা কক অড়দা অড়ম ভাইশিন্নখিড়না শ্রু শ্রু তুমড়না মাংথ্রবদি হুংঙাইগনি হাইনা নিংলম্মী। অড়দগী দুবতীদা কপ্ন কপ্নড়না হাইরম্মী—

"ইনম্মা, ঐখোইগী ইনম্মনা য়াম্না কম্না মহাইরম্লবরা?"

"হাইরম্মীনেদো।"

"ঙসিদি ইনম্মদা হাইরিবসিনি, ঐহাক অসি মড়গুম্বা তৌবা মী মাল্লিনি। অড়বু তৌবদি তৌদ্রি। ঐখোইগী ইনম্মদা কনানা করি হাইরগে হাইবগে?"

"কনানা ওইগনি; গোপাললনা হাইবনিদনা!"

'করিগী? ঐঙোন্দদি মাড়গুম্বা বা অমতসু হাইদ্রগা…… "

"ভাও, রোহিণী, ইনম্মা বা হাইগে। নথোই নহাদি থংবা পোং নত্তে। সংসার অসি পাক চাওথ্রবনি। মসিদা তৌনরিবা মওং-মতৌ পুম্নমকসি খোই অমমমগী পুন্সি লিশিংনা থংবা ঙম্নরোইদবা ভাকুনি। নঙোন্দদি গোপাললনা হাইরমদবা য়াই, মড় ঐসু থাজে। নথোইগী ভাদগী য়াম্না চেক-শিনবা মী অমনি। হান্নবা ননম্মগী মপুক্কিং ওলহন্নগা নংবুদি থাহে অমনা লাইবনিনা ইরাই লাইনা থন্‌বনি। ঐনা ইরাই লাইনা থন্‌বনি হাইবসিদা নংনা ভাব কত্তবা থনগদু। নংবু মড়না করিস্ত লৈত্রবী অচম্বী হুপীনি হাইবা তে; নংনা গোপালবু লুনা নিংবা অড়গা নবুং ওইনবু ওইরবস্ত অমবু ওইনা ওইরবস্ত য়াম্না হুংশিবড়না মহাক্না নঙোন্দা বা অমতং হাইবদা নংনা

তৌরিমল থংবী অমনিনা মত শোইদনা ঙাকনি হাইবনি। মরম ময়ামসিনা ননম্বদদি হাইরমগনি, এঙোন্দা হৌজিক কাওবা হাইদ্রবস্থু। হৌজিক করিগুম্বা হাইরক্লবদি নংনা গোপালগী মমাই ঙাকদবা নত্রগা ননম্বগী মুংঙাইবা থুগাইরোইদ্রা ?”

“ইনম্মা, করম্না মতবু ভাদনা ঐঙোন্দা হাইরক্কনি ? হাইরবস্থু ঐনা মতবু করম্না য়াকম থোকই। মহাক্তি ঐগী নুংশিরবা ইবুংনি, মহাক্না লম্বেল অয়ান্‌বদা চংকে হাইদুনা করিগুম্বা মতমদা কাওতনা তৌরক্লবস্থু ঐনা মচন অশেংবী ওইরবদি করম্না লম্বেল অয়ান্‌বদা চৎহনগনি।”

মসি হাইনা হাইনা রোহিণীদু কপ্লম্মী, যুবতীনা থেমজত্রহনা হাইরম্মী—

“কপকনু রোহিণী, নংগী নপুকচেল অতুদা লেপ্পু। লাইনা নথোইগী ইমুংগী মুংঙাইতবত্ত শোইদনা কোকহনগনি।

অতুদগী রোহিণীদু মোহনবু পম্লগনা মযুমলোমদা হল্লক্লম্মী।

---

৩

অসুম নৈরক্কা অঙাং অতু পম্লদুনা রোহিণীনা অরূপ্বা বাথল অমদা তাও-দুনা লাক্লম্মী। অঙাংদুনা মচেনা মমাই মকশিল্লিবতু করিগীনো হাইবস্থু থংদা অতুগা করিগীনো হাইনা হংবস্থু ঙমদা ত্রমিন্নদি লৈরগা মচেমগী মমাইরোমদা শুকথনা য়েং-য়েংদুনা লৈরম্মী। মতু পুম্নমক রোহিণীদি উবমদে। লম্বেলদা চৎলিবত্র মথোং থাংব্রা থাংদ্রা হাইবা ফাওবা থংলমদে, অতম মহোশা তৌখিবা পোৎনা পুক্লিং চংদ্রবস্থু অতুম তৌবা য়াবগুম্না মথোংদুস্থু থাংজবদনি ; অতুগা মোহনবুনা উকক অমনা কম্না ফাজন্দুনা থম্লগা লেংদবগুম্না অত্রম মখুৎতুনা পাইরখদনি। মশম মনা ফারম্বতু ভাশন থোৎচনগনি হাইবা লৈরমদে, মহাক্না ঙসাই থোরকপতুগী শক্তা থেঙ্গে হাইবসি মহাক থংলমদ্রে।

মাগী হন্দকী বাখলসি য়াম্না শুমগ্রে। মীনা তারক্লি মহাক্কী মাসি তৌবিমল থংদবা অহুগা হৌন থংদবা অমা ওইনা লৌক্লনি, বদনাম অমিনমী কাবি কয়ম হাইনা কোক্লবা তৌসিগে অসিনি। মণিপুরদা মাগীনি হাইবা মী অতোপ্পা অমা লৈরে, গোপালনা মদু ইবেমহলনা য়ম্না ওইহনা লৈরে। অহুগা হৌজিক্তি মহাক্কা মখোইনিগী ইংনা মুংঙাইনা পাঙবা সংসার কাইনবগী মরম অথোইবা অমা ওইরে। মখোইগীদমক মখোইবু ছন্দোককুনা চৎসি কদাই চৎকনি, ছন্দোকত্রে মখোইগী অকাইবা ওইদোরে, কয়ম হাইনা গোপাল-গা ইবেমহলগদা বা অসি চয়থোকতুনা পুকচেল খোইজেল ভিরনা লৈবা ঙমগনি, মহাক্কা হাইরগা ইবেমহলনা থাজবিগদবা, গোপালনা মহাক্পু মুপী ওইনা লৌগে নিংলি হাইরিবা বাখলসি থাদোকদরা—অসিনচিংবা বাখলদা তাওহনা চৎলিঙৈদা য়াম্না মুংঙাহনা তুমলুরগা মং অকীবা অমা কয়া মংলিঙৈদা য়াম্না মেংথ্রবা মুংশিরবা খোল অমনা মীকপ থোরকপঙম গোপালখোইগী মমাং হেক থংবদা লৈবা চহি য়াংথৈ রোম শুরবা বৈষ্ণব অমনা লালসা শক্লকপহনা রোহিণীগী বাখলহু থাদোক্লম্মী, ইশৈ অহুদা মপুক্লিং থিংজিন্দুনা অমুক তাহনা ভময় ওইহনা লৈরম্মী। মহাক্কা তারবা মতাংদি অসিনি—

"অনিত্য এ দেহ ধরি আপন আপন করি
পাছে পাছে শমনের ভয়।"

ইশৈ অসে বাংলা লোন ওইরবসু অহুগা রোহিণীনা লাললানচিংবা ভক্তিগী ময়মদা কয়মতা চংউত্রিবী লৈশাবী মচা অমা ওইরবসু আসামদা মীয়োল তাহনা লৈরক্লবানিনা অর্থ থংলম্মী। ময়মহনা তাইবংপাল অদি অয়েখনি হাইনা খল্লহনা বৈষ্ণবতুগী মুংশিরবা থুরবা খোল অহলা শক্লকপা ইশৈ অসি তাহনা কোহোং য়োরবা মকুদা ময়ুম চংগে হাইবদি লৈজহনা চল লেপ্পুনা তারম্মী। বৈষ্ণবসিনা মুতিগী লালসা শক্লকপদা রোহিণীগী মমাংকোং য়োবিবনি, অহুবু মহুগী মুমিত্তি ইশৈহ মাগীদমক শকলিবা ওইনা লোক্লমী। যোহন্না অহুম তুমিম্না লৈহনা মচেম্না তৌবিবহ য়েংলম্মী কয়মতা হাইরমদে।

মখোইনিনা অদুম্না ইশৈ ভাদুনা লৈরিঙৈদা ইবেমহনবা মাঙোন খোয়কপদা উয়দুনা ইঙক ঙক্না য়েংলম্মী। মহাক্না ঙকপগী ময়মদি মচিন মৌপ্পা অনিদা নত্তনা মী অতে অমত্তা লৈরমদে, রোহিণীনা উচুক অমা য়ুংবগুম মশম্মনা ইকা কানা থাদোকতুনা শুকথবা মাইখোংদা লৈরম্বদুননি। ইবেমহনসু ঙাইহাক ঙকলুরগা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হংলকই—

"করিনো, নখোইনা তৌরিবছুবো, করি য়েংলি।"

ইবেমহনগী মখোলদু ভাবদা মমাই খোক লৈথোক্লকতুনা রোহিণীদু প্রেং প্রেং কোম্থোং লানশল্লম্মী অদুগা হাইরম্মী—

"করিসু তৌদে, অসিদা বৈষ্ণবসিনা ইশৈ শক্লিবসি তারম্বনি।"

"নশম ননা ইকা কাবগুনা বৈষ্ণবকী ইশৈ তাক্লিরিবদি লম্বোইরগেরা নহা ওইনা?"

রোহিণীনা করিসু হাইরমদে, অদুম প্রেং প্রেং চংদুনা মোহনবু মাঙোন্দা ফক অমদা থনম্লগা ইমুং চংদুনা মিংশেল য়েংলম্মী। মিংশেল য়েংবদা মাগী ফীভমদু উয়গুনা মশম্মনা হাংতোক্লে অদুগা মমিংকা মচিনগদা নোকপা ওৱাইরম্মী। ফীভম হঙ্গল্লবদা মপান খোয়কতুনা মোহনগী মনাক্তা ফম্লম্মী। ইবেমহনবা মাঙোলদু বাই শিংল শিংলদুনা হংলম্মী—

"করিগীনো রোহিণী নংনা ঙসি নমাই হমক-মকশিন্না লাকপবু কনানা করি হাইরক্লে?"

"কনাসু করিমতা হাইদে। আঃ বৈষ্ণবকী ইশৈ তাবদা অসুম থঙ্গল্লরগা কপনিংঙকপনিমা, অদুদা মাইশি মকশিন্‌বা ওইরিনি।"

"করি ইশৈনোনে, নংবু অর্থ খংব্রা? ঐখোইদি মখোইগী মীরোল অসিদদি করিমতা ভাব তাদবনা কপ্প চংবদি লাইরদুনা মহাক্না ইশৈ শক্লকপগা নোং খোংলে বজ্র ভায়কনি হাইবা মতাগুম নাকোং মেনশিন্দুনা লৈরিবনি। নং অঙাং অদুক য়াম্না ওইনা ওইনা· ·· ·· "

"খয়া খয়া খংই ইনম্‌মা।"

"অর্থদু অমুক্তা হাইযু তাসিদনা। নংনা অতক য়াম্না নথবাই শোকপা ইশৈদি করি ওইরিগবা ইনম্‌মসু তানিংই।"

"অসিনিদা ইনম্‌মা। ঐখোই মীওইবশিংনা মাংগদবা তুং-কোই-য়োইদবা হকচাং অসি পুরদুনা ঐগী ঐগী হাইহুনা লৈয়ে অতগা শিগনি হাইহুনসু অমুক কিরি।"

ইশৈগী অর্থসি তারগা ইবেমহনদু বৈষ্ণবী ওইগত্রা হায়না হাইববু চিংনবা অমহুম পোক্লম্‌মী। অদুনা হংলম্‌মী—

"ঐখোইগী অসিদা লৈবসি নথবাই হুংভাইত্রবরা ননিং থুংত্রবরা করিনো, নংনা ইশৈদু তারগা নপুক্লিং হুংভাইতবা উংলিবদি?"

"করিদৌনা হুংভাইতনি? ইনম্মখোইনা ঐখোইবু লুনা থম্বিরিবা অসিদি ইপা ইমামক কাওবা অসুম্না তৌরক্তে। অদুদা ঐখোই মীওইবা হাইবসিনা তৌরিবসি হাইনা খল্লুবদনি।"

"ঐনা হাইবদি ঐনা নখোইবু য়োকপসিদা অকাইবা করি লৈরবগে হাইবনি।"

"করিসু লৈতে ইনম্মা।"

অদুদগী ইবেমহনদু হয়রকতুনা অমুক হাইরম্মী—

"চুম্মি, ঐখোই মীওইবা হাইবসে ইশা ইশাগীদা খল্লি। নোংমা শিরগা ইহে হাইভুনা তোক্কদবনি। অদুবু ইবেম্মা, হিংলিভৈদা ঐখোইনা অদুম্না খন্‌বা ওল্লবদি ফগদবনি। উনা উনা হু-চাবা হাইবদু ঐখোইগী পুন্সি অসিনি। কনামনা মীগী মবা মপুয়োইববু মহাক্কী ওইগে লাক্লে কনামনা ওইহল্লোইদোবগী হোংনৈ। অদুবু মখোই অমতনা নিপাদু মখোই কনামতগী ওইয়োই হাইবসে খংদে। অসিনি মীওইবনা পংথরিবা।"

ইঙ্গিত অসি য়োহিণীনা খংলম্‌মী। অদুবু পাক হাইদোকপদি ওয়রদে। মহাক্কী হাইদোক্লবা মতম লাকখিগনি হাইনা লৈরম্‌মী। অদুনা অসুম্না হাইরকই—

"ইনক্না, থংদেনে ঐন্দি অস্থম অস্থম খল্লুরগা ইশৈ অসিনা হাইরিবা বাসি চুৰা মায়ে হাইনা য়াম্না লৌনিংলে। অত্তবু তাইবংপাল অসি থাদোকতুনা লমোইথবগে হাইবসু অত্তাংমচাসিগী খল্লবদা ওমদরে। ওংম্বোক্না য়াথরেদা!"

মহাক্না বাসি তাবদা ইবেমহলদো মপুক্লিংদা শাওনিংলম্মী অমুসা রোহিণীবু তাংহৈবী লৌনমচাওবী রূপমচা অমনি হাইনা খল্লম্মী। অদুনা হাইরকই—

"ইবেম্মা, করিগী অদুক য়াম্না নহা ওইনা নংনা লম্বোইক্লগদগে? অদুগা মোহনগীদি নং লৈজবস্থ নং লৈত্রগা হেন্নবা ঐখোইনা লুনা তৌগনি। মাবুদি মী ওইনবা য়োক্তনি। অদুদা নংবু লম্বোইয়ু হাইবদি ঐখোইনা করম্না হাইগনি? খল্লসু মদুগী বাখল অদো।"

মহাক্না বাসি অর্থ লৈদি হাইববু রোহিণীবু অর্থত্র থংসন্থ হাইনদি খল্লমদে। তৌইগুখসুং রোহিণীনদি অর্থত্র থংদবা ওন্নমদে, অদুগা থংলবসু থংই হাইনা তাকপগী শক্তিশ্র রোহিণীগী লৈজরমদে। ইবেমহলনা য়াইশিং-পা লোইরদুনা ইমুংদা ওমজিং থমগে চংথরে। তাইহাক লৈরগা চাইশেল অমা পাইরদুনা মাঙোন্দু য়াইশিংপগী ইশিং চাইখোক্লম্মী। মহাক্না অদুম্না তৌরিবৈদা গোপালসু অফিসতগী থুংলরে। অদুদগী রোহিণীনা গোপালগী নাক্তা চংথরে অদুগা মোহন-বুনা ইবেমহলনা চারা বাম্নুসি হাইদুনা পুশনথরে।

---

৪

গোপালনা রোহিণীদা শাওজেল-চে পারদুনা য়াম্না শানরম্মী; ইবেমহলনা অদোম্না মীচিনা কাওবা য়েংলমদে। রোহিণীনু বাখলনা লুনহ গোপালবুদি থংহলোই হাইবা শারদুনা তৌশরবী অমা ওইরম্মী। নিমিনী

অদুগুম্না নোক-আরুবা লৈরম্মী, মথথাইদা অরাবগী চাক্কা হৌরম্লু থাই-থোংদা কপ্লিগুবা থুদম অমগুং উৎতুনা গোপালগী চুংঙাইবা থগাইরমদে।

রোহিণীগী কনাগুম্বা লীলা শামরিবা কাংবু অমনা কংজরবদি মহাক রাওবা লীলা পন্নমক ভাবোকপু সুমহৎকদবনি। অদুক রায়া কন্না থারবী, কন্নি হাইনি মাগুম্বী লৈশাবী অমনা কংবা রাবদগী কেনোক্লা ইকাইবা কংলবী অদুনা কক্লিমতা ইতৌ তৌদবা শাবদুনা লৈরবদি হৈশিংলবা গোপাল অদুনা মরাক্তী হৈশিংলবী থুগীনা কাওবা রোহিণীগী পৃক্রিংগী থাদো মচেং অমতা থরো ওরমদে।

মরম অসিনা গোপালন্থু মহোশাগুম লাইরিক লাইও তৌমিন্নদুনা লৈরম্মী। অদুগী মথক্তা ইবেমহনবা মোহনবু লুনা তৌবদু হায়দোনা অদুম তৌরম্মী। ইমুং অদুদা মচুং মওংদা মৈ হৌবা রাবা থাবল পোক্লবন্থু মপান-থোংদা মপক উবা ফংলমদে।

মথোই অনি অদুম্না লাইরিক তৌরিঙৈদা মোহনদু চান্না থান্না লোইম্ন-দুনা ইবেমহননা মথোইনিগী মনাক্তা থনম্মী। গোপালনা অঙাংদুবু লৌরগা হংলম্মী—

"মোহন সাহেব, নং লাইরিক তমগদবা ?"

মোহম্না মরোল থোকপগুম থোক্তবগুম তমগনি হাইনা থুম্লম্মী। মতুদা মচে রোহিণীনা মথথাই চুংঙাইরদুনা নোক্লম্মী ; গোপালনা 'তমনিয়ে' হাইরগা কাক কাক নোক্লম্মী। অদুদগী অমুক হংলম্মী—

"কন্না রায়া অগনি।"

অঙাংদুনা মথুং অনি থাজংলদুনা থুম্লম্মী—

"মুক রায়া তমনি।"

অসি হাইরগা মথোই অহম হন্নাওনা নোক্লম্মী। গোপালনা মোহনগী থজাইদা থুদোন্থৌনা কাপ্লগা "রায়া তমগদরা, রায়া অগদরা" হাইনা হংলম্মী।

অদুদগী গোপালনা রোহিণীরোমদ' ওনশললগা হাইরম্মী--

"রোহিণী অঙাংসি লাইরিক য়ান্না তমহন্দবা য়াদে।"

"তমহন্নিংই তাদা।" অসি হাইরগা রোহিণীনা বাখলগী মং অমা মংলম্মা। অদুদি অসিনি :—

মোহন্না লাইরিক য়ান্না হৈরদুনা পাখং কাবরা কান্দা মাগী মুপীনা সেবা তৌবা, মহাক্না সরকারগী নম্ববম্ কবিগুলা থবক অমা তৌরবম্ মী পুন্নমক্না মুংশিনা ব্যবহার তৌবা, মহাক্না মচেগীনি হাইদুনা ফীরোন শেৎন-চানবা কৈথেলদগী ৈ ঃরকদুনা থোন্‌বা, চাওথোককম ওইরবা মোপ্‌া অমা লৈয়ে হায়রদুনা রোহিণীনা মোপ্‌াবু কজরবা ফীজেৎনা লৈজেৎদুনা কোম্বোং থোকখিবদা মাঙোন্দা লেপদুনা য়েংবা অসিনচিংবা মুংঙাই মুংঙাইরবা বাখলনি। মসিদা মথবাই অদু লুপদুনা' লৈরম্মী, মোহনগা গোপালগা মনাক্তা লৈ হাবরা কাওরম্মী।

গোপালনা অদু উরদুনা—রোহিণী রোহিণী, করি থল্লিবনো? ঐদি মোহন্না লাইরিক তম্বগী বা হাইবদা মুংঙাইরে, অদুগা নংদি করি চিন্তা তৌরি! হাইনা হংলম্মী। রোহিণীনা খুম্মী—

"তাদা, ঐনু মুংঙাইবগী বাখল থল্লিবনি। অদুদা তাদা ঐথোইনা হৈহন্নিংবগা মানা হৈরক্কববদি হাইনম্ অদুক থল্লক্কবা ওমদে।"

"হৌনবনি, অক কত্ত অনিমক থন্‌বদি মীওইবা ঐথোইগী হৌনসানি। বা অমা হংগে, নং অদুক হাইয়ু।"

"কহিনিনা তাদা"

"ঐদি মোহনসি হয়েং চাওরগা সরকারগী নোকরী তৌহন্নিংদে; অয়োন-ইভিক তৌদুনা লৈহন্নীংই। অদুবু নং অদুক পাইযু নংনা করি পাখা।"

"তাদা? ঐনা করি খংগনি, তাদনা অসুম কৈ হাইবদুদা তৌহল্লি। ঐগী হাইববু মানা মী ওইদুনা ঐথোই ময়ামবু অহল ওইরক্কবদা য়েংবা ওবা অদুদনি।"

অদুদগী গোপাল অদু কোইথোকনি হাইদুনা চংখবে।

# ইকাইবা

## ১

ঘিংচৎ অথিবনা লৈপাক ফাওবদি অকবা ফত্তবা মী পুম্নমক্না পাখা নত্তে। হুয়ানবু হুয়ানবা হাইরগা শাওনারবা সংসারনি। অদুবু হুয়ানবশিংদুনা ফত্তবা থবক অসিদসু তোক্লগে হাইনা নিংত্রবসু মীপী মচিন্দা মখোইপী ফত্তবা থবক অদুগী মরমদা বা ভাংনবদি তোকহনগে হাইনা নিংবা ওাক্তনি। তোইশুবসুং রোহিণীদি থাঙ্গশেংবা বদনাম তোবা য়াবা মী নত্তবদা নত্তনা মীনা থীনা ভাংনবদা থাংবা ওয়া প্লীসু নংলমদে।! মহাক্না থাংগে হাইদুনা কয়া তোত্তনসু কয়া কুইগনি ?

যুবতীখোইপীদা চৎলুবা থা মত্তায়োম লৈরগা মহাক্না থাংবা ওয়্রকত্রদুনা মথক-মথা খোক খোক হাইরম্লে। অদুবু ইকাইবদি মচেৎ অমফাওবা মাবু থাদোকউ হাইবা য়ায়কত্রে। অমুক মোহনপী থন্দুনা ইকাইবা থাংসিবা তোথসু ইবেমহলপী মুংঙাইবা কাইরগনি হাইবা থাথলনা তোগদবা অমা লেপ্তবা য়ারমদরে। মোহনবুনা মোহনপী খোকপা হাইদুনা থনবা ওয়্রমত্রে।

থাশিং অমুক য়ায়া থাংলক্লবদা ইকাইবনদি অসুম থাক্তৈ থাইদুনা খোয়ক্লবদা থবক অমা তোগে নিংলক্রে।

মোহন য়াওরমত্রবদি রোহিণীত য়ায়া থাই শংকরমগদোবনি। অদুদি খোকত্রবনা মোপ্‌। পিশক মথক্না অমতা পোকএবা মথাদসু অমতা তাত্রবা অদুপী দমক গোপালগা বা ইরেঞ্জনা হাইনয়গা মখোই চিন্তা য়াওদনা লৈবা য়াবা খোয়াং থল্লক্রে।

অদুদা অমুকসু চিংনবা পোক্লপ্পী গোপালনা শেংনা তাকপিত্রবদি কয়ম তোগনি হাইনা। অদুবু মোহনপীদমক চাং অদানবসি য়েংলগা গোপালনা শেংনা তাকপিত্রবা কালদা খোক্লবা অমা লাকনি হাইনা থল্লপী।

ময়মসিনা নোংমা গোপালনা অফিসতগী কুমকতুনা মামা তাস খাম্লি

হাইদুনা তৌরিঙৈদা রোহিণীনা মমাই মক-মকশিল্লা গোপালগী য়াথং ইন্দুনা চংশিন্নরম্মী। গোপালনা মহাক্কী শুকথরবা মাইথোং অদু উবদা ঙক্লদুনা হংলম্মী—

"রোহিণী করিদোরে ঙসিদি নথবাই মুংঙাইতনা উববো ?"

"করিসু তৌদে, তাদা।"

অমুয়া পাক হাইদোকপা ঙমদদুনা মপুক্রিংগী বাহ মপুক মনুংদা হুমদুনা লৈরিঙৈদা গোপালনা অমুকন্সু হংলম্মী—

"করিসু তৌদে হাইববু। ইতৌ তৌদনা নমাই মকশিন্দুনা লৈবা য়াবর, ? মনম্মলা থংনরবরা ?"

"থংনদে, তাদা ইনম্মনা ঐঙোন্দা করিমত্তা হাইদে।"

গোপালনা থংনিংবনা হংবা তোক্লমদে—"হাইয়ু রোহিণী। ইবুংনা নথোই নচিন নৌপ়। অনিবু থম্বদা মতম পুম্নমক্তা নথবাই মুংঙাইনা থম্বিংবহ ঙসিদি কাইরে। ঐহাক মরম থংদবা য়াদে। ঐথোইনা নথোইবু মুংশিবগুম নথোইনা ঐথোইবুসু মুংশিন্নবদি নপুক্রিংগী বা করিমত্তা থুপ্নোইদবনি।"

রোহিণীদো হাইনিংবনা লোইরবসু ইকাইবদগী বা হাইদোকপা ঙমদ দুনা লৈরম্নবদগী গোপালনা তকশিন্নবদুদা থোনা কররে। মমিত্তা পি শিহ্নদুনা গোপালোমদা করদি য়েংত্রগা মমাই পুকলপ তৌরদুনা হাইরম্মী—

"তাদা, ঐগী অথা মুংঙাই পুম্নমক্কী বা তাদদা করিমত্তা থারকরি। অদুদা হন্দৌসি তাদথোইগী বা ওইবসিদা ইরৈ অসি থৎপা ঙমগ্রে।"

মহ তাবদা গোপালনা অমুক হেন্না তানিংবা অমা য়াওনা হাইরম্মী—

"রোহিণী, করিগী চিংনরি, ঐথোইগী থাহ্নমক্লি ঐনা তানিংলিবা। মংগীদমক নংগী অবাবা কোক্লবগীদমক ঐগী থবাই অসি থাদোক্লিবনি। হাইয়ু, করিমত্তা হজোইসহ।"

মপি তৈথোক-তৈথোক্লা রোহিণীনা হাইরম্মী—

"অদুদি হাইরগেদো তাদা।"

"হাইরুনে ইবেম্মা।"

অদুদগী রোহিণীনা যুবতীদগী তারকপা যাম্রিশিংদু গোপালদা লিরগা হাইরম্মী—

"তাদা, অসিবু চুখরা।"

গোপালনা নোক্র নোক্রদুনা হাইরম্মী

"বিষ্ণু, বিষ্ণু, করি হায়নো, ইবেম্মা? ঐদি নংবু ইচনগী মাথলদগী অতোপ্পা অমা ওইনা খন্দে। ঐগী নমম্মসি পুন্সিসিগী গুংশিরবী ওইবদি কনামত্তনা মহুৎশিন্বা য়ারোই হাইবসে ঐত্তনা খংই, মসি নমম্মা ফাওবা থাজদে, মী অতোনদি কররম্বা থাজগনি? মীনা ডাংবদি ঐস্তু তাই, থওইনা তাবিদে। নংস্তু অদুম্বা তারুদু।"

অদু তাররবদা রোহিণীনা গোপালগী মথোংদা কোংচল্লত্তনা থুরম্লম্মী অত্তগা গোপালনা মকোক্তা নাল্ল-নাল্লদুনা থা তারম্মী। রোহিণীনা হাইরবদি অসিনি—

"তাদা, খোং পাইত্তনা হাইজরিবসিনি, করিগুম্বা তাদনা মতুংদা যাথল অসি তৌবিরক্লোই হাইনা নিংঙৈ। ঐনা খঙরবদু লাল্লমদ্রে। তাদা, ঐবু যারোগনু মীগী মচিন্দগী পংতা তারকপত্তনা যা শেংদোকচগে হাইদুনা তৌবনি।"

"করিমত্তা থম্মুগ, নমম্মনা যাথল কত্তবদু থম্লরবস্তু ঐখোই অনি চংদুনা চুমথোকনি।"

অসি হাইরগা গোপালনা মুম্না য়েংত্তনা লৈরম্মী। রোহিণীনা হিক-হিক কপ্লদুনা অতুম তুদুনা লৈরম্মা। ইবেহললনা মোহন চাক পিজরবদু লোইরত্তনা থোরকপদা মখোইনিনা ভোরিবা কিভমদু উরে। হায়না চিংনদুনা লৈরম্মী ইবেমহলনা রোহিণীগী মকোক নাল্লদুনা লৈরিবা মপুরোইববু অমুক হেন্না চিংনরম্মী। অদুদগী নহালমচৈ মপুক মথুংদা উংনা কুপতুনা থবওম থনম্লিবা অশাঙবগী মৈজাওদু ফুং হৌরকতুনা ভাইহাক গুক্না মেংলগা প্রং প্রং হোচলু-

না রোহিণীবু মশা লাকতুনা চিংথোক্লগা খুদোন্‌বীনে করিনে উৎতুনা হাইরম্মী—

"ঐনা নহাক্লমখে চিংনরম্বহ্ন শোইদে। হিংচাবী, তৌ-ঙখী, ইকাই-নাইদবী। করি ঙমহনা তৌজ্র শাব্রিবা। মীপী মবা মপুরোইববু চংম্নন মুন্নি হাইহনা তৌরম্লী।"

গোপালনা মথুৎ হৎতুনা খাম্লম্মী অহুগা হাইরকই—

"ইবেমহল, তৌগনু অহ্নম্না। মরাল্ লৈতবী মুপীমচানি। তপথখো, ইরেঙনা বা ঙাংনসি।"

মহু ভাবদা অমুক হেন্না লাউখৎতুনা গোপালদা ইবেমহলনা খুম্লম্মী—

"করি হাইরে, মরাল লৈতবীনে হাইরে। অহুদি নংনা হাইরগা কদাইদগী রাগনি। হুংশি-হুংওনগী বা হাইবসি নিপানা হৌবা হৌনবনি, মুপীনা খক হৌদেনে। ঐম্ন খংই রোহিণীনা হায়না কৌবা নত্তেনে। অহুবু মহাক্না রাবগীদমক্রি মাগী মরালদি। সিঃ ই, নিপা অমগী মতম্বাক্তা মুপী অমনা মোন খাংহনা লৈরম্লগা অহুম রেংহনা ইপং পংনা লৈয়্ন হাইবা শারিবো! কনানা থাজবিগদগেনে, অম্ভবা কনানবু নখোইনি হুংশিনদে হাইবা থাজবিগদগে হাইবা?"

"নং পাখৎমল্লেনে, ইবেমহল। ঐখোইগী বা তাখোনে।"

"তারোই তারোই, নখোইনা ওইদবা পরেং লিরগা ঐনা অম্নম হোই হোই হাইহনা তাগদৌবোইরে। ওইখোক্তবনি। (রোহিণীরোমদা) তাউ হাই, লৈশাবী মাইথাবী, নং চৎকে হাইরগা চৎখরো, নত্রগা ঐ চৎখর-গদবনি। অনিগী মরক্তা অপাম্বা অমা হাইয়্ন।"

রোহিণীনা—ইনশ্বা, ঐ চৎল্লিগে। ইনম্মনা করিগী চৎলুনি।

গোপালনা অহু ভাবদা হাইরকই—

"মীপী কনাম্ন লৈরেঙত্রবী মুপীমচাসি কদাইদা তাথোকখুগে হাইবগে? (কল্পনা) নং চৎকে হাইরগা চৎচখো। মোহন্না চাউহনা মী ওইত্রিবা কাওবা

নত্রগা রোহিণীনা লুহোংত্রিবা কাওবা অহুম থমগনি। নংবুন্ন লৈয়ু হাইনা ফজনা হাইবিরিবা অসিনি। মাগ্রগা নপাম চংখিবদা ঐ কন্নিমতা হাইরোই। অতগা ইকাই-ইকি থাদোকতুনা হাইরিবনি, নহাক নপাম চংলগা য়ুম অময়ুক নাইবদি তোক্কনু, ঐ অসি নং নত্তনা কনামতগী মপুরোইবা ওইরোইদোবনি।"

"অহুম্না অঙাংদা কবোক পিজবগুম অথুম অথুবা বা হাইরগা ঐনা থাজবিগনি হাইয়ো। ওইথোক্কবনি। ঙসিদি হুমিং ফত্তে। ঐ কয়েং য়ুমথকৈথা হুমিত্তা ইপামদা চংকনি।"

অহুম্না হাইরম্লগা ইবেমহলহু মোংনবু পমহুনা ইমুংদা চংখরে। রোহিণীসু চংখরে, গোপালনা কোইথোকপা থোকখরে।

---

২

মখোইনা লাউনবহু লৈকাই নক্লবশিংনা তারমহুনা হুংঙাইরম্লে, অহুগা অমনা অমগী মনাকোংদা তুমিন তুমিন্না তোবদা নত্তনা কন্নিমতা বেম্না লৈতব-মথৈ ঙাংনরম্মী। গোপালদি মতুম ঙাংনরমগনি হাইবসি খংলমদে। অহুনা অহুম থৌশাদবা শারহুনা কাহ্নাইথোইদা কোইক্লগে হাইনা চংলম্মী।

কাহ্নাইগা যুবতীগদি মীগী মচিন্দগী মখোইগী থংন-লাউনবগী বাদো থংনবা লোইত্রিবৈঙনা তারমহুনা থামজনবা চংজুসিন্না হাইনা থমম্মী। মতম-হুদা গোপালনা শুক-শুকথনা চংলকতুনা কাহ্নাইগী মনাক্তা ফম্নম্মী। কাহ্নাইগা যুবতীগহু বা পাক হংবা ওল্লমদে। কাহ্নাইনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হাইরম্মী—

"কম্নিগীনো ইবুংঙো, মীনা ঙাংনরিবসি চুমব্রা?"

"কন্নিনিনা!"

"ইবেমহলনা রোহিণী নথোইনিবু ফাহুনা থংনরে হাইনা লৈকাই শন্না শনে। নখোইনা থংনবা লোইত্রিবৈঙনা।"

ঙাংগে ঙাংনজসনু। থৌনাইদবগী মথৌবু কনানা খাম্বা ঙমগবনো ?"

"অদুবু চুমত্রনে! নহাক্তি ঐনা ফাগি তৌবদা নংনা হাইখিবদাই, ইবেমহক্ত্রবু য়াম্না থুংশি, থুপী লোন্বা ঙম্লোই হাইনা।"

"হাইখি তাদা, হৌজিকসু হাইগনি, হয়েংসু হাইগনি। থুমিং খুদিংগী, খা খুদিংগী, চহি খুদিংগী ইবেমহক্ত ঐগীনি, ঐ ইবেমহক্তগীনি।"

"শাওনু শাওনু। ইয়াম্বদি নখোইবু থেমজনগে হাইবনি। অদুবু কয়িগীনো ইবেমহক্তবু তাম্বোকই হাইরিবদি।"

"ঐ তাম্বোক্কে। অদুগা মানা চৎকে হাইবদি থিংদে।"

কাহ্নাইনা চিংনরগনা অমুক হংলম্মী—

"মানা চৎকে হাইরগা হেক চৎহন্‌বা হৌনবরা ? খামজনু। তৌনগনু। নত্রবদি ঐখোই ফাওবা রোহিণীগী বাসি চিংনরক্কনি।"

"খাল্লম্মানে, তাদা। ঐদি খামগনদা লৈরিবনি। য়াদি য়াহৌজি। ঐসু খংত্রবনি করম তৌগদৌরিবনো।"

মখোই অনি অদুম্না ঙাংনরিঙৈদা যুবতীনা হিদাক হাক্লগনা পুখোক্লগা হাইরম্মী--

"ইবুংঙো, ঐবুদি বারোগনু। নখোইগী থুংঙাইনবা শিন্‌বরা হাইববু থুনা কাইনবা শিন্‌বরোইনা থোক্লে। কয়িথুংগী ঐনা রোহিণীদা বারি শাদোকলুবনো খংত্রে।"

যুবতীনা লাক্করে ঙাকপিয় হাইবগী কীভমদা অসুম্না হাইদোক্লকপগদা গোপালনা কয়িমতা ঙক্লমদে যুবতীগা ইবেমহক্তগনা তৌরিবনি হাইবসিদি মহাক্না হায়না রোহিণীদগী খংলবনিনা। অদুগা মখোইগী ফনবা অমসুং রোহিণীগী লৌশিং ওইনবা যুবতীনা বারি শাবনি হাইবসু গোপালনা খল্লম্মী। অদুনা যুবতীদা কয়িমতা শাউরমদে, শাউবগী মহুত্তা অসুম্না হাইরম্মী—

"হৈতৈমা, ঐ কয়িমতা বারোদে। ইতৈমনা ফননবা শিনবদা থোকখি-

বনি। অসিগুম্বসি হৌনবনি। থবক অমা তৌরগা তৃংদা কব্রি থোক্লদগে হাইবসিদি ঐখোই মীওইবগী খুত্তা লৈবা নত্তে, ভগবানগী ইচ্ছানি।”

“খংদেদা ইবুংঙো, মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। ঐবুদি বারোগমুকো! ঐহাকস্ত লাকতুনা ইবেমহলদা থেমজল্লগনি। রোহিণীনা মরাল লৈত্রবদি করিগী মহাক্না অতুক য়াম্না শাওরুগদগে। থেমজনবা য়াগনি। জ্ঞান ইরৈ `লতবা মুপী নত্তে ইবেমহলদো!”

অসি হাইরম্লগা যুবতীদো ইমুংদা থবক অমা অমা তৌবা চংখিরম্মী। গোপালনা হিদাক থক্না থক্না কাহাইদা হাইরম্মী—

“খংদেনে তাদা, ইবেমচল হাইবিসি লৌশিং লৈতনস্ত মুপীনিদো। রোহিণীবু ঐনা খরা লুনা তৌবা হেক উবদা বা তত্তনা থোকদৌরি। অদুনা থুনমক রোহিণীবু থাজখিনবা তৌবনা করমাল্লে। নিপা অকবা অমত্তা য়েংবিরকউ তাদখোইস্ত।”

“য়েংসি, ইবুংঙো! অকবা অমা হেক ফংবগা থ্রং থ্রং থাকখোকখিসি। মতুনা য়াম্না ফরে।”

“এহালনা থাজবা য়ারবা পোংনি। অতুদনে তাদা, যুগোৎ চাদবা থোকলুরবদি হাম্রতুনা ঐনা অসুম থাংতুনা লৈরবনি।”

“হোই, নচনমক্তি নওবনিনা জুগোং চাদবা মীদা পীরবস্ত মীনা নংবু খীনা মঙাংনগনি।”

‘মীনা ঙাংনবতুদি তম্নাইথোক ওইখরে মহাক্না বানা লৈরুগনি হাইবত থন্‌বদা তৌবনি।’

“চুম্বিনে নংনা খল্লিবতস্ত। মখোই মচিন-মৌপা অনিগী অবা-নুংঙাইদি নংগী নথক্তা লোইনা নল্লবনিন' মতু পুম্নমক খঙ্গবা য়াবা পোৎ নত্তে।”

অতুদগী ঙাইহাক লৈরগা মী অম-নি ল্যাকতুনা মখোইগী বা ঙাংনবতু তোক্লতুনা তাস শাম্নবা হৌরে।

---

## ৩

গোপালখোইনা তাস শান্নরিঙৈদা যুবতীনা ইবেমহল উম্নগে হাইত্রনা চৎখিরন্মী। মহাকপু উবদা রোহিণীনা পাখৎলম্মী, মরমদি মখোই অনি চংত্রনা চৈবিরগদরা হাইনা। অদুবু চেন্বদি য়াদবনা অদম থাংত্রনা লৈরম্মী। ইবেমহলদি যুবতীবু উবদা মখবাই সুংঙাইতবগী কোকবা বারি শাগে নিংলম্মী, অদুনা য়াম্না হুংঙাইবা অমা মপুক্কিংদা পোক্লম্মী।

যুবতীনা ইতপ তপ্না চংত্রনা হংলম্মী—

"নখোইদি করি তৌরি শুক-শুকথরক্রনা ?"

"যা তাদ্রিবরা ?" হাইনা ইবেমহলনা ফেং লাওনা মমাই হাইদোক তুনা হংলম্মী। মহু তাবদা রোহিণীনা পাখৎলম্মী অদুগা যুবতীনা নোকমি নোকমি তৌরক্রনা হাইরম্মী—

'ইবেম্মা, তারে লোইনা। তাবদগী ঐ লাক্লিবনি।'

"ঐদি হৌজিক করিমতা তায়রোইদোবনি, হয়েং অসিদা মহাক্না চৎলু য়াদ্রগা ঐনা চৎপা শোইদ্রবা পোৎনি।"

"করিগী চৎলুদগে ? নখোইনিমক লৈগনি। ইবুংঙো গোপালসু কৈস্র তৌরমদে, রোহিণীসু মরাল লৈতে। মীতনা পংঙাং ঙাংনজবনি। অদুদা নংনা পংথাদা থাজদবনি।"

ইবেমহলনা মহু পান্বী লিলঙ্মা কী কী কায়ত্রনা হাইরম্মী—

"অদুদাগা থংদে। ঐগীদি অরোইবা হাইরিবা অসিনি ইচে। মখোই সুংঙাইনা পাজহোৎসু। ঐদা চৎলগা লোইরে। অঙাং অসি ইচা নত্তেদনা। মহাকপু ইপুরোইবগী মনাওশিপামক্কি হাইনা ঐনা শূনা তৌজবনি। অদুবু মচেগী শাজৎ অসিনা ঐনা করিমতা থংশিবা উমত্রে। ইচে করিজৌসি, অসুম ইপামদা চায়সু চাক্রসু লৈবনা ফগদরা নিংলে। অসিদা মখোইগী মতৌসি য়েংলগা থোইদোৎনা শাওগংনা তোকদোরি।"

"অদুবু রোহিণীসি শুহোংথোকথরগা লোইরেদনা, নংগী চিংনবা পুন্নমক কোক্লেদনা।"

"কনানা থাজবিগদৌরিবনো, কনানা লৌবিগদৌরিবনো। মী পুন্নমক শক থংলবা অসিবো।"

রোহিণীনা বাসি তাবদা মথবাই পুবা ওমদ্রে। অদুবু মনম্বনি হাইদুনা ইবেমহলগী মথক্তা বা খুবস্থ ওন্নমদে। অদুনা তাশোলনা থম্মোইদা থিল্লগা লৌথোকপা য়াদত্রনা খাংবগুম য়ায়া বানা খাংলম্মী। যুবতীনা খুল্লম্মী—

"ঐখোইগী নিপাগা ইবুংঙো গোপালগা মচিন মনাও বা তান্নবৌরি।"

"করি বানিনা?"

"করি ওইনি, রোহিণীগী নিপা অমা প্রৎ প্রৎ খিনবনি।"

"তৌশিন্নরিবনি। কায়রোইয়ে ইচে। হৌজিক ভাগহাকুং অমুক্তা নোং হৌবগুম তৌরিবনি। হোরেন ডাইহাক্তা ডাইরে শক ফত্রবী অসি উবদা পুংসুম হেক সুমখিগদবনি।"

"খংদ্রেদা, ইবেমহল নংনা মীনা হায়রিবা মথৈ খেং খেং হেক খেং-তোকপা অসিদা।"

"খেংতোকপা নত্তেনে ইচে। ঐগী থবাইদা চাক্লিবা মৈ অসিদি ইচেনা খংদত্রনা তৌরবনি। হনুমান্না মথবাক শেগাইদুনা রামসীতা উৎপগুম শেগাইবা ওন্নবদি ঐসু থম্মোইসুংগী মৈজাওসি উৎকদবনি। অদুদদা ইচেনা খংগদবনি।"

"অদুবুদি নংনা হাইত্রবসু খংলেনে।"

"ইচে নংনদি খংদ্রবা। মখোই অনিনা অসিদা চৎলিবা শাজতি করি হাইরুনি, হাইদুনা কান্নবা নত্তে। মী অতৈগীসু মবুং-মোপ্‌া লৈরিবনি, ঐখোইগী অসিদা নত্তে হাইবা! অদুগা ঐখোইগীদি পোকমিন্নবা থগর্ভবু নত্রিনে। মী থ্‌াইগী মবুং-মোপ্‌াবা চৎলিবা শাজৎকা মান্নদে। অতোনবী-নে,

অত্তোন্বীনে। মখোই লীলাদা হাইনৱেদনা শেল শিংলক্লৱোইদবনা অহলগী অতৈনা নমাত্তোনগী হাইনা। ভূত চংবগুম তৌৱবা পোংনি। ইবেমা খংত্রবা।"

"অদু ঐনা হাইবসিদি ইয়া য়াৱৱোইদনা ?"

ইচে ননাওবু য়াৱোগন্থ। ইচেখোই লৈমিন্নবসি য়াম্না মুংঙাই। অদুবু লাইবক্না তমত্রবা মাল্লে। ঐ নোংমা নিনিদং খোংশান্নুখিগে— ।"

"ঐ চৎলগে। অদুগা ইবেমহল ঐনা হাইব্রিবসি ঙসি অহিং খঙ্গোহাই।"

"চৎলো চৎলো ইচে। হয়েং অসি কুম্মৈ য়েংবা নখোইস্থ লাকউ।"

অসি তাৱগা যুবতীদো মমলক্লে হাইথ্রনা ময়ুমদা চংখৱে। ইবেমহলনা চাক খোংগদোবগী তৌৱি। নোংঙাল্লগা চৎকনি হাইৱিবা মহাক্না কৈস্থ ইত্তৌ তৌদবগুম চাক ইশিং খোংগদবগী হোৎনবড য়েংলগা কনামতনা মহাক হয়েং চংখিনি হাইবসি খাজদে।

ৱোহিণীস্থ হোংচন্দুনা হেক্লাং শেম্বা যাওৱম্মী। মখোই অনি বারি দোৱো দোৱোদি শাত্রগা পোৎ অমা লাল্লকউ কদৌ হাইবদি হাইনৱম্মী। অদুদগী ইবেমহলনা চাক খোংবা চংখৱে অদুগা ৱোহিণীনা মোহনবু লৌৱদুনা মাগী কাদা চংদুনা বাখল তৌৱম্মী।

মহাক্কী বাখলদি অসিনি—ইবেমহলনা মহাকপু কৱিমতা থাজদ্রে। নোংঙাল্লগা শোইদনা চংখিনি, মহাক্না চংখৱবদি ইবেমহলদু মপুৱোইবগা মুংঙাইনা লৈহোগনি। অদুনা মহাক চংখিবনা ফগদবমাল্লে নিংলম্মী। অদুবু কদাইদা চংকনি হাইনমুক খল্লম্মী। মণিপুৱদা মাগা খংনবা কনামতস্থ লৈতে, পান্বীখোইগীদা চংপা মঙাই। অদুস্থ গোপালনা শাকতুনা শোইদনা লৌৱ-গনি, পান্বীখোইগী মপানস্থ লৈহন্নিংগত্রা লৈহন্নিংলোইত্রা খংদে। চংক্ৰম লৈত্রবদি খ্বাই পুম্নমক্কী চংজকম অমা লৈবডুদা হু চাৱগা চংলসিন্না হাইনস্থ থল্লি। অদুদা মোহনগী চিন্তা লাক্লে। মোহম্না চাওদুনা মী অমা ওইৱকপা

অদুদদি মমিং থিংনা য়েংনিংলম্মী। মোহনদি মহাক্কা হন্দোক্লম্লবস্থু গোপালনা মী ওইনবা য়োকনি হাইবসি মাগী মপঙ্ক্লিংদা থাজরম্মী। অদুবু কররম্না কল্লাইদা চংকনি? আসামদা মাগী মরূপ রমেশ কোবা দারোগা বাবুগীদা চংশিন্না হাইনা অমুকস্থু খল্লম্মী। অদুবু শোইদনা গোপালনা টেলিগ্রাম তৌদুনা হংলকনি।

মরম মন্নামসিনা মহাক পনথুংকম খংদ্রবদুনা বাথলগী ইন্না দা লুপত্তুনা লৈরম্মী।

---

৪

গোপাল লাকতুনা চাক চারসি হাইরবদা রোহিণীদু চারোই হাইবা ওমদদুনা চামিন্নররে। অদুম্না চারিবৈদা গোপালনা ইবেমহলদা হাইরম্মী—

"ইবেমহল মংবু ইতৈমা যুবতীনা থাম্বগা করিমতা য়াদ্রে হাইনা?"

"য়াকম থোকপরা? মাগী মাগী থোকত্তুনা তৌরিবনি। মাগী হৌজিক থোক্লবদি থাম্বা য়াবা হাইয়ে, ঐখোইনা থামগে হেক তৌবদা মহুকনৃবী লিনগুম কী-কী কামদুনা চিক্কে হাইগদবনি।"

"হেন্না, মীবু অদুক য়াম্না থীনা হাইবা হোনদে। ঐখোইবু হুংশিদুনা মহাক্কা থান্নরিবনি।"

"হোই হাইগেমথৈ হাইরসনু। নখোই মন্নাম পুকচেল খোইজেল তিন্নবা ওাক্কা লৈহোদোরেদনা! ঐদা নখোইগী নরক্কা য়াওদ্রগা নখোইনা নিংবা থুংজহোরগনি।"

অদু তাবদা গোপালনা ইবেমহলসি করিমতা হক্তি হাইরদুনা তপ্না ভাব য়াম্না তাবগী মওংদা হাইরম্মী—

"ইবেমহল, নংনা ঐখোইনিবু থাজদ্রবস্থু তোক্লো। অদুগা নহাক নিপা অমা রোহিণীগী কপদোবা য়েংদুনা থিরকউ। মহাকপু অদুম্না তাহোকপদি

ঐ করিমতা ,বরা লৈতে। অদুগা মফম মরাং থংদনা তাম্থোকপদি য়ানিংদে। অসি ফাওবদা নংবু য়ায়রোইদরা ? নং রাখল অমুক্তদি তৌ।"

"করি অমুক তৌরুখিগদগে! হৌজিকপু লৈপাক পুম্নমক মরমচৎ থংলবদা কনানা মৌ-লৈশাবীসিবু লোগে লাকপিগদগে।

গোপালনা অদুকাওবা অদুম ইভপ তপ্না হাইরম্মী—

"ঐবু ইবেমহল সুপীনা ওম্বনি হাইহনগনু। ঐনা অসুক য়াম্না হল্লবদা নংমু থরা মহল্ল। নংগী ওাক্তা য়েংগনু, নপুরোইবগী বদনামসু মরেংউ।"

ইবেমহলনা ইহল হল্লমদে, অদুম হান্নগী খোম্থাংদা হাইরম্মী—

'করিনো হনবা হাইবসিবো ? বদনাম হাইবনা করিনো ? নশা নশানা অদুম থোকহল্লবা বদনামনি। সুপীনবু নিপাবু ওম্বা হৌনব্রা ? নিপানি ওম্মী হাইদুনা তৌক্রবদগী ঐহাক ইপাম য়োগদৌরিবসিনিদনা।"

"য়ায়রোইদ্রা ইবেমহল।"

য়ায়রোই, ঐদি হাইথরবা পোংতি তোকপা হৌনদে।"

অসি তাবদা গোপালদো তপথবা য়ারমদ্রে, অদুনা হাইরম্মী—

"চৎথরো নং হয়েংমক –, শোইবা য়াদে।"

"চৎকনি লৈজহৌ নখোইদা সুংঙাইনা।"

রোহিণীদো মহাক চৎকে হায়গদৌবসু গোপালনা থামগনি হাইদুনা চৎকে হাইবা ওগ্নমদ্রে, মখোই অনিনা ওাংনবত অতম তাদুনা লৈরম্মী।

চাক চাবা লোইরদুনা মখোই ময়াম মহৈ মহৈ তুম্নবা চংখিরম্মী।

রোহিণীসু তুম্বা য়াব্রমদরে। ইবেমহলগা গোপালগসু তুম্বা য়াদতনা ফম্মুংদা থরো থরো ওলম্মী। মখোইনি তুমদ্রি হাইবা রোহিণীনা খংলম্মী। রাখলনা তুম্বা য়াদ্রবসু মশা ফত্তহনা তৌবদি নত্তবনা অহিং থেংলক্রবদা গোপালগা ইবেমহলগদু চোকথরকতুনা তুমথখরে। মখোইনিনা নাখোরুকপদু তারগা রোহিণীনা পুং অময়োম তাবদা তপ্না হৌগৎতুনা থাউমৈ পোদোন অমা মচিন থোপ্‌াগী কাদা থালদু মোন মন্নাদা লোথদুনা চে কজম পাইরম্মী।

মতাং অসিদা গোপালগী য়ুম অদু কয়ম তৌনা শায়ম্বগে হাইবগী মরমদা থম্না ইজগে। মহাক্কী য়ুমসি মৈতৈগী কা-তরেৎ শাংবা য়ুমজাও নত্তে, মখুংদা কা মরিদমক মাঙোন য়াওনা শাংলগা অৱাংলোমদা শংতপ অমা ওইনা কা অমা তপথোক্লম্মী। কা অসিগা য়ুমজাওগা থোং মচা অমনা কাওনরম্মী। মসি ম্যাঙোলদগী থিরক্লগা অহুমশুবা কাতুগী মপাদনি। অহুমশুবা কা অসিদা গোপালগা ইবেমহলগা হিপ্লম্মী। মথোইনা তুম্বা মতমদা কাওনা-থোং অদু হাংদোকতুনা অত্থম থম্লম্মী।

হৌজিক্কি য়োহিণীনা চে-কলম পাইরগা তৌরম্বা থবক অদুমক লিজরগে।

মহাক্না অহান্‌বদা চিঠি শাংলবা অমা গোপালদা অদুগা অতোন্‌বা অমনা ইবেমহলদা ইরম্মী। ইবা লোইরগা মমিংতা পী শিন্থরগুনা চিঠি অনিদুদা অমুক মাগী নাকলদা হিপ্লিবা য়োহন্দা অমুক য়েংদুনা মানা তৌগদৌরিবা থবকতু তৌসিন্না তৌমুসিন্না হাইনা থম্লম্মী।

ঙাইহাক অত্থম্না থম্লগা মমিং কম্না ঊইশিন্দুনা মকোকতু য়েংলোম ওইরোম অনিরক্তং মকোকঙাওবা মীনা নিকপগুম হাইরম্লগা মাগী থবক পাংথোক্কে হাইনা লেপ্লম্মী। চিঠি অনিদু মথুং য়েংনা পাইরগা লোংনা হিপ্লিবা য়োহনগী নাকল য়াংমদা মথুং ওইনা শোরগা তনোরবা অঙাংগী চেংলোউ মুম্না য়েংলগা চুপ্লম্মী।

অদুদগী তপ্না থোরকতুনা গোপালগী কাদা চংলক্লে। ইবেমহলগা গোপালগদো কম্না তুম্বনা মা-মাতুনা চৎপগী মথোলদু করিমতা তারমদে। গোপালগী মোন মম্নাদা চংতুনা কাংথল তপ্না হাইদোক্লগা মুংশা-ঘর থিংজন্দুনা মোন-মম্নাদা চিঠি অনিদু থনম্মী। অদুদগী থুম্নারোমদা চংলগা গোপালগী থোং-পাংনা লোকপমক্তি শোকত্রগা বিদায় লৌবগী অয়োল-অয়াল ঙাকপিদু হাইবগী কীজমদা থুরম্লম্মী।

অদুদগী তপ্না খোয়রুগা ইবেমহলগী ফগুং মনাক্তা অমুক রোহিণীদু চংলকতুনা মপুক মন্থুংদা মথাগী বাহৈশিং অসি হাইদুনা থুরম্লম্মী—

"ইনম্মা, নংনা ঐখোইবু য়োকপিরকপগী লমন শিংবা ওয়্রমদরে, ননাও-নিপা লৈহৌরিবা অসিনা হয়েং চাওরগা ঐগীসু য়াওনা পুল্লপ শিংবা হাইবত্নি।"

মসুম তৌদুনা রোহিণীদু মফি অপাবা অমা ইল্লদুনা পুল্লিগী অরোইবা যাত্রা অমা তৌরুরগে হাইনা খোং হাংদোকতুনা খোরক্লে। মানা খোকথি-বদা থামবা হুমিং খোকতুনা জগৎ পুন্নমক পুম্নম মল্লম্মী।

মদুগী হুমিংতু থামবা ওইবদা নত্তনা লৈচিন নোংফাইনা অভিয়া পুন্নমক কুপথিবনা থবান-মচাক অমফাওবা উবা ফংলমদে। অমম্বা অসিদা লৈশাবী মচাদুনা খোকচরকপদা লাইনা করি থল্লরবনো হুংশিং কম্না মহাক্লা কোয়োং য়োবদা শিংলম্মী। অসিগুম্বা নোং হুংশিত্তা উজাও চাওর চাওরবগী মথা তেকপা য়ুম তেকপদি হোনশানি। অদুক কম্না শিংলম্মী হুংশিং অদু।

রোহিণীনা হুপীমচা ওইবগী মপুক্লিংদা থম্না কীবা পোন্নম্মী। অদুবু মাগী থবক পাংখোক্লয়োই হাইবগী বাথলনা খৌনাফম্নবা নিপা অমগী পাঙ্গল মাগী মপুক্লিংদা পোক্লম্মী। অদুনা তুংহন্‌বা তৌদনা মহাক্লা কোয়োং লায়োক্লক-পদা নোংগু তাবা হৌরম্মী। অদুবু মহাক্তি খৌ ইশা-শাদনা অদুম পান্‌বী-খোইগী তাম্না চংলম্মী।

---

৫

রোহিণী য়াওত্রবা ইমুংদো নোং হুংশিং মরক্তা কয়ম তৌহৌরি হাইবা পারিবা মীশিংনা খংনিংলম্বসু য়াই। অদুনা মদুগী ময়মদা বাহৈ অমনিদং হাইকম খোকপা মালে নিংজৈ।

নোং-মুংশিং কম্না শিংলকপদুদা গোপালগী মমাংথোংদু ময়া কাবদা নত্তনা গম গম লাউনা হাইজন্দুনা গোপালগা ইবেমহলগবু তুম্বদগী হৌদোক্লম্মী। গোপালনা ইথং থংনা হৌগৎতুনা থোং থিংজল্লগা ইবেমহলদা হংলম্মী—

"নং মমাংথোং থিংলমদ্রা?"

"থিংলম্মীনা, ঐনা কাউরববরা? নিত্তিগীদি কাওদ্রগা ঙসি কয়ম্না কাউরম্লিবনো?"

মথোই অনি অসুম্না ঙক-ঙক্লরিবৈঙে মতমদা মোহনগী কায়োমদগী মৈরি অমা মুংশিংনা হুম্লকপত্ত ইবেমহলনা উরম্মী। মিহুৎথোং হাংদোকতুনা থনম্বহুদা মুংশিং চংলকতুনা কাংথলহু পাইহুনা পোদোন শম্লক্লবদগী মৈ হৌরক্লিবনি। মহু উবদা ইবেমহলনা পাথৎলহুনা 'মৈ, মৈ' হাইনা লাউরম্মী। গোপালনা 'কদাইদা কদাইদা' হাইনা ইবেমহল্লোমদা য়েংলম্মী। ইবেমহলদি পাথৎতুনা অহুম চপ লেপতুনা লৈখরে, কয়িমতা খুম্বা ঙম্লমদ্রে। গোপালসু "কদাইদনোনে হাই' হাইহুনা লৈরিবৈঙেদা মোহন্না কোঃ ইমা হাইনা কপ্লকপহু গোপালগী মনাকোংদা চংলম্মী। মহুদা গোপালনা রোহিণী রোহিণী, অঙাং কপ্লে হাইনা রোহিণী লৈরিমাল্লে হাইহুনা কৌরম্মী। মরি মঙারক কৌবদা খুম্লকত্রবহুনা করি তৌরবনো য়েংগে হাইনা গোপালহু মোহনগী কাদা চংখিবদা কাংথল চাকতুনা লৈরম্বা মৈ৩ উরে। মহুদা রোহিণীগা মোহনগা চাক্লবিনি হাইহুনা লুখুম মৈ চাকতবা অদোমদা য়েংবদা মোহনহু কপতুনা কপ্লম্মী। গোপালনা রোহিণী কদাইদা লৈবগে হাইবগা কাওথরক্হুনা অঙাংহু পুথোরক্ল-গা ইবেমহলদা পিরম্মী।

ইবেমহলনা রোহিণীদি হাইনা হংবদা গোপালহু ভাব তারহুনা য়েংবা চৎখিবদা রোহিণীগী চিহ্ন অমতা ফংলমদ্রে। অহুদগী পাথৎলহুনা রোহিণী কদাই চৎখরে হাইনা কপ্পগী খোম্বাংদা লাউরম্মী। মৈনা চাকত্রা য়েংঙু হাইনা ইবেমহলনা হাইহুনা গোপালন। অমুক য়েংলুবদা মী চাকপগী কয়িঙম্বা চিহ্ন অমত্তসু ফংদ্রে।

রোহিণী কদাইদা লৈরমগনি হাইত্তুনা গোপালদু কপ্পা হৌরক্লে। মং উবদা ইবেমহলদ শাওনিংলম্লে। মপুরোইবদা ঙাংবা হৌরক্লে—

মহাক চৎখররিনি, থোং হাংদোক্লখসি মহাক্না ওইরিনি। কদাইদা চৎখরিবনো লৈশাবীনা অহিংদা, য়ুম মৈ থারম্লগা। অতৈদি লাইরি করিস্ত দোষ লৈত্রবা অঙাংশিবু শিরমগনি। নংনা কপতুনা কাম্লবা নত্তে। হয়েং নোংঙাম্লগা থিসি।"

"মহাক ঙসি অহিং থৌরি য়াম্দুনা শিরম্লবদি করম তৌগনি? মসি পুম্নমক ইবেমহল নংনা থোকহল্লিবা ঙাক্তেনি। নংনা ঐথোইবু থাজবরবদবু ঙসি অসুম্না থোকদম্না?"

গোপালনা ঙাংবদগী হেম্না মথুৎ থারক্লোই হাইবসি খংবনিনা ইবেমহলন হাইরম্মী—

"করম তৌনি থোকখরবা হাইবত্তুনি। হৌজিক নোং-মুংশিং অসিদা কদাইদা থিক্লমি? নোংঙানবা ফাওবা ঙাইরগা করি থোক্লবগে য়েংবা হাইবত্তুনি।"

গোপালনা অতৈ গতি লৈত্রত্তুনা মোহনবু লৌরগা মতম্বাক্তা পম্লম্মী অত্তগা মকোক্তা নাল নাম্লত্তুনা করিস্থ খংদবা অঙাংত্তদা চোইরোল লোল্লম্মী—

"মোহন, নচেনা তৌরিবসি করিনো, ইমাখদি লাম্বা কংদরেনা! নং নচে লৈতে হাইত্তুনা কপ্পা তৌগম্লকো। ইমাখনা নংবু চাওনবা য়োক্লনি। করেং নোংঙাম্লগা শোইদনা কংগনিদা, মোহন, নংবু হুন্দোকত্তুনা রোহিণীনা কদাইদা চৎপা ঙমগবনো। চৎপমখৈ চৎলুরগা নংবু থাইনবদা থাংবা ঙমদত্তুনা মরাইনা হঞ্জরক্লনি।"

মোহনা তিংঙক তিংঙক য়েংত্তুনা লৈরম্মী করিমত্তা খুম্লদে। অত্তুগী মোহনবু হুমগে হাইত্তুনা কমুংদা পুখলম্মী। মহাকপু খম্লগা মোনখুমগা লোই শিনগে হাইত্তুনা খুৎ তিংথোকখিবদা মাখী মোনময়াদা রোহিণীনা থনখা চিঠি

অনিহু ফংলম্মী। করিনো হাইহুনা থাংমৈ পুশিল্লক্লগা য়েংবদা রোহিণীনা ইরম্বনি হাইবা থংলে। মদু য়েংলগ' পাগে হাইবদি লৈতহুনা অমুম্না থল্লম্মী—

"চিঠি অসি থনম্বা মতমদা ঐনা থেংনহৌত্রিবা করিগীনো ? থেংনমুম্ন-বদিকো !"

মোহনবু ফমুংদা থনম্লগা ইবেমহলগী মনাক্তা থাউমৈ লৈবহুদা পাগে লাক্লম্মী। চিঠি অমনা ইবেমহলগী ওইরম্বতদা 'নঙোন্দা পিবনি অসি পাউ' হাইহুনা পিরম্মী। অহুদগী মথোই অনি মাগী মাগী চিঠি অদু শেগাইরগা পানরম্মী। অহুদগী লোইরগা অমগীত্ত অমদামুক পিহুনা পাংলম্মী।

গোপালদা ইরম্বা চিঠিগী মরোলদি অসিনি—

তাদা,

অহান্‌বদা নচম্না নংগী খুয়াথাদা খুরুমজরি।

পাক চাওরবা তাইবং ইয়াইদা অহল লমম্না হুন্‌দোক্লমহুনা পনথুংফম থংদনা তাউহুনা লৈরম্বদগী তাদনা থৌজাল হৈবা ইশ্বরগী ময়াথ' লোহুনা ঐথোইবু থুংগৎতুনা নয়ুমদা পোক্ত পোকমিনবা নচনগুম ননাওগুম য়োকপিরি। ইপা-ইমা লৈতে মরি-মতা হয়া য়েংথিবদা বাৎলি হাইহুনা মীওইবগী অবাবহু নংগী মুংশিবগী নথাদা ওন পোইহুনা লৈবনা নোংমতসু ফংদে। লমজাউদা কোইঙাওহুনা চৎকদবা ঐথোইবু নহাক্লা মীরক তিলহনগদবগী নখাগী কায়বা পুম্নমক থাদোকতুনা হোৎনরি। মদু ঐনা হাইহুনা লোইবা নত্তে।

অহুবু তাদা, মীওইবগী পুন্সিদা অসিনি হাইবা ওমদে। তুংদা করি থোকনি হাইবসি মীওইবা ঐথোইগী ইমিৎ অনিনা উবা ফংদে।

অসুক য়াম্না মুংঙাইরকপা নহাকী নয়ুমনি। অহুবু ঐহাক্লা মুংঙাইতনবগী মরম ওইরে।

ইনম্মনা তাদবু অসুক য়াম্না মুংশি, মরমহুনা ঐথোইনা পুকচেল তিংহুনা হাইবা করিমতা থাজো হাইবা য়াত্রে। মসি ইনম্মগী ময়াল মত্তে, মপুরোইমা নিংবগী অনিগুত্রবা খুদমনি।

ইনম্মনা পুন্সিসিদা নিপা অতোপ্পা অমত্তবু তাদদগী শকতা কুচুদা মহৈদা লন্দা হেন্দবা ওইরবস্থু মাগী ওইগে নিংলুদবগুম তাদনস্থু ইনম্মবুদা হুংশিহল্লিংই। তাদনদি মথন্তবু পুন্সিগী লোইনবীনি হাইনা লৌই, খল্লি অদুগা হাইস্থু হাই। অদুবু ইনম্মনা মহাক্কী মপুরোইবা নিংবগী প্রেমনা লাকহংখিদুনা করিমতা থাজৌ হাইবা য়াদ্রে।

ইমুং অসিদা তাদনা লাৎচরিবা লাই ওইরগা ইনম্মনা ইরাৎচবদু পুক্নিংগী হুংঙাইবা য়াওদ্রে। মসি য়াওদবগী মরমদি ঐহাক্না ওইথরে।

ইনম্মনা মোহনবু কয়া হুংশি ঐবুস্থু হুংশিরম্মী। হৌজিক মহাক্না মোহনবু লুনা তোনা তোনা ঐবুদি য়েংবা ঙমদ্রে। মসি অতৈ মরমদগী নত্তে, মহাক্কী পতি-প্রেমনি।

মরমসিনা ঐনা অসিদা লৈবা চুমদ্রে। নিংথিনা তাদথোইদা হাইরগা চৎকে হাইববু তাদনা ঐবু লুনা তোবা মরম্না চৎহল্লোই হাইবা খংবদগী অস্থুম্না লোম্না থোংশাল্লবনি। ঐগী অয়োন্‌বসিনা ঐগী মিংচৎ থিবা য়াই, অদুগা তাদগী থোজালহৈবগী লংলবা থুদম অমদি ওইহৌগনি হাইনা আশা তৌই।

তাদা ঐগীদমক করিমতা খল্লুরগনু। ঐস্থু পুক্নিংগী হুংঙাইবা অমগা লোইননা চৎলবনি।

অদুবু তাদা, নচনগী য়া অমদি ঙাকপিবা তাই। ননাওনিপা মোহন অদু মী ওইনবদি তাদদা হাম্রদগী শিম্রকপগী শিম্রকপা হৌজিকস্থু অমুক শিমজরিবনি। মাবু চাওনবা য়োকপদা ইনম্মগা তাদগা য়াম্না বাবিবা য়াই, মহুগী লমনদি ঐনা শিংবদি ঙম্রয়োই, মদুগী তৌবিমল থংবা ফোংদোক্লবগী চপ-চাবা বাহৈ ফাওবা ঐগী লৈজদে।

ঐবু অমুক থিবিয়ক্লগনু। ঐদি থিদুনা ফংগদবা মফমদা চৎলোই; থিদুনা কাম্রত্রবা থিক্লকম থংলোইদবা মফমদুদা চৎলগা নথোইনা মোহনগা লোইননা হুংঙাইনা পুন্সি লেম্‌বদো য়েংত্নুনা লৈজগনি।

অসিদগী হেন্না করিস্থু হাইজনিংঙাই লৈত্রে, মোহনগী মফমদা মানা হয়েং

চাওরগা মচে ওইবগী ঐনা তৌকম .থাকপা ইথৌহ তৌরমক্রে হাইহুনা ঘাক্নোহন্দনবা হাইবিয়ু।

তাদগী চরণ-খাদা থবাই মঙা রাওনা থুক্রমজরি, হৌজিক্তি নচন তোলবী বিদায় লৌজরগে। ইতি

নচন,

রোহিণী"

ইবেমহন্দা পিরম্বা চিঠিনা অসিনি—

"ইনম্মা,

নংনা থংলিবা অহুমচাইদো ফজনা ফোংনা চৎকে হাইববু তাদনা শোইদনা থামগনি। মরমসিনা লোম্না চৎতুনা নংগী মিংচত্তা কালি থরা তৈহল্লে, থাক্নোগম্মুকো!

অম্নুম্না চৎখি হাইহুনম্মু ঐহাক নখোইগীনি। মিৎকুপ অমতম্মু নখোইবু কাওরোই।

মোহন নথুত্তা থনম্লে। মুংশিনা রোকপিয়ু, কনা লৈত্রবনি নখোই নত্তনা।

গুসিগী খোদোক অসিনা ঐবু চিংনবা কোকপা ভমত্রবম্মু থুনা কোক্লবা ঐনা লাইদা থুক্রমজরি। নহাক্কী নপুরোইবা নিংবগী লংলবা থুদম অসি হুমিৎ-থা ফংলিবমথৈ ঐহাক তমজনফম অমনি হাইনা লৌগেকো।

হৌজিক্তি বিদায় লৌরগে। নহাক্কী চরণ-খাদা ঐনা থুক্রমজবসি ভম্নাম্না লৌবিয়ুকো, ইনম্মা মুংশিবী। ইতি

নংগী,

রোহিণী"

চিঠি অনিসি পারগা গোপালগা ইবেমহনগম্ব মুংশা-ম্বর মপি হোম্নহুনা লরম্মী অহুদগী গোপালনা মশমদা মথুং লোনশনহুনা হাইরম্মী—

"চিঠি অসিগী অর্থবু রোহিণী নং তাইবং থাদোক্লে হাইরিবরা, নত্রগা অথুপ্পা কোচিন অমদা নৌপ্‌া চাওবা ফাওবা য়েংগনি হাইত্রনা লৈরিবরা ?"

ইবেমহলনা কপ্লত্রনা হাইরক্লে—

"ইনম্মগী রোহিণী, পংথবগী লাংদা থুরুত্রনা ঐনা নংবু চিংনরুইদা। অসিয়ৌনা তোগনি থংলল্লবদি ইনম্মনা নংবু চৎলো হাইরল্লোইদোবনি। ঐনা ইপুরোইববু ফংবসি নংগী নখুত্তা মাইথীবা ফংবনি। ইবুংঙো, ঐবু যারোগঙ্গু। ঐবু নংনা হাংকেল্লা ভুপকেল্লা তৌবা অমা ঐ রোহিণীগীদমক করিমতা হাইদনা য়াগনি।"

"ইবেমহল, গুংশিবী ইচন অমা কাইনবগী যাবমকস্থু থাংবা ঙমদ্রবদা নংবুস্থু অমুক মাংলবদি ঐদি করি ওইগনি? চুম্মি, নংগী মরমগীদমক— রোহিণী চৎখিবনি। অত্রবু নংঙোন্দা ঐনা করিস্থু তৌনিংদে। নং মোহনবু চাওনবা য়োকউ। রোহিণীগী মকমদা নংনা লান্‌বা নয়াল কোকনি।"

অসি হাইত্রনা মখোই নোংঙান্‌বা ফাওবা রোহিণীবু কৌ কপতুনা লেল্লম্মী।

---

## পুক্নিং থেমজনবা

### ৬

নোংঙাল্লগা গোপালনা রোহিণী বদাইদা চৎলমগদগে হাইনা খল্লম্মী পান্‌বীখোইদা চৎলমগত্রা হাইনা মহাক্না তন্না চৎতুনা হংলুই। পান্‌বীন মহাকপু উবত্রদা রোহিণীবু খিবা লাক্লিবনি খংলত্রনা হাইরম্মী—

"তাদা, ইতা রোহিণীবু খিবা লাক্লিবরা ?"

"মানি, ইবেম্মা। নংদি করম্না থংই ?"

অত্রদগী পান্‌বীনা চৎখিবা অহিংত্রদা রোহিণীনা পান্‌বী উনরম্না হাইরবা য়াদিত্রু শাথম্মী। মহাক্না অত্রুয়া বাথি-জিয়ম্মী—

"তাদা, ইতাহ ওয়াং অহিং অথেংবদা নোং হুংশিং ময়ক্তা লাক্লম্মী।"

"অদুদগী ইবেম্মা করি হাইরম্মী ?"

' মহাক মণিপুর থাদোকতুনা চংপা তারে হাইরম্মী। অসিমু হাইরম্মী, তাদখোইনা হংলরগা ঐখোইগীদা লাক্লমদে হাইবু হাইনা। অদুদা ঐনা কয়া খাম্মী, পাক্সিমু ইমামু য়াওনা কয়া খাম্মী। চৎকে হাইরবমু নোংঙাল্লগা চৎলু নোং হুংশিং ময়ক্তা কয়া চৎকগে হাইনা থাম্বু মহাক্না শুকয়া য়ারম-দে। অহিংদুদা তাদখোইদা তাকপা লাকদবমু অহিং মতাদুদা ঐখোই কনা-মতা চংপা ওয়মদ্রে। অদুননি ঐনা খংলিবা তাদনা মহাকপু থিবা লাক্লিবনি হাইবসে।"

"মহাক মণিপুর থাদোক্লগা আসামদা চৎকনি হাইরমত্রা ?"

"চাইরমদে তাদা, মকম অমতা তাক্লম্মু য়াদে মহাক্না হাইরম্বু অসিমদি হাইরম্মী—করিগুম্বা মণিপুর থাদোক্লবমু মহাকপু থিবা খংবা তায়বদি তাই-বংপান অসি থাদোকনি হাইরম্মী।"

গোপালনা মাগী বাহু তারগা মুংশাম্বর মপি অমা হোলম্মী অদুগা অমুক হাইরম্মী—

"শোইদ্রে, মহাক থবাই থারগনি। হৌজিক মহাক্না চৎথি চৎথিবা মাইগৈদা থানানা বাই চাইথিবনিনা মহাক্না কণৌঙেদমু লোৎপা ওমগনি হাইবসি ঐ থাজদে।"

"ওসিমক শিরম্লগনি হাইবদি ঐদি থাজদেবো তাদা !"

"ঐমু থাজদে। মহাক লোৎপা য়াবা মকম থিদুনা লৈয়মখিগনি। লোংকম লৈয়কত্রবা কানদুদনি মহাক্না থবাই থাগদবা। ঐ থানাদা পাও পিরুখিগে অদুগা আসামদা রমেশ বাবুদগা টৈলি ভৌদুনা হংখিগে।"

"থয়া থুনা থিবিরুবনা কৈ তাদা। লেংলো অসিদা লৈথোকতুনা কায়দে।"

অদুগী গোপালদু থানায়োমদা চংতুনা রোহিণীগী মথক মতৌ লোইনা

হাইদুনা থিবিন্নু হাইরয়ে। রমেশ বাবুদন্থ টেলিগ্রাম তৌখয়ে। অছুবগী মরমদা হন্নকদুনা অফিস কানবা থৌরাং তৌরিবিদা রমেশ বাবুনা এক্সপ্রেসতা মরোল হন্নকদুনা মথাগী থাপিং অসি হাইরক্লে—

"গোপাল বাবু, লাক্কে। লাক্লগা ঐ শোইদনা পাও পিরকনি। থানা থানাদন্থ থিবিন্নু হাইনা রিপোর্ট পিখয়ে।"

অসুম তৌদুনা ছুমিং মরিনিরোম গতি লৈত্রদুনা লৈরিবিদা রমেশতগী টেলি অমমুক লাক্লে। মরোলদি—

'গোপাল বাবু, রোহিণীহু ঐখোইগীদা লাকে হাইরবদি লাকপা কাম ওইরে। অছুবু হৌজিককাওবা লাকত্রি। কংলবরা কংত্রিবরা মরোল অমা থংনিংই।"

গোপালনা কংত্রি হাইদুনা মরোল হনখয়ে। মতৌ অসুন্না থা অমা অনি চংনা থিরকপদা রোহিণীবু কংনবগী উপায় অসি করিমতা লৈত্রে। মতুদা গোপাল মতৌ মনাওনা করম তৌনি থোক্লরবা হাইবগনি, মোহনবু চাওনবা রোক্লগা অবাবসি কোকপা হাইবগনি হাইনা মপুক্লিং থেমজল্লম্মী।

নোংমা ইবেমহলবু কৌশল্লগা মোহনবু মতম্বাক্তা থবিরগা গোপালন্না হাইরম্মী—

"ইবেমহল, ঐখোইনিগীদি ইচাম্ন লাইবক্তা অমতা তমত্রে। অঙাং অসিনা ঐখোইগী ইচা ওইজো হাইদুনা তন্নবনি। নহাক রোহিণীবু শাও-নিংলবমু অঙাংসিবুদি ছুংশিউকো।"

ইবেমহলনা মন্নাল লৈরবী অমওন্না মাইথোং ইতুক-তুকপরহুনা থুন্নম্মী—

"ইবুংঙো, ঐনা পংবদগী রোহিণী চংখয়ে, হৌজিক ইন্নাল মথক থংলবসিদদি রোহিণীবু ঐনা ছুংশিরক্লে। মোহনবু রোক্লগা মচেগী মকমদা ঐনা তৌথিবা ইন্নালমু লাইনা ঙাকশিবা অত্তনি ঐনা হৌজিক নিংজরিবা।"

"থন্নমন্ন, রোহিণীবু ঐখোইনা অমুক হন্না কংবা হন্নক মপোক্তা ওইগনি

নিংত্রে। মোহনবু চাওনবা,ময়ামগী ময়ক্তা মীথোই মীহেন ওইনবা ঐথোইনি থবাই হকচাং চংনা হোংনসি।"

অসি হাইরগুনা গোপালনা মোহনদা মুয়া য়েংলম্মী অদুগা ইবেমহললা অঙাং মকোক নালদুনা অঙাংগী তিংঙক-তিংঙকপা মাইতাদু য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুয়া লৈরিবৈঙদা ডাক-পিয়ন লাকতুনা চিঠি অমা পিরম্মী।

চিঠিদু রমেশনা ইরকপনি। মরোলদি :—

"গোপাল বাবু,

নংগী চিঠি ফংবদা থবাই য়ায়া নুংঙাইতে। কনাসু লৈজত্রবী রোহিণীদু মকম থংদনা মাংখিবদা থবাই অসি পুবা য়াত্রে।

থৌরি য়াম্নুনা নত্রগা হু চাদুনা নত্রগা ইশিংদা চোংথদুনা শিরবসু অশিবা মথাদ মকম অমদনি অমদনি হাইবা কংগদবনি। অদুবু উমংদা লোংপদা শা কৈনা চাথরবয়া কয়িগুম্বা চিহ্ন অমত্তা ফংত্রে।

মোহন অদু হৌজিক্তি কনাসু লৈত্রবা ময়াইবক খিয়বা অঙাংনি। মাগী হাইববু ঐথোই অনি মচাইয়ে। মাবু চাওনবা য়োক্লম্বা য়াদে। কয়িগুম্বা ওমলোই হাইরবসু ঐঙোম্বা থুনা পাও পিয়কউ। ইতি—

চায়থোইরবা মরূপ

রমেশ।"

চিঠিদু পায়গা গোপালনা ইবেমহলদা হাইরম্মী "ইবেম্মা ইবেমহল, কাওহ্রকো মোহন অসি ময়াইবক খিয়বনি।"

"কাওরোই, ইবুংঙো।"

অস্থম তৌদুনা ঙাংনরগা মথোইনি থবক অমা অমা তৌবা চংলম্মী।

## খোংচৎ

### ১

রোহিণীনা খোকখিবা অহিং অদুদা পান্‌বীখোটদা চংলম্মী হাইবদু নিংশিংবিরিনি। মখোই অনি উনবদা ঙাংনবা যাদি গোপালদা অওইবা অমত্তা পান্‌বীনা তম্লমদে। মসিগী মরমদি রোহিণীনা মণিপুরদা থুংলবা সুমিত্রা পান্‌বীনা লৈহম্নিংলবসু মপানা য়াখিদবত্রদা সুংঙাইখিদবদুনা হন্দক্কী অসিদদি মতেং পাংগে হাইনা মপুক্নিং চপ য়ুংলম্মী। মখোইনিনা ঙাংনরম্ব-দুদি অসিনি—

"ইতা, ঐনা অসুম লৈরবদি ইনম্মগা তাদগা সুংঙাইনা পানবা য়ারোই-দোরে। অদুনা খোররুবনি।"

"ঐখোইগীদা লৈসিদনা?"

"য়াবা নত্তে মদু ইতা। হয়েং নোংঙাল্লকপদা ঐবু তাদনা লৌরগনি অদুগা ইনম্মবুনা মপামদা থাথিগনি।"

"অদুদি কদাইদা চংকে হাইরিবা অসুক কীথরবা অহিং অসিদা?"

"অহিং অসিদা তৌরিবা নোং সুংশিংসিদি ঐগী থমোইসুংদা তৌরিব-সিগা চাংদম্নবদা করিসু লৈতবনি। ঐ করিমত্তা কীদে।"

"অদুবু কদাইদনো হৌজিক চংকে নিংলিবা?"

"মকম থংদ্রি। অদুগা য়োক্লবা মকমদগী নংঙোম্বা পাও পিরকনি। নং কনামতদা হাইদোকপু। হন্দক্কি নহাক্কী মতেং নত্তনা ঐগী পত্তি লৈত্রে।"

"ঐবু করি তৌ হাইবগে ইতা।"

"অত্তে করিমত্তা নত্তে, মোহর্নসি—"

অসি হাইবদা খোনাউ থক পল্লদুনা থুক লাউবা মীহুন অমনা ফুক হৌ-পংলমদুনা করিমত্তা ঙাংবা ঙম্লমদে। মদু উবদা পান্‌বীনা হাইরম্মী—

"মোহনদু লৌশিন্দুনা থমজিন্নু হাইবনা?"

"নত্তে ইতা নত্তে। তাদনা মহাকপু অহুম য়োকচগনি। অদুদা নং মরক

মরক্তা য়েংহনা মাগী ই-পাও থাবিরকউ। ঐ তাইবংপাল অসি থাদোকে তৌবনি। অদুবু মোহম্মা চাউহনা মীওইবহ অমুক্তা ইমিৎ অনিন' য়েংখিগে তৌবনি। ঐ অদুকাওবা হিংহনা লৈখিনি, হিংখিনিকো ইতা।"

"হিংদদি। মোহনদি খংহৌরোই হৌজিক অর অর চাওখৎলক্কদবা। অদুবু ওসি অহিং অসিদদি লৈখোদনা, নোংঙাল্লগা চৎলু।"

"মহ ঙাইবা ওন্নরোই ইতা, ঐ হৌজিকমক চংলগনি। ঐনা হাইরিবসি নখোইগী খুড়াখোইদগা হাইদোকপা য়াবা নত্তেকো। নংনা হন্দক তৌগদো-রিবা মতেং অসিদি শিত্রিবা কাওবা কাওরোইদবনি।"

"নংগী নখুত্তা শেলগাদি য়াওরবরা?"

"করিমতা য়াওদে, লমথাংদ নি-নিহনা কংলগা চাবা কংত্রগা তোকপা হাইবহনি।"

অসি তাবদা পান্বীনা মাগী লৈরম্বা লুপা কুনথক পুখো হাইদনা পিরম্মী। ৱোহিণীনা লোয়োই হাইববু পান্বীনা পুদবা য়াদে হাইহনা পুরম্মী।

অস্তুম তৌনা পান্বী উনরম্লগা ৱোহিণীনা অকী-অথং পাদোকহুনা তোং-জৈ-মরিল পাংনা অহিং অখেংবা নোং-মুংশিৎ তৌবহদা চৎলম্মী। নোংঙাল্ল-কাওবা পোথাবা লৈতনা চৎহুনা চাক লাম্নবা কালদা খোংনাং-খোংদগী কবোক থরা লৈহনা চার-চারগা মুমিং তারমদাইদা মোইরাং য়োরম্মী। চুড়াচান্দপুরগী লম্বেল অহুবাইদা হাও হগবা অমা উনরম্মী। ৱোহিণীনা মা অমত্তা হাইখিগে হাইহনা খামলম্মী। হাওহমু লৈপাখী মচা মতু ইপোন-পোন্বা অমনা হাইজবহদা করিনো হাইনা হংলম্মী। অহুদা ৱোহিণীনা হাইরকই—

'ইপা, নংবু অসিবাইদগী নত্রা?"

"মানি ইবেম্মা!"

"ঐ লম য়াম্না থাম্না লাক্লবনি। নখোইগীদা ওসি অহিংদদি লেকহল্লুবা।"

"কদাইদগীনো ?"

' ঐ মিশমি চিংদগী লাকপনি।"

'কদাইদা চংকদৌরিবা ?"

"হৌজিমক্তি চুড়াচান্দপুর চংকে লাকপনি। চংকম থংদহনা লৈরবনি। নখোইগীদা লৈহনগে হাইরবদি অহুম লৈমু হাইরবশু য়াই।"

"চুড়াচান্দপুরদদি কনা কনা লৈ ?"

"কনামত্তা লৈতে। মকমহু হাওবা য়ামা কৈ হাইবা ভাহনা ইম্ফালদা লৈরবদগী লৈগে লাকলিবনি।"

"কৈ, ঐখোইগীদা লৈগে হাইরবশু লৈমু, চুড়াচান্দপুরদা লৈগে হাইরবশু লৈমু। চুড়াচান্দপুরদা ঐগী ইচাহুপী অমশু লৈ। নখোইগী লেপ্পানি। মাপীদা অহুম লৈবা য়াগনি।"

অসুম্না হাইনহনা অহিং অহু হাও হন্নুবহুগী য়ুমদা লৈরে।

---

২

নোংঙালগা রোহিণীদা হন্নুবহনা হংলম্মী—

"ইবেম্মা নংবু ঐখোইগী চাকথুমদা চাও হাইবশু য়াদে। চেংপাক থরা মপান থোকতুনা চারগা লৈ। ঐখোইগী থুং চারোই হাইরগা শুমাংদা ইপা শং অমা থাজনবিগে থোংহনা চাউদনা।"

"ইপা, ঐ চেংপাক চাহনা অসুম লৈথিগে। করি কান্নগবনো, য়ানবনি শং থা-লাকতুনা।"

"চুড়াচান্দপুর য়ৌনিংলবরা য়ামা।"

"য়ৌনিংলে ইপা।"

"তাইবো নমিংদি ইহং হংজ্রি, করি কৌই ?"

'রাধা কৌই।"

"করি জাৎনো?"

"ঐবো।"

"অং।"

"ঐদি অসমীয়া হাইবহুনি, হিন্দুনি।"

"মিশমিদদি করম তৌনা লৈরুরিবা। মখোইগীগদি ঐখোইগুম্বা হাও ভাগুনি। ঐখোইস্লু আসামদা য়ায়া খেংনরক্লে।"

"উম, মিশমি হাইবা জাৎতু হাওনি। অদুদা ঐখোইবু পোকপা ইপাদু সরকারগী থবক মচা অমা তৌরম্মী। ইপা ইমা কনামত্তা লৈত্রে। অদুদগী ঐহাক ডিমাপুরদা নিপা অমদা ওংই। চহি অনিরোম লৈরগা ঐখোইগী নিপাদু শিথরে। অদুদগী গতি লৈতদুনা অসুম কোইচৎ চৎলকপদা হকচাং হুংগাইত্রদুনা চুড়াচান্দপুরদা মী অমগী ইমুংদা থবক ইনখাং তৌরগা হকচাংস্লু হন্সৎনবা হাইদুনা লৈগে লাকপনি।"

"বাকন্দু চুড়াচান্দপুরদা ঐগী ইমাকতু ওন্না ওইরিবনি। মখোইগীদা অদুম লৈস্লু। ঐ হন্নেংদু খিনবিগে।"

অসি হাইনদুনা নোংগাল্লগা হন্নুবসিগা রাধাগা লোইমিন্নদুনা চুড়াচান্দ-পুর ভায়া থুংলয়ে। হন্নুবগী মচানুপীগী মমিংদি খোৎস্লু কৌই অদুগা মমাক-নিপাগীনা অমুয়াইমা কৌই। অমুয়াইমখোইগী য়ুম য়োরবদা খোৎস্লুনা মপাদা হংলম্মী—

"কনানো পাজি অসিদি?"

"অসমীয়া নিংচৌয়ি। মমিং রাধা কৌই। কনামত্তা লৈত্রবনি। মহাক কোইচৎ চৎতুনা লৈকম লৈত্রবীনি। নখোইগী অসিদা থম্লু, মীনাই ওইনৌ হাইদুনা ইপানা ভাংনদুনা পুরকপনি।"

অদুদা খোৎস্লুনা হন্নাওরম্মী। তঙ্গব পীদবা চাবদমক থাকপা মুদী অমা

কংবদা কনানা হয়াওরোই ? মখোইনা ভাংনরম্নিবা থাদু রাধাদি খংলমদে। অদুম তুমিন্না তারম্মী।

থোংগুনা অমুয়াইমদা কৌদুনা হাইরম্মী—

"ঐখোইগী অসিদা নুপী অমা লৈগে লাক্লিবসি উরবরা ?"

অমুয়াইমনা ইমুংদগী থোরকতুনা য়েংলম্মী, অদুগা রাধাগী মরি-মখোং মকুবোক্তা হংলম্মী। মকুবোক্তা লোইনা তাক্লম্মী অদুগা মৈতৈলোন থোকপনি হাইনা হাইরম্মী।

অদুদা থোংগুনা রাধাদা হাইরম্মী—

"নংদি মৈতৈগুম নত্তনা মৈতৈলোন খংলিবদি করম তৌননো ?"

"ঐ মণিপুরদগুম লৈরুরে. অদুগা ঐখোইগী পাজিগী মনাক্তা মৈতৈমচা থবকতৌবা য়াম্না লৈরম্মী। অদুদগী অমুম খরা খরা খংবনি।"

"কৈ ঐখোইগী অসিদা লৈরসি, নুংঙাইনা থমগনি। নংনা তৌগদবা থবক হাইববু ইশিং খরা শোকপা, শিং খরা চন্বা, অদুগা মরক মরক্তা ঐনা ভমত্রগা চাক খরা থোংবিবা। অদুদগী হেন্না করিগুম্বু তৌনিংঙাই লৈতে। ঐগা লোইনদুনা অদুক কোই লাকপা হাইবগনি।"

"কৈ য়াম্না। ঐদি করিগুম্বু হাইদে। নখোইনবু লৈবু লৈহনগনি হাইর-বদি নখোইনা হাইবদা ইনগনি।"

অমুম হাইনদুনা রাধাদু মীনাই শাদুনা লৈবা হৌরে।

মতুং নিনি কোন্বদা মহাক্না চিঠি অমা ইদুনা পান্বীদা থারম্মী। মদুদা মহাক্না লৈরিবা ফীভমদু লিদুনা ইরম্মী। চিঠিগী ময়োলদি অসিনি—

"ইভা,

ঐহাক মোহনগীদমক মীনাই শাদুনা লৈরি। মীনাই ওই হাইব-দনি, ঐগী ওইরিবা মপ্ অসি য়াম্না কৈ, মহাক্না ঐগম্বু ইভা শাগ্রে। মাগী থবক লোম্বদা মতেং খরা খরা পাংবসি মগাই, অতৈ অরাবা থবক অমতা তৌদে। হুকতাংগী অরাবা য়াওদে। অদুরদি ওইরগা রাধক অমমগী অমুক

মাই অমুক হুংঙাই। ইনম্বগী মপুক্সিং চিংনবা কোকহন্‌বা ঙম্রবনিকো থম্লুবদা চিংথক অসিদা পুক্সিং হুংঙাইবগী ইহুল অমা হুক্সি অহুগা অমুক মোহন অদো অঙাং ওইনা হন্দোক্লম্লেকো থম্লবদা হুংঙাইতবমা চুড়াচান্দপুর পুম্নমক হুংঙাইবা অমতা য়াওদবম্না থক্সি।

অমগী বাবনা দেহে অসি পুবা মাত্রবস্থ অমগী হুংঙাইবনা অমু-মুক শোক্লনা থম্মী। মসিদা ওঙ্মোইহনা লৈরিবনি ইভা। হৌজিক্তি নং ঐগীদমক থম্না থম্না মখিবা তাই। মম্নক মম্নক্তা চৎতুনা মোহনবু য়েংলগা মাগী মপাও অহুগা ইনম্মথোইগী মপাও তাহন্‌বা কাওগনু।

ঐগী মিংদি য়াধা কৌই। অহুনা নংনা চিঠি পিম্নকপদা য়াধা হাইম্লগা থোৎম্নথোইগী ইয়ুংদা পিম্নকউ।

নংগী—

রোহিণী

চিঠি অসি ইহুনা লৈরিঙৈদা থোৎহ্লনা হোৎচম্লনা হংলম্মী—

"ইভা নংদি চিঠি কনাদা ইম্নিবনো। নংগী কনাস্থ লৈতে হাইবদাই ?"

"ইভা নংঙমী ইরূপ অমা মিশমিদা লৈহৌই, মঙোন্দনি ঐনা ইম্নি-বসি।"

"চিঠি ইবা লোইম্নবদি কোইকসি!"

কৈ হাইহুনা য়াধাগা থোৎহ্লগা মথোইনি কোইবা থোম্নকলে। অমুক পুং ১১ তাবা কালদা চাকঙন চাবনা হুংঙাইনা তুম্নম্না কাজহুদনি। মথোই অনি হুংশাদি কম্না শাবা অহুগা হুংশিংনা হুংশাগী মৈশা কোক্লবা শিংপ অহুনা পংথহুনা লৈম্নবা থম্নাই হকচাংহু তগং তগং তেকথংলম্মী, পুক্সিংদা অথাবা পুম্নমক ঙাইহাক্তং কাওথোকতুনা য়াধাহু থোৎহ্লগী মতুং ইলম্মী। অম্নুব চৎনা চৎনা থোৎহ্লনা হাইম্লম্মী—

"ইভা, ঐথোইগী চিং অসি ইশিং হুংশিং য়াম্না কবজি। মলিম্না লৈম্ন-বদি নংগী হকচাংহু কপনি।"

"হকচাং ফনবা মচাকতি লৈরবস্থ পুক্লিং মুংঙাইনবা মচাক ঘাৎলবদি হকচাংস্থ ফবা য়াদেনে ইতা।"

"নংবু ঐখোইগীদা লৈবসি মুংঙাইব্রা ?"

"মুংঙাই য়ায়া। অদুদা ইতা ইপা-ইমা লৈখিদবগী নিপা-নহা কাইনবগী ঘাবদি মরক-মরক্তা লাকতুনা মোন অসি ওৎলৈনে।"

"ইতা রাধা, তাইবংপান্বা পুম্নমক অসিঙাক্তনি। কনা অমনা মপা-মমা থাইনৈ, কনামনা মতু-মচা কাইনৈ। মতু পুম্নমক অস্থম থন্দুনা লৈরবদি কদাই-দগী পান্বা য়াগদগে। কাওখোক্লো থোকথরবা হাইবস্থনি। মিশনগী স্কুলদা মুপীমচাশিং ইশৈ তমলিবসি অসিস্থম য়াওরুসি। মখোইগী ইশৈ তারগা পুক্লিং থেমজন্বা য়াবরা য়েংশি।"

"তারুসি ইতা।"

রাধানা মপুক্লিংগী অরাবা কোক্কদরা হাইনা য়ারম্মী। মিশনদা মখোই অনি চংস্থনা য়েংবদা চৌকি অমমমদা ফমস্থনা মুপীমচা কুন-কুন্থ_য়োম পাদ্রি সাহেব অমগা মেম অমগা শাইরিক তৌরম্মী। থোৎস্নগা রাধাগস্থ চংস্থনা মখোইনা তৌরিবস্থ য়েংলম্মী। মেম অস্থনা থোরকতুনা চুড়াচান্দপুরগী লোন্দা রাধাস্থ কনানো হাইনা থোৎস্থদা হংলম্মী। থোৎস্থনা 'ঐখোইগীদা লৈবনি' হাইরম্মী।

মতাং অস্থ য়ৌরক্রবদা মুংঙাইবরা হাইববু রাধাগী মথবাইদি মুংঙাইরমদ্রে। মখোই ময়াম শাইরিক তৌরিবস্থ উরগা গোপালনা মাহাকপু নিতিগী শাই-রিক তাকপিবস্থ নিংশিংলম্মী; অস্থদগীদি মহৈ মহৈ মোহনগী ঘাস্থ নিংশিং-লকতুনা ইস্কালদা মুংঙাইনা লৈরবা পুন্সিদো কংলয়োই হাইস্থনা মথবাই মুংঙাইরমদ্রে। অস্থম মুয়া বাখলদা লুপতুনা লৈবনা শং অস্থদা তৌরম্লিবা থবকশিংস্থদা করিমতা পুক্লিং চংলমদ্রে। ইশৈ মতাং লাকতুনা ইশৈ শককং-লবা অস্থকাওবা অস্থম বাখলদা মুন্দুনা লৈরম্মী।

রাধানা অস্থম তৌরিঙৈদা থোৎস্থনা মর্মেংবান্দা মোয়্রগা হংলম্মী—

"সুংঙাইত্রা ইশৈ অসি। অর্থদি খংলিরোই, ঐস্থ খংদে, মখোই ইংরেজী মরোম্নিনা। অদুবু তাবদা কয়া সুংঙাইথরবনো!"

ইশৈ হাইবসিদা সুংঙাইতবসি জীব অমতা লৈতে। থোংম্বদুনা অর্থদি খংদে হাইববু ইশৈগী শৈরোই লোইদা তাবদদা পুক্লিং তুজুং হয়াওরম্মী। ভোইগুম্নসুং রাধাদি ইশৈগী রস চুপ্পা ওম্লমদ্রে। মকম অমতদা অস্থুম্না মান্নদবা পুক্লিংগী মী মম্নাম পুম্না থম্লগা সুংঙাইজরিবা মপুনা খনবা বাখলদি খংবা ওমদ্রে। অদুগা মস্থুম্না থম্ববুদি মহাক্কী লীলাগী ফজনা ওকপা উৎলি হাইবদি লোইনমক্না খংলিবত্র মঙাই।

থোংম্বদুনা মা হংবদুদা তুমলুবদগী মীকপ থোরকপগুম রাধানা ইশৈ শক্লি হাইবা খংলম্মী। অদুনা করি হংলিবনো হাইবা খংজ্রদুনা রাধানা অস্থুম্না হাইরম্মী—

"করিনো ইতা নংনা হাইরিবো?"

"ইশৈ অসি সুংঙাইত্রা হাইবনি।"

সুংঙাইতে হাইবদি ফত্তবনিনা সুংঙাই হাইদুনা হাইরগা মনাই ওইরিবী রাধানা মপু ওইরিবী থোংম্বগী পুক্লিং সুংঙাইহলম্মী। ওহোকপনিদা, মপু-মনাই হাইদুনা চংলিবা লোন অসি!

অদুদগী মেম অদুনা রাধাদা হংলম্মী—

"ইংরেজী হৈত্রা, ইশৈ অসি অর্থ খংত্রা?"

রাধাদি গোপালনা ইংরজো থম্না থম্না থা মরি-মঙাদং তখিরকপদুনদি হৈ হাইবা য়াদবনিনা—"হৈতে, অর্থ খংদে" হাইরম্মী। অদুদগী মেম অদুনা অর্থ হন্দোকতুনা তাক্লম্মী। মদুদা লাইবু সুংশিগদবনি, মহাক অসি সুংশিবগী অবতারনি হাইবা থাহে অম-অনি য়াওরম্মী। অদুদা রাধানা বাখল অমা থম্লম্মী—থোইদনা মোহনবু চাওরগা মীওইবা কালকাওবা য়েংবা ফংলবা লাইনা মহাকপু থোজানবিগনি হাইনা নিংলম্মী। বাখল অসি ফিজিগী লম-গুম য়াম্না চেংনা থম্নোই লকাম্লংদা লোংতুনা থম্লনা মথবাই সুংঙাইবত্র রাধাগী

মাইথোং অচুনা মকা লায়া কোংদোক্লম্মী। অচুম্বগী মথোই অনি মন্নমদা হনখরে।

৩

অসোমদনা গোপালনা মোহন অচ চাওনবা য়োকতুনা লাইরিক তমখৎ-লকপনা বি-এ ফাওবা তমলে। নোংমা পরীক্ষা লোইরগুনা বাইশংলবা মতমদা গোপালনা কৌশলগা মোহন্দা হাইরম্মী—

"মোহন, তাও। ইয়াম্বদি হৌজিক চহি য়াংথে তারক্লে। শিরমদাই মতম নকশিল্লবনি। নংবুদা লাইরিক তম্বা লোইত্তনা থবক অমা তৌহন্বা ওমত্রিবা ফাওবা হিংগে হাইত্তুনা লৈরক্লিবনি। থবাইগী হুংঙাইত্তবা অমনা থম্মোই অসি ফুকতুনা পুগে তৌরকপা হৌজ য়ামলবনি। অদুবু ইয়াম্বগী ইবুংঙো হুংশিবা—, হুংঙাইত্তবগুবু ঐনা থামজন থামজন্দুনা লাক্লিবনি। হৌশিল্লি নংনা মী অমা ওইবা ওন্নগদৌরবনিনা ঐ থামলম্মোই। নহালমথে নঙোন্দা হাইরকত্রিবা য়া অমা ওসি হাইবা তাই। মতুদা ঐনা লান্বা কোন্দাই য়াওরমলবসু নং ঐবু ঙাকউ।"

"করিনিনা তাদা, ময়াম্বগী মরালবু মনাওনা বায়োবা হৌনত্রা?’

"ইবুংঙো হাইরগেকো।"

অসি হাইরগা মোহনবু মনাক্তা ফমহন্দুনা মখুৎ ওইনা মথাক্তু কোল্লগা মখুৎ য়েংনা ময়াইবক্তগী কোকতোনফাওবা নানথৎ নানশিন তৌরগা মিং অনিদা পি ওয়ো-ওয়ো শিন্দুনা মথাগী বাসি হাইরম্মী—

"ইবুংঙো, নং অসি ইরাবশা পোকফম্নবা নত্তে। ঐগনু করিনু পোক-যে। নহাকপু ঐনা ইনাও ওইজগে হাইদুনা কৌজবনি। মংগী অহল-অমম

কনামতা লৈত্রবনি। নচে অমা লৈরম্মী। মহাকসু অহিং অমা নংবু ঐখোই পুন্নমকপু হন্দোকতুনা চৎখরবনি। মহাক্না ইরবা চিঠি অনিথক অসিদা লৈ।”

গোপালনা চিঠি অনিচু কুন্নিংখাওদগী লোথোক্লগা মোহনদা পিরম্মী। মোহন্না চিঠিচু পাররগা মচেনা মাবু লুনা নিংজবগী যা থল্লবদা য়ায়া কপ্লিংহুনা মিংথু অনিদগী পি মতুম মতুম শিন্নরম্মী।

চিঠি অচু পাররগা ইবেমহলনা শাওবদগী মচে রোহিণী চৎখিবনি হাইব-সি খংলম্মী। অচুবু মশক খংদবী মচে তাম্বোকখি হাইচুনা মাগী মমাখকপী মতৈমা—ইবেমহলবু করিমতা শাওবা ঙমলমদে। মচিন্দদা শাওদবা নত্তনা মপুক্লিংদা কাওবা শাওনিংবা য়েংখিবগী বাথল অমতা পোকপা ঙমলমদে। ওয়োকপনি প্রেম হাইবসিনা য়েকবা য়েংখিবা কন্নাবু মরূপ ওইহন্‌বা ঙমখে। অচুবু মরালৈবী ইবেমহলদি কৌরম্মী। অচুনা মোহন্দা চংলঞ্চুনা হাইজরম্মী—

“ইবুংঙো, নচে অচু নংনা উবা কংগ্রিবসি ইতৈমগী পংবনি। তুপীগী কল্লকচাউবা তিজনা ইতৈমবু হিংচাবী ওনহনখিরম্মী। অদুবু অচপী তুপীগি নত্তবী নচে অচুনা ফজনা মাইথিবা পিরমচুনা চৎখরে। মঙোন্দগী তমজহৌবা পারানা নহাকপু ইতৈমনা তুংশিবা ঙমলিবনি। ঐবু হৌজিক নংনা তৌগে হাইবদা তৌ, ইতৈমা করিমতা হাইররোই।”

মোহন্না মপি তৈথোক তৈথোকতুনা ইবেমহলদা হাইরম্মী—

“ইতৈমা, ঐখোই মীওইবগী হৌনখানি। অচুগীদমক করিমতা চিন্তা তৌরুসু। ইচেগীদি অসুম থোকউ হাইবা অচুনা থোকখরবনি। ইমা-ইচা খাইনবা ইচিন-ইনাও কাইনবা অসি ঈশ্বরনা ততনা থোকহল্লি। মচুদা নহাকপু তমথিদা তুংশিহৈতেদা হাইনা হাইগে হেক তৌচুনা মীওইবা ঐখোইগী লৈ অসি কাংখৎলকপদা অমুক খোজাল উৎলকই। মচুগী খুদবদি ঐবু তা-দগা ইতৈমগনা নচাওম য়োক্লক্লিবসিনি। ইতৈম, হৌজিক্তি ঐহাকসু নখোয়ইগী নপান্না চাওরে মী ওইবা ঙম্মানি। অচুনা ঐবু য়েঙ্গুনা হন্নাওবা

ওমনবা হোৎনরো, ইচেদা তৌথিবা ওাংখিবগী দমক্রি হাইদুনা বাম্বিবত্নু থাদোক্লে।"

গোপালনা অদুদগী হাইরম্মী—

"হৌজিক্তি ঐথোই বাক্লদুনা কাম্রদে। ননাওমুপানা হাইরিবসিনা চুম্মি। ( মোহনলোমদা ) ইবুংঙো, বা অমগা হংথিগে।"

"তাদা করি বানো ?"

"নহাক হৌজিক্তি লাইরিক তম্বা লোইরে। সরকাগী থবক তৌগেরা, লল্লোন-ইতিক তৌগেরা ?"

"তাদা, ঐনা করি থংই। তাদথোইনা নথোইবু রোকপা ওম্বা চৎলু হাইবা লথেলদা চৎকনি। অদুবু লল্লোন-ইতিক তৌরবদি লুপা কদাইদগী লৈগনি। তাদগী লুপাদি ঐনা লাইরিক তম্বদা লোইখরে।"

"নহাক্কী নচেনা থনম্বা লুপা লৈ। পাই অমকাওবা মচি লেংদ্রি। লাখ অমা-মখাইসিনা লল্লোয়গে হায়রবদি ওক্কনি। ইয়াম্বনা পাম্বদি লল্লোনবনা পাম্মী। অদুবু নথোই নহারোল অসিনদি সরকারগী থবক তৌবা য়াম্না পাম্লবদুদা ইয়াম্বনা নংনা পাম্বদা তৌজৌ হাইবনি।"

"ঐগীদি করিস্থ হাইদে, তাদগা ইতৈমগনা সুম্না কৈ হাইবত্রদা তৌগনি।"

গোপালনা মোহনবু রোকপদা শেল অমুক য়াম্না চংথরবা কাওবা রোহিণীনা থনম্বা লুপাশিংদুদগী পাই অমকাওবা লৌদবত্রদা ওক্লদুনা মোহম্না মপুক্লিংদা গোপালবু থাগৎলম্মী। চহি ২০ লোম অসিগী মতুংদা কোইদুনা থম্না উরকপা থংলকপসিলা মশাগী থন্দবা মীসি য়াম্না তাংনা থোক্লম্মী, অদুবু ওসিদা মহাক্না মহুৎ পামদনা থৌজালহৈবা গোপালবু উবদা তাইবংপালগী মশবু থাগত্তনা লৈবা ওম্রমদে। মরমসিনা মহাক গোপালনা লৈয়ু লৈয়ু হাইবা মাইকৈদা লৈগে হাইনা গংশিবনা মপুক্কিং লেপ্লম্মী।

মাগী পাওথুমসি তাবদা গোপালনা মখবাই মুংঙাইখরদুনা হাইরম্মী—

'ইবুংঙো ইমাম্বনা পাবদি লল্লোনহল্লিংই। অদুনা নংনা হৌরগে হাইবা মতমদা হৌরো।'

"তাদা, বা অমদি হাইগে বারোৌগদরা ?"

"হাইয়ু, করিমতা চিংনগনু।"

'ঐহাক লাইরিক তৌরুবগী হকচাং অসি হংগত্রি, অদুনা থা মরি মঙা-দদি পোথাগে, অদুদগী থবক পাইগে।"

"কৈ, নশা ফনবা হোৎনৌ।"

"তাদা, ঐগীদি হোৎনগনি। অদুদা তাদখোইগীদি হকচাং করিমতা য়েংত্রবা মাল্লে। অদুনা মাওদা চুড়াচান্দপুরদা ছুটি লৌদুনা মতম থরা লৈরক্‌-সি।"

"নং ঐখোইগীদি থল্লুহু। ঐখোইদি চহি মতাং মতুং ইমা শোম্বরবনি।"

"নত্তে, তাদা। মণিপুরদা কনানা তাদগী চহি মতাংদা অদুক য়াম্না হকচাং ফত্তবা য়াওবগে। চিন্তা য়াম্না তৌরুরবমাল্লে। ইত্তেমম্ব মতম চাদনা কেম্বদোনা তৌরে। অদুনা ননাওগী বা অসিমতংদি য়াবিয়ু। চিং-মাল্লদা থরা কোইদুনা হকচাং হঙৎনবা তৌসি।"

মখোই অহুম্মকী মপুক্লিং মুংঙাইরম্মী, কপ্পা ভোকতুনা লৈরম্মী। অদুদগী গোপালনা নোক্ল-নোক্লদুনা ইবেমহলদা হাইরম্মী—

"ইবেমহল, হৌজিক ঐখোইনিগী পুন্সিগী থবক অমা বাৎলি, করিনো থংলবরা ?"

"করিগী থংদনি ? য়ুম পুনবা নিপাদি লৈরে, লক্ষ্মীদি বাৎলি অসি নত্রা ?"

"উম, উম। মত্তদি নখোই লক্ষ্মীশিংনা থংকম থোকই। কদাইদগী থিরুনি ?"

পাথং মখোন কাররুবা মোহমা মুপী থিবগী বা হাইরকপদা মথয়াইদি

"চৎসিদনা লুহোংবা য়াওরুসি।"

"কয়ম্না য়াউবা য়াগনি ইভা?"

"লোয়্না হাওহুবী শাহুনা চৎকনি। কনানস্থ ঐখোইবু খৌশাবিয়োই। ঐখোইনিনা কুপ্মে য়েংবা শাম্বহুনা মচি অমদা লেপতুনা মখোইগী লুহোংবহু য়েংবস্থ ঙাইদনা।"

"মতুদি য়াই ইভা।"

"অহুদি লুহোংগদবা মুমিং অহু হংখয়োদনা।"

"মত হংদোক-হংজিন তৌরিডুদা লুহোংখোকথিবনা হাল্লবদি কয়ম তৌগনি।"

"অহুগা হংলুয়স্থ। ঐখোই হংচিং অসি অয়ুক চাক চারগা চৎসি। নংগী মরুপ পান্‌বীখোইদা চংহুনা লোয়্না হংনরগা ঐখোই মকম অমদা লোৎতুনা লৈসি।"

"করে, ইভা খোৎস্থ। নংগী দমন অসি কয়স্বা মতমদা শিংবা ঙমগনি?"

"নংবু কনানা শিংবিয়ু হাইরবগে? অস্থুম্না মতেং পাংনবসি ঐখোই মীওইবগী ইখৌনি। নং হৌজিক্তি পোখায়ো। ঐস্থ পোখাক্ররগে, হংচিং অসি চৎনবা খৌয়াং তৌরসি।"

অসি হাইহুনা মখোইনি কাইনয়ে।

---

## ৫

বাহেংবম পান্‌বীনা ময়ক ময়ক্তা মোহনগী ই-পাও লৌহুনা য়োহিণীদা পি হায়বসি পাম্বিবা মী থুদিংমক্তা থংবিয়ে। গোপাল মতৈ-মনাওহু মোহন্না চৎসি হাইহুনা চূড়াচান্দপুর চৎকনি হাইবসি তারহুনা চৎকদবা মুমিং হুমনি য়াংনিডুদা পান্‌বীনা গোপালখোইগীদা চৎলম্মী। ইবেমহল্লনা য়োহিণীগী

অমতা ওাইরম্বী মরূপনি হাইদুনা পান্‌বীবু রোহিণী মাংখিঙেদগী লুনা তৌবনা অদুগা ইমুং-মনুংগী বা-হুং পুম্নমক শাবনা পানবীনা মতগী গুমিত্তা চংখিবদগ্ন য়ায়া তরায়া কৌশল্লদুনা কমহল্লম্মী। অদুদগী বা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা পান্‌বী, নখোইগী ইকু-ইনেম্‌খোইনা নংবুদি লুনা তৌইদনা ?"

"খংদেদা ইনম্মা, অসুম মরৈরিদনা।"

"কৈ অদুম মরৈরু। নিনি পাল্লগা লোইগদবা পুন্সিনি। ঐনা মদু খংদবদগী রোহিণী মাংখরে। শিখরবরা চংখরবরা খংবা লৈতে। অদুবু হৌজিক্তিনে ইবেম্মা, মাগী অমুক ওন্দরে। মোহনগী খন্দুনা অবাবা কোক্লবা থৌরাং তৌরে। মোহন্না হাইরিয়ে ঐখোই চিন্তানা হকচাং অসি ইফং ফত্তরে, অদুনা হাবা চাবা চংসি হাইনা।"

"কদাইদা চংকদৌরি ?"

"কদাইদা চংলুগবনো মকম খংদ্রি। মখোই মচিন মনাওনা ওাংনবদি নকন্থ নকপা চূড়াচান্দপুরদা চংসি হাইনরি। মদুদদি ডাক্তর অমা লৈবদু ঐখোইগস্থ খংনৈ। মাগীদা লৈরুবা য়াগনি। অদুগা মাওদদি খংনবা কনামতা লৈত্রে, মমাংঙৈদদি ফনা লৈরম্মী।"

"লোইনা ইনম্মস্থ য়াওনা চংকদৌরিবরা ?"

"ঐদি চংলোই হাইবনি। অদুদা মোহন্না ঐখোই লোইনমক চংতবা য়াদে হাইবসিনা ঐস্থ য়াওবা তারি।"

পান্‌বীনা হিদাকতু চিংলদুনা বাখল তৌরম্মী। হন্দক মখোইনা চূড়াচান্দপুর চংপসিদা রোহিণীনা মৌপ্‌া মোহনবু য়েংজহোনবা তাকপিখিবনা চুম্নি। চাহ ২০ লোম থাদোক্লবসিদা মখোইনি মশক খংনরমদবস্থ য়াই, অদুগা চিঠি অমা পিখিবনা চুম্নি খল্লম্মী। মরম অদুনা হিদাক চিংদুনা মওক খজিক্তং ইহোকতুনা মৈথু কামথোক্লে হাইরগা হাইরম্মী—

"ইনম্মা কদোঙৈ চংকদৌরি চূড়াচান্দপুরদদি ?"

ইবেমহল্লনা কম্নিমতা চিংনদনা হংচিং চংকনি হাইনা খুম্নম্মী। মখোইনা

চৎকদবা ঙুমিংসি য়াধাগা পোৎলুগনা ইম্ফালদা চৎসি হাইনবা ৬মিংকী নোং-মা ৱাৎলিঙৈদনি। তৌইগুবসুং পান্‌বীদি য়াধাখোই ইম্ফালদা কাগনি হাই-বসি খংলমদে। অদুদগী অমুক পান্‌বীনা হংলম্মী—

"কয়া কুইনা লৈগদৌরি আদদি ?"

"থা অময়োম লৈগনি হাই। কনানা খংবনো হুংঙাইত্রগা থুনা লাক-তুনা মক্তম অমদা চৎপা হাইবত্নি।"

"ঐসু চৎনিংঙিদা! ঐখোইগীদি অত্তয়া চৎসি খোৎসি হাইত্নো নোং মতা হাইবা নিপা নত্তে।"

"নখোইগী নিপাদা হাইয়ুদনা ইবেম্মা, চৎলুসি।"

"কদাইদগী য়াবিয়কবনোদা ইনম্মা ? বা মাংত্না তোক্লবনি।"

অদুদগী ইবেমহলনা ফনেক লুপা য়াংথৈয়োম পীবা ফথয়বা অমা প্থো-য়কতুনা পান্‌বীদা য়েংহল্লম্মী, অদুগা অসিসু হংলম্মী—

"মসিগী ফনেকসে ফত্রা, নখোই নহায়োনদি অসিগুম্বা পামত্রা ?"

'এঃ অসুক য়াম্না ফবা ফনেকতি ঐখোইদি পোক'ঙদগী শেৎত্রি। শেৎ-ত্রিবগী হাইরুয়বদি পামদে, অ৬গা অফববুদি কয়ম্না পামদগবনো ? ঐখোইনা লাইয়বনিনা ইনম্মা—মসিগুম্বা ফনেকাসি মপোকসিমগী শেৎপা ফংলয়োই-দৌবনি। কয়া কুইয়ে লৈরুবা ?

ইবেমহলনা পান্‌বীগী বাহু শংত্রিকশংনা মথৱাই য়াওনা তায়ম্মী। অদু-দগী অস্ময়া খুল্লম্মী—

"ঙয়াংদা লৈবনি। ইবেম্মা, ঐ বা অমা হাইগে নং য়াগদয়া ?"

"কয়িনো ইনম্মা ?"

"ঐখোইগীদি য়োহিণী মাংখিবদগী মাগীদমক থৱাই চাকপনা হৌজিক কাওবা কয়িমতা কাউবা ঙমত্রি। কাওনবা কয়া হোৎনৈ। হোৎনবা অমতা ই-থৱাইদা পেন্‌থা লৈত্রে। অদুনা নং য়োহিণীগীদমক ফনেক অমি শেৎনো হাইবকো ইনম্নগী মাই ওাক্তদয়া ?"

"অতুক য়াম্না ময়ল-য়াম্বা পোৎ অদু পিগদু। পিগে হাইরবসু লুপা মঙা তরাদমক পিবা অমা পিয়ু।"

"ইবেম্মা, অসি মমল য়াম্বা য়াই। অদুগা মাগীদমক থল্লরবদি মসিনা পেন্‌বা নত্তে। ইনম্মনা নংবু লৈতে হাইদুনা পিবা নত্তে, নুংশিবগী পিবনি। অদুনা নং মসি লৌরবদি রোহিণীগীদমক গ্রথোইনা বারিবসি থরদা ওইরবসু কোকপা ওমগনি। অদুনা লৌদবা য়াদে।"

অসি হাইদুনা ফনেক অদু নিংথিনা থুপচল্লগা পান্‌বীনা পুনবা থনম্মী। পান্‌বীসু লৌদবা য়ারোইদৌরি হাইদুনা অদুম থল্লম্মী। মহাক্না হেক হেক লাকপদা রোহিণী কাইনবগী মৈচাক কোকবনি হাইদুনা ইবেমহলনা কপ্লিনো অমা পিবসি তোইরক্লবদা রোহিণী হল্লকপা য়ারনিসে হাইনসু থল্লম্মী। অদুবু রোহিণী মশামক্তদি থেংনদুনা ইবেমহলগী হোংলিবা পুকচেল মতাসি থংবমক্তি নত্তবনিনা করিগুম্বা য়ারোইদরা থল্লম্মী। অদুমকপু মথোইনা চুড়াচান্দপুর চৎপদি পাও তাকথিগনি হাইনা পান্‌বীনা থল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মথোই অনি বারি শারগা পান্‌বী হল্লক্লে, ইবেমহলনা রোহিণীবুদি উদ্রে পান্‌বীবুদি উরি হাইবগী বাথলদা লুপতুনা লৈহৌই।

মুংদাংদা গোপালগা মোহনগা হল্লক্লগা চুড়াচান্দপুর চৎপা হাইবদু শোইদরবরা হাইনা হংলম্মী। গোপালনা মোহন্দা হংউ হাইরম্মী, মোহন-না শোইদ্রে হাইরম্মী। মতৌ অসুম তোদুনা অহিং অদু লেম্লবা মহৈ মহৈ তুম্বা চংখরে।

---

৬

অহিং থেংলবা উন-বাইমুক চৌকথরবা মতমদা মং-লৈমনা লেংভক্‌না ইবেমহলগী লুতোন্দা শাদোংলরে। ইবেমহলনা মপুক্লিং মুংভাইনা মথুং লোয়দুনা লৈগী খুজোক পাইরদুনা মংলৈমদা থুক্লম্মী। মংলৈমনা মহাকী পুক্লাদা পেলদুনা অসুম্না য়াথং পিরম্মী—

'ইবেমহল নং ঙসিদি ঘাররিনি, কোইরুসি লাউ ঐগী লৈবাক্তা।"

ইবেমহলনা মোমোন মোমোন নোক্লহুনা খুম্লম্মী—

"ইবেম্মা, ননাই ঐদি ঘায়কপা কুইরে। নংগী ম্না-লৈবাক ফজরবা, কুম্মী-কালেন খাইবা, মতম মতমগী হৈরাং-লৈরাংনা অয়েংবা মীগী পুক্লিং হুরিবা—অদুগুম্বা লমদু অমুক্তা য়েংজররবদি নুংঙাইগনি।"

অসুম্না হাইনহুনা মং-লৈমনা ইবেমহলবু লাপ্লবা চিংদোন অমদা পুখুং-লগা হৈরাং-লৈরাং মনম নুংশিনা শাংলিবা লমদম, অদুগা মহুদা মং-লৈমগী নিঙিগী খোংলিবা প্রজা ময়াম অহু খুদোনবীনা থিন-থিন্দুনা তাক্লম্মী। লৈকোন অমদা পুখরগা মং-লৈমনা অসুম্না হাইরম্মী—

"য়েংউসে ইবেমহল, মসি ঐগী নিঙিগী শাম্লকম লৈকোয়ি। লৈরাং-শিংনা অয়ুক নুংথিল থাইদনা শাংচরগা নুংশি-ইশৈ ঙংহুনা লাকপা খোইমু-শিংগা কেনবদি ঐদি ভত্তনা উরিবনি।"

ইবেমহলন' মমিং থিংনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী চহিদি ৩৫ য়োম ওয়বী অমা খোয়কহুনা মথুং হংহুনা মং-লৈমগা ইবেমহলগবু কো-রম্মী। ইবেমহলনা কনানো হাইনা হংলবদা মং-লৈমনা মাগী মতাক্লোইনি হাইনা তাক্লগা মখোই অনি নুপীহুগী মনাক্তা চংলম্মী। নুপী অহুনা মখোই অনিবু হেক উবদা শাখংহুনা ঘাম্বরম্মী। মং-লৈমনা অহুদগী ইবেমহলদা হাইরম্মী—

'ইবেমহল নংবু উবদা ঐগী ইতাসি ঘাম্বখরে। নংনা মিংয়েং কম্না য়েং-লুররা?"

"কনানো হাইনা মুম্না য়েংলুরে ঐসু।"

অসুম্না ঙাংন-ঙাংননা মখোই অনিনা তুরিবা নুপীহুবু জ্ঞান তানবা লাক্ল-রম্মী। অহুদগী অমুক মং-লৈমনা ইবেমহলদা হংলম্মী—

"ইবেমহল কবিগীনে। নংনা ঙিংচাবীগুম তনোয়রবী লৈবাংদগী মিহুন লোয়গা হুজরিবা ঐগী ইতাবু অহুক ম্নাম্না কম্না য়েংলুরিবদি?"

ইবেমহললনা অকীবা অমা য়াওনা পাখৎলহুনা খুল্লম্মী—

"ঐনা শক মান্বা মী অমা ওইরবরা হাইনা য়েংলুবনি। মহাকপু অমুক জ্ঞান হুন্থররোইদরা? মাবু উনিংবনা ঐস্থ লোইরে।"

"অহুদি ইশিং থরা অসিদা লৈরিবা পুথ্রিদগী পুরকউ।"

ইবেমহললনা ইশিং শোকপা চৎলম্মী অহুগা মং-লৈমনা মখুৎ মোল্লবহুনা তুপীহুগী মরাইবক্তা নাল্ল-নাল্লহুনা লৈরাংশিংবু কোত্ত্রনা মিহুন পিরু হাইরম্মী। লৈরাং অমনা অহুদা খুল্লম্মী—

"ঐখোই পিবা ওমলরোই। মশাগীদা থন্বা তাইবং-মীগী য়োরকক্ম নত্তবসিদা নহাক্লা ইবেমহলবু পুশিন্বিরকতুনা তৌরিবা নত্রা!"

অহুদা মং-লৈমনা হাইরকই—

"মানি। অহুবু ঐনা নখোইবু মাংহনগে পুরকপা নত্তে। তাইবং-মী ওইবগী মথৌদি মশাগীদা থনগদবা নত্তে, মীগীস্থ থনগদবনি হাইবা তাকে হাইহুনা পুরকপনি। হন্দকমুক্তদি নখোই ঐগী ইতারোইব থৌজাল্ল।"

অসি হাইরবদা লৈরাং মরাম্রা মলম্রা সুংশিৎ নামিবগী মতেং নিরহুনা তপ্না তপ্না নোমহৌ নোমহৌ হাই হুমহুনা লৈরাংশিংগী সুংশিরবা স্বর অহু কাহুনা লৈরম্বা তুপীহুগী মান্নুংদা চংহুনা তুপীহুবু জ্ঞান তাহনবা হোৎনরম্মী। অহুম তৌরিঙৈদা ইবেমহললনা ইশিং পুরকতুনা লোবাই-লুতোম্বা য়ৈরম্মী। তুপীহুনা ঙাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারকতুনা মমিৎ পাংথোক্লম্মী অহুগা ইবেমহলদা য়েংলগা হাইরম্মী—

"ইনম্মা নংবু মতম কুইনগী তুংদা উবদা ঐদি অমা-হুংঙাই মাথখিহুনা থাস্থক্লরে। তাদনা কমদৌরি, মোহন-না কমদৌরি?"

ইবেমহললনা মমিৎতা মেংজবা থম্মোইদগী থোরকপা পীগী ইচেক্লা মাংওইনরহুনা থক-থক লিক্লবা চিন্বান অনিহুদগী সুংশি-হুংশিরবা বাহৈ কাংথোক্লম্মী—

"ইনম্মগী সুংশিবী রোহিণী নংবু উদবা হুমজা মশিং মাল্লক্রে। নংদি

মংলৈমগী থোগল তৌরি হাইবদি ইনম্মদি থংদেনা। মোহন চাওয়ে, নুহোং-নরা থোরাংলি। নংগী তাদগা ঐগনা নংগী বাবনা তৌকম থংদহনা লৈরি। মোহনগী নুহোংবা য়াওরুসি।"

"ইনম্মা মংলৈমগী য়াথং নত্তনদি ঐদি করিমতা ওমদরে।"

মংলৈমনা অদু হাইবা তাবদা অসুম্না থুন্নখী—

"ইতারোই, করিগী চৎতনি। ঐখোই অনি চৎতুনা মোহনগী নুহোংবা য়াওরুনি।"

অসুম হাইনরহুনা মখোই অহম মং-লৈমগী লৈকোন-লৈকোন খুদিংদা কোইমিন্নরুরগা রোহিণীবু ভাইরমখো হাইনা থনমলগা মং-লৈমনা ইবেমহলবু মমুমদা থিজিনবিরমলে।

নোংভাল্লকপদা মং-থাজবী ইবেমহলনা গোপালগা মোহনগদা মংগী বা লিরহুনা রোহিণী অমুক হল্লকখিত্রা হাইনা খোঞ্জরম্মী। গোপালনা নোকতুনা তাদমক তারম্মী বা করিমতা হাইরমদে অদুগা মোহন্না অসুম্না হাইরম্মী—

"মংবু থাজবদি ইতৈমখোইদি থাজবা য়াই। চাক তুমদবদগী নিংথিনা তুম্বা য়াদবনা মং মংজবদুবু বা ওইনা করিগী লৌরুনি। ইচেহ্ হনবু হল্লক্রবদি কৈনে ঐখোই পুন্নমক্তা মুংভাইবনি।"

"থংদ্রেদা, নখোই নিপাসিনা হুপীনা হাইবা অমতা থাজদবসিদা।"

অসুম্না ভাংনরগা হয়েংদি চুড়াচান্দপুর চৎকনি হাইহুনা শেম শারম্মী।

---

৭

নোংভালগা চাক ইশিং চাহুনা গোপালখোই চুড়াচান্দপুর চৎকদবগী থোরাং তৌরম্মী। মখোইনা বাত্রা তৌহুনা য়ুম কাহোক্লকপদা নোং চুরম্মী। মতুদা গোপালনা হাইরম্মী—

"মোহন ওসিদি বাত্রা কপদোয়্রিবা মাল্লে। ঐখোইনা হনক চুড়াচান্দপুর

চৎপসি হকচাং কতুনা পুক্লিং য়াম্না হুংঙাইনা হন্নকপা ঙমগদৌরিব-মাক্লে।"

"করিগীনো তাদা ?"

"লাইরৈপাক্তগী অমৃত খিকথরকপসিনা ঐখোইগী যাত্রাসি মঙ্গল ওই-গনি হাইরিবনি।"

অমুম্না খাজবিদবা হৌজিককালগী নহারোলগী মোহন-না গোপালগী বাহু তাবদা অমুম্না খুল্লম্মী—

"চুম্মি তাদা, চুড়াচান্দপুরগুবা অফবা লমদা চৎকনি হাইরবদি লাইমু মীগী মতেং হেক্তা পাংবনি।"

মখোই অমুম্না লাকপনা মোইরাংগী গাড়ী পৈস্নিবতুদা থুংলরে। অতু-দগী মাখোইগা হান্নবা ঙাংনরবা গাড়ীতুদা কাখংলগা মোইরাং মাইগৈ পাং-লক্লে।

অসোমদনা করম তৌরি ? চুড়াচান্দপুরদা থোংহুগা য়াথাগম্নু অমুক ঙম্তা ইন্ফাল কাগে তৌবদা গাড়ী অমা লাকনি হাইব। পাও তারতুনা গাড়ী লাকপা ঙাইতুনা লৈবা তারম্মী। থুংলগদৌ্রিবা গাড়ীদি গোপালখোইনা তোংলিবসিনি। যান্ত্রিক খোম্বা হৈবা ত্রাইভরশিংনা চুড়াচান্দপুরগী মীদা গাড়ী অমা লাকনি হাইনা মোইরাংদগী শন্দোক্লম্মী।

চুংখিল পুং ৩ লোম তাবা অতুবাইদা থোংহুগা য়াথাগা মখোই মখোইগী শম অমমম হাপকদবা পোৎ হাপ্লগা মুমাংদা খেন্দুনা থনম্মী। মখোই অনিনা মাঙোন্দা মকী-মরোল শেংলতুনা চৎকদৌবগী শেম-শারম্মী। অতুদগী ঙাই-হাক লৈরগা য়াথানা হাইরম্মী—

"ইতা থোংহু ঐগী হকচাংসি ইচোক চোকথবগুম তৌইদা। করি তৌগ-দৌরিবনো ?"

"হৌনবনি ইতা, করিগুম্বা মকম অমদা চংখোক্লমদাইসিদি হকচাংসি চোকথবগুম তুক-তুকথবগুম তৌবনি। ঐখোইনা চৎকদৌরিবলিস্নু হুংঙাইরবা

রাখল অমদগীনি। রাখলনা মুংঙাইরবা নত্রগা যারবা, অদু ওইরবদি হকচাং অসি চোকথবগুম ঙমদবগুম তু চুংবগুম ভৌবনি।'

"অদু ওইরবা মাল্লেনে ইতা।"

মখোইনা অসুম্না ঙাংনরিঙৈদা চুড়াচান্দপুর চিংখোংদা গোপালখোইগী গাড়ীদু থুংলরে। গাড়ীদগী কুমথদুনা পোংচৈ লোইশন খোমজনবগী হোৎনদুনা লৈরিঙৈদা খোৎনুনা গাড়ী ঙাইহল্লম্বা নিপা অমথক কারকতুনা গাড়ী লাক্লে হাইনা তম্লগা অসুম্না হাইরম্মী—

"গাড়ীদি লাক্লে। ড্রাইভরদু অসিদা কারকখিনি হাই। অদুনা নখোই অসুম শেম শাদুনা মরেখো।"

অদু তারবদা মখোইসু খোং-লুক থিংজিন্দুনা য়েনখা লুখা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী মখোইনিনা থোরকতুনা শম ময়াদা লেপ্লিঙৈ মতমদা গোপালখোই মোহনখোইদু খোংনুগী কোম্মোংদগী লম তরামুক থাপ্না য়োরক্লে। কনা কনানো লাক্লিবসে হাইদুনা পোংনুগা রাধাগনা য়েংলম্মী।

ইনক নক্লা মৌ অনিথক সুমাং অহাংবা ময়াইদা শম অমমম মনাক্তা থম্লগা লেপতুনা মখোইরোমদা মুম্না য়েংলম্বদা মোহনসু মুপী অনিতগী মাইখোংদা মিৎয়েং তারম্মী। রোহিণীগা মোহনগা মিংকা মিংকা চানবদুদা মখোই অনিমক অমনা অমবু শক খংত্রবসু মং বোই হা-বোই মমাংঙৈদা উথিবা কনানো হাইনা নিংশিংবদি ওমদবা ওইনা মুম্না য়েংনরম্মী। রোহিণীনা মী অতৈবু করিমতা উরমদে, অদুম্না মোহনসু রোহিণী নত্তনা মনাক্তা লেপ্লিবী খোংনুবু কাওবা উরমদে। ইবেমহললনা শক ফজরবী মুপী অমা লেপ্লিবসি উবদ্না হাইনা গোপালদা হাইরম্মী, অদুনা গোপালসু রোহিণীরোমদা ফজখরেদা হাইনা য়েংদুনা লৈরম্মী।

রোহিণীগা মোহনগত মুম্না য়েংনমনখিদুনা মকোক ঙাওগুম লাকুম তৌরম্মী, অতদগী মখোই অনিমক্তা মিংশিংত্র করিনো পারবা অমনা পুংকুপ

কুপথিবগুম ভৌরগা মিকুপ অমনিগী মচুংদা লৈমিন্নরন্নিবা মীশিংবু খংপ্রেক খংহনচুনা লৈমাইথক্তা হাইথুরম্মী।

খোংমুগা মাগী মনাক্তা লৈরম্বা নিপাচুগনা রোহিণীবু কোংখংতুনা মাঙ্গোন্দা পুশল্লম্মী। অচুগা গোপালখোইনা মোহনবু লৌথংতুনা অনকপা যুম থিরকপদা খোংমুখোইগীচুদা পুশল্লম্মী। মখোই ময়ায়া বাহন্নিবা মী অনিচু লাক্করিঙেদা খোংশুনা মাগী মমুম হাংদোকতুনা ইশিং পুখোক্লম্মী। অচুদগী ডাক্তর কৌরুচনা কম্পাউণ্ডারগা ডাক্তরগা অনিনা মী অনিচুবু লাক্করম্মী।

কয়া লাক্করবা মতুংদা রোহিণীগা মোহনগচু জ্ঞান তারকতুনা মিং পাং-খোকতুনা বাচুনা লৈরম্বা মী মরামতুগী মথবাই মুংঙাইহল্লম্মী।

মখোই অনিচু কক অমমমগী মথক্তা নাকন রেংলোম ওইরোম ওইনা হিপতুনা লৈরবচুদা অমনা অমবু য়ায়া উননিংনা লৈরবনা য়ায়া মথবাই মুং-ঙাইরম্মী। অচুগা শক হংনমবগীদমক বাদি অমতা ঙাংনরমদে, মুংশিরবা মিংয়েংনা অমনা অমবু য়েংচুনা লৈরম্মী।

মমিং পাংলে হাইচনা গোপালনা মোহন্দা কৌরম্মী—

"মোহন, মোহন, জ্ঞান তারবরা ?"

ইবেমহলম্মু কৌরম্মী—

"ইবুংঙো, ইতৈমনা কৌরিবসি তাবরা ?"

মোহন্না তারে হাইবা মিংয়েংদা য়েংচুনদা লৈরম্মী, বাদি ঙাংবা ওম্রমদে। গোপালনা অমুক কৌরম্মী—

"ইবেমহলনা নংবু কৌরিবসি তাব তাবরা, মোহন ?"

য়ায়া তপ্না 'তাই' হাইনা মোহন্না খুন্নম্মী। অমুয়া হংবচুদা রোহিণীনা মুংশিনা থমজবা মিং তাবদা মশাদা মুংঙাইবনা কনখংলম্মী। মাবুমু খোংচুনা 'ইতা রাধা, ইতা রাধা' হাইনা কৌরম্মী। রোহিণীনা ইতা হাইনা খুন্নম্মী অচুগা হাইরকই —

"ইতা, ঙসিদি কয়িনো থবাই য়ায়া মুংঙাইখরেদা।"

"হৈ, হুংঙাইয়ু।"

গোপালগা ইবেমহলগচু খোংহুগা রোহিণীগা ঙাংনবচু তারম্মী অদুগা ইবেমহলনা গোপালদা হাইরম্মী—

"ইবেম্মা অসি ঐখোইগী রোহিণীচুগা শক মাননা ? মান্না মানথরে ! নৈপাক চাওবসি করিদা মান্-মানবা শক লৈরম্লিবনো।"

"মান্লিনে ইবেমহল। ঐগী মিহন মচোং অমা ভোই। ঐখোইগী রো-হিণী ওইরমলবদি হুংঙাইগনিদা ! (খোংহুরোমদা) কনানো ইবেম্মা নংগী নত্তাসিবো ?"

খোংহুগা রোহিণীগদি গোপালখোইবু মশক খংলে। হৌজিক খোংহুনা রোহিণীবু তাকসি হাইনা ভোবদা রোহিণীগী রাথং নত্তনদি হাইদুনা থগৎলম্মী। মরমদুনা খোংহুনা রোহিণীদমক রেংলগা থুম্মী—

"ঐগী ইতা অসি রাধা কৌই। ঐখোইগী নিঙোন নত্তে। মহাক মিশ-মি চিংদগী লাকপা অসমীয়া নিঙোন-নি।"

খোংহুনা অদু হাইরকপদা মোহন্না বা অমা খংনিং নিংশিংলক্লম্মী। পান্বীনা অসমীয়া নিঙোন রাধা কৌবী অমা চূড়াচান্দপুরদা লৈবনি চিঠি অমতা পিবিরম্মু হাইনা পিরকই। মহাক্না গোপালদা হাইরম্মী—

"তাদা, ইচে পান্বীনা পিরকপা চিঠিদু রাধা কৌবী হুপীসিদা ওইরবা মাল্লে।"

গোপালনা হাথু হাথু হংলম্মী—

"কদাইদা পিরকপা চিঠিনো ?"

"ঐগী ফুরিৎথাও ,খেৎথংবদা রাওরিবনি। ঠিকানা চানবরা থরা রেং-বিয়ু।"

গোপালনা চিঠি অদু লৌথোক্লগা রেংবদা চানরম্মী। অদুনা রোহিণীদা পিরম্মী। থুদক অদুমক্তদা চিঠি অমা ড্রাইভরনা গোপালদা পিরম্মী। গো-পালনা ফাকতুনা রেংবদা মথাগী বাহৈ অসিদা রাওরম্মী—